দাদা ভগৱান কথিত

# মমা-মপা অমসুং অঙাংশিংগী ব্যাবহার



Manipuri

দাদা ভগৱান কথিত

# মমা–মপা অমসুং অঙাংশিংগী ব্যাবহার

ওরিজিনেল গুজরাতি লাইরিক ‘মা-বাপ ছোকরানো ব্যাবহার’ (সনক্ষিপ)কী

মণিপুরি ৱাহন্থোক

‘Edited by Dr. Niruben Amin and Translated in Manipuri by Followers ’

**Publisher** : **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,
1, Varun Apartment, 37 ,Shrimali Society,
Opp. Navrangpura Police station,
Navrangpura Ahmedabad: 380009
Gujarat,India.
Tel: +91 79 3500 2100, +91 9328661166/77



**First Edition** : 500 copies, November 2024

**ভাৱ মমল** : ‘পরম বিনয়’ অমসুং
‘ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙজদে’, হায়বা ভাৱ!

**Price** : ₹ 70

**Printer** : Amba Multiprint, in front of H.B Kapadiya New
High School, Chhatral-Pratapura Road, Chhatral,
Ta.Kalol, Dist.Gandhinagar-382729, Gujarat.
Phone : +91 7935002142

**ISBN/eISBN** : 978-93-91375-67-6

**Printed in India**

# ত্রি-মন্ত্র








নমো অরিহন্তানম

নমো সিদ্ধানম

নমো আয়রিয়ানম

নমো উবজজায়ানম

নমো লোয়ে সব্বসাহুনম

এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো

সব্ব পাবপ্পনাশনো

মঙ্গলাণম চ সব্বেসিম

পঢমম হব্বই মঙ্গলম ॥১॥

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ॥২॥

ওঁ নমঃ শিবায় ॥৩॥

জয় সচ্চিদানন্দ



## দাদা ভগৱান কনানো?

ইং1958গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং৬ মতম্নি, মীয়াম্না, পীক-থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে স্তেশনদা ফমলিবা শ্রী এ.এম পাতেল মওং ওইবা হকচাং-মন্দির 'দাদা ভগৱান'বু মপুংফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং মহৌশানা শেল্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা। পুং১গী মনুংদা ব্রমহানবু উখিরম্মী। 'ঐ কনানো? ভগৱান কনানো? জগত কনানা শিল্লীবনো? কর্ম করিনো? মুক্তি করিনো? 'অসিদসু নত্তনা জগতকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা খোংফম লম্বী প্রকত ওইখি।

মহাক্না ফংখিবগুম্না, মদুগুম্না শুপ্নতগী পুং২গী মনুংদা অতোপ্পবুসু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তগী। মদুবু 'অক্রম লম্বী' কৌই। ক্রম হায়বদি সিরীগী মথক্তা সিরী, মথং-মনাও নায়না মথক্তা কাবা! অক্রম হায়বদি ক্রম নত্তবা, লিফ্টকী লম্বী, শোর্ট-কট।

মহাক মশামক্না মীওই খুদিংমকপু 'দাদা ভগৱান কনানো'?মদুগী মরি-মখোং ফোংদোক্তুনা হায়রম্মী মদুদি, ''মসি অদোম্না উরিবসি মহাক দাদা ভগৱান নত্তে, ঐহাক্তি জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা প্রকত ওইরিবা, মহাক 'দাদা ভগৱান'নি। লোক ১৪গী মপুনি।মহাক অদোমদসু লৈ, পুম্নমক্তসু লৈ। অদোমদা ফোংদোক্তবা মওংদা লৈ অমসুং 'মসিদা' ঐহাক্কী মনুংদা মপুংফাবা মওংদা ফোংদোক্লি।ঐহাক ইশামক ভগৱান নত্তে।ঐহাক্কী মনুংদা প্রকত ওইরিবা দাদা ভগৱানবু ঐহাক্নসু খুরুমজে।"

## আত্মাজ্ঞান ফংন্নবগী প্রত্যক্ষ লিঙ্ক

পরম খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱান(দাদাশ্রী)না 1958তা আত্মাজ্ঞান প্রকত ওইখি। মদুগী মতুংদা 1962দগী 1988ফাও দেশ-বিদেশ কোইদুনা মুমুক্ষুশিং(মুক্তিবু ফংনিংলিবা)বু সতসঙ্গ অমদি আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লম্মী।

দাদাশ্রীনা লৈরিঙৈদা খুরুমজনিংঙাই ওইরবা ডা. নীরু বহেন অমীন(নীরু ইমা)বু আত্মাজ্ঞান ফংহন্নবগী জ্ঞানসিদ্ধি খুৎশিন্নখি। দাদাশ্রীনা হকচাং থাদোক্লবা মতুংদা নীরু ইমানা মদুগুম্না মুমুক্ষুশিংবু সতসঙ্গ অমসুং আত্মাজ্ঞানবু ফংহন্নবা, নিমিত্ত ভাৱদগী তৌরম্মী।

আত্মাজ্ঞানী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেসাইবু দাদাশ্রীনা সতসঙ্গ তৌন্নবগী সিদ্ধি খুৎশিন্নখি। হৌজিক খুরুমজনিংঙাই ওইরবা নীরু ইমাগী অশীর্বাত্তগী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেশ-বিদেশতা নিমিত্ত ভাৱদগী আত্মাজ্ঞান ফংহল্লি।

মসি আত্মাজ্ঞান ফংলবা মতুংদা, মুমুক্ষু লিশিং কয়ানা সংসারদা লৈরসু, মখৌ পুম্নমক পাংথোক্তুনা মুক্তা লৈদুনা আত্মাদা লৈবগী নুংঙাইববু অনুভব তৌরি।

## Books Published by Dada Bhagwan Foundation

1.Adjust Everywhere
2.Ahimsa : Non-Violence
3.Anger
4.Aptavani-1
5.Aptavani-2
6.Aptavani-4
7.Aptavani-5
8.Aptavani-6
9.Aptavani-8
10.Aptavani-9
11.Autobiography of Gnani Purush A.M Patel
12.Avoid Clashes
13.Brahmacharya
14.Death: Before, During &After
15.Flawless Vision
16.Generation Gap
17.Harmony in Marriage
18.Life Without Conflict
19.Money
20.Noble Use of Money
21.Pratikraman
22.Pure Love
23.Right Understanding to Help Others
24.Science of Karma
25.Science of Speech
26.Shree Simandhar Swami : The Living God
27.The Essence Of All Religion
28.The Fault Is Of The Sufferer
29.The Guru and The Disciple
30.The Hidden Meaning Of Truth & Untruth
31.The Practice Of Humanity
32.Trimantra : The mantra that removes all the worldly obstacles
33.Whatever Happened is Justice
34.Who Am I ?
35.Worries

❖ Dada Bhagwan books are availables in different languages: Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kanada, Oriya, Malayali, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Russian etc

❖ 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages :Gujarati, Hindi, English.

**Website : www.dadabhagwan.org**

# সমর্পণ (কৎথোকচবা)

মশীং-থিঙমদ্রবা মতমদগী, মমা–মপা অঙাংশিংগী ব্যাবহার,
নুংশিন্বা–য়েংথিন্বগী লীপুন অমসুং মমতাগী চৈনা।

হায়বসু ঙমদে, খাংবসু ঙমদে, চৎকদৌবা ওইরগদি কদায়দবু চৎকনি?
কনাদবু হংগনি, কনানা উপায় তাক্কনি মসিদা?

চমমনখি রাম, দশরথ অমসুং শ্রেণিকসু,
শ্রবণগী শিবদা, মমা–মপাগী চৈথেং-মখোল থোকখিরম্মী।

লুহোংবগী মতুংদা হংই ‘গুরু’ লোয়ন্বীদা হঞ্জিন-হঞ্জিন,
ত্রাইগল শেল্লি, থঙদ্রে করম্না তৌগনি মসিবু!

ঙসিগী অঙাংশিং, চমম্নরি মমা-মপাশিংগা,
চাওনা খেৎন্বা ওইরি, ‘জেনেরেশন গেপ’তগী।

মোক্ষকী পান্দমনি, সংসারবু ৱাংমা লান্থোকউ,
কনাবু ওইগনি হিহোন্বা? হিদি স্মুদ্রা ময়ায়দা!

হৌজিক ফাওবগী জ্ঞানীশিংনা, য়াৎলি বৈরাগ,
মচা লৈবশিংনা চীন্তাদা তারি, করম্না ওইগনি বীতরাগ?

উহনখিদে কনাগুম্বনা, সংসারগা লোয়ন্না মোক্ষকী লম্বী,
কলি-মতমগী অঙকপা, ‘দাদা’না পীরি অক্রম লম্বী!

সংসারদা লৈদুনসু, ওইবা য়াই বীতরাগ,
মশামক ওইদুনা দাদাজীনা, মৈরান চুদুনা ঙালহনখি দীয়্য।

মদুগী দীয়্যগী মঙালদা মোক্ষ ফংলি মোক্ষপু ইথৌ-লাংলিবনা,
অশেংবা পাল্লিবনা ফংবা ওই মসিদা, শুংশোয়দা দিব্যচক্ষু।

মদুগী মঙালদুগী মৈঙাল, পুথোক্লি মসিগী গ্রন্থসিদা,
মমা–মপা অঙাংশিংগী ব্যাবহার সোল্প তৌরি লম্বীসিদা!

মৈরান অমদগী মৈরান চুরি, মীপুম খুদিংমক্কী হকচাংদা,
জগপু কৎথোক্লি মসি গ্রন্থ, ফংলো হৌজিকমক।

# Preface

মমা–মপাঅঙাংশিংগী থোক্লি ব্যাবহার,

মশীং থীঙদ্রবা মতমদগী, মদু ওইরগসু লানথোকপা ঙমদ্রি!

‘ঐহাক্লা য়োকখি, লাইরিক তমহনখি’ হায়রোইদবনি;

‘অদোমদি কনানা তমহন্বগে?’ মতমদুদা করি হায়গনি?

তৌদবা য়দবনি অঙাংশিংগী থৌদাং পুন্নমক!

তৌথি মপবুং থক্লা নহাক্কীসু পুন্নমক।

অসুম চৈ–চৈদুনা, পীগনু মৈশা;

চাওরা কান্দা মসি অঙাংশিংনা, পীগনি হেন্না মৈশা!

ঐহাক্কী ইচনা অসুন্না ওইবা, অসিগুন্না মতম চুপ্পদা পাম্মী;

মখোয় অননা করম্না খৎন্বগে মসিবু কৈদৌনুংদা খনখিদে।

মমানা হংগাম–মুলা অমসুং মপা গাজর ওইবা!

অঙাংদুনা মতুংদা সেম কদায়দগী ওইগনি?

অঙাং অগী চাওন্নবা য়োক্লন্বগী দাইতা;

ওই ভারতক প্রধানমন্ত্রীদগী হেন্না চাওবা।

নঙোন্দগী হেন্না ঐনা উরকই দীপাৱলী;

অঙাংনা হায়, ‘অদোম দীয়্যনি লৈবাক্কী, ঐখোয়দি ইলেক্ট্রিক্ট’।

মমা–মপাগী খৎন্বা, শোয়রি অঙাংগী পূক্নীং,

শেল্লি কীশি, থল্লি মশামকপু কান্নদবা ওইনা, পূক্নীংদা অসুম।

চৈবদগী শেমদোকপা ওইদে ঙসিগী অঙাং কৈদৌনুংদা,

নুংশিবা থক্তদগী মশেক–মঙাল ওইগনি ঈং২০০০গী মতম

ফুবা–চৈবদগীসু হন্থবা ওইদে নুংশিবা লৈবদুদা,

নুংশিবগী প্রভাৱ দগী অঙাংনা ওই মহাবীর মদুদা।

অনৌবা নহাশিংনি হেল্দী মাইন্ড ওইবা;

নুংঙাইথোকপদি ওই, তৌইগুম্বসুং ওইদে কষায় ওইবা।
শাউবগী ফুববু অঙাংনা কৈদৌনুংদা কাউদে;
মপাদগীসু হেন্না শাউগন্বা ওইগনি।
য়ুম–য়ুম খুদিং প্রাক্রুতিগী লৌবুক ওইরম্মী সতয়ুগতা;
তোঙান–তোঙান্বা লৈশিংগী লৈকোলনি কলিয়ুগতা।
মালি ওইরগদি, লৈকোলসি ফজনা শেমগৎকনি;
নত্রগদি মাংহন্দুনা কষায়শিংবু শক্কনি।
তৌগনু কৈদৌনুংদা নচানুপীদা চীংন্বা,
নত্রগদি তাবা ওইগনি, মাংবগী খোন্থাং।
অধিকার ওইনা অঙাংবু কয়াম্না পীগনি?
ঐখোয়গী ইমা–ইপাদগী ফংবা ঐখোয়না মদুখৈ।
কান্নদবদা খর্চ ওইগনি করিগুম্বা হেন্না পীরগদি
ওইগনি য়ু–থকপা থাদোক্কনি ইকায়–ইকি খুদিং।
তৌরগদি অঙাংশিংগী মথক্তা নুংশিবা ঙল্লিবমখৈ,
মহুত্তা ওইগনি য়েংথিন্বা মদুগা চপ–মান্ননা!
নুংশিবা–য়েংথিন্বা নাম্হোক্লবা শেমশারো বীতরাগ;
মপোক কয়াদগী নাম্হোক্লবগী মসিখক্লি লম্বী!
মোক্ষ পান্দমগীদমক মচা লৈতবনা ওই খ্বাইদগী পুন্য ওইবা;
তমপাক হাংবা নত্তে তৌইগুম্বসুং একাউন হাংবনি!
করম্বা মপোক্তা, পোক্তবা ওইবগে অঙাং?
হৌজিক্তি শান্তি ওইরো, ওইয়ু মোক্ষ ফংজনীংলিবা অশেংবা
মমা–মপা অঙাংগী মরিনি সংসারগী;
লুন–থুমদা পীরমদে করিসু, লাক্লি কোর্টগী মতাং।
চৈয়ু পুং ২থক মদু ওইরগদি মাংগনি মসি মরি!

মসিদি মোংফম ফাওবগী মরিনি!

কৈদৌঙৈদা ওইদে ঐখোয়গী মীৎয়েংদা অঙাং চপ–মান্নবা
চান্নবা-য়েংথিন্বগী ফাজিন্বগী মসিনি লৌবা–পীবা শুপ্পতগী।
আত্মা নত্তনা সংসারদা কনামত্তা লৈতে ঐখোয়গী,
চৈনা পীরি হকচাং অমসুং য়া, হিসাব মশা-মশাগী।
হিসাব শীংদোকপদা মরিংজেল লৈতবা অতন্বা,
খঙদোক্লগা শীংদোকউ, নত্রগদি লৈ ফাসীগী থৌরি-কোংগোয়!
হায়নৈ, মমাদদি অঙাং পুন্নমকপু চপ-মান্নে;
নুংশিবা–য়েংথিনবনি তৌইগুম্বসুং, লৌবা–পীবগী হিসাব!
মমা–মপাদি অমথক, তৌইগুম্বসুং অঙাংদি তোঙান–তোঙান্বা;
নোংদি চুই চপ-মান্না তৌইগুম্বসুং পোৎথোক্তি মরুগী মতুং-ইল্লি।
মহৌশাগী নিয়মদগী ইমুং অমদা উনরি;
চপ–মান্নবা পরমাণু থক্তবু চিংশিল্লি মশা-মথন্তা!
থেংনবা ওইরি, দ্রৱ্য-ক্ষেত্র-কাল অমসুং ভাৱ;
থৌদোক থোক্লি ‘ব্যাবস্থিত’গী মদুনি স্বভাৱ!
শ্রেণিক নিংথৌবু মচানা জেলদা থমখি;
মচাগী কীবদগী হীরা(হু)উমদুনা শিখি মহাক্না!
আত্মাগী কনাসু লৈতে মচা মসিদা;
থাদোক্তুনা মায়া লাক্কদৌবা মপোকপু শেমদোকউ মসিদা!

# Editorial

করম্বা মপোক্তা অঙাং পোক্তবা ওইবগে? মমা-মপা য়াওদনা কনাগুম্বগী অস্তিত্ব (পুন্সি) ওইথোকপা য়াব্রা? ভগৱান পুন্নমকসু মমাগী মবুক মনুংদগী পোক্লম্মী! মতৌ অসুন্না মমা-মপা অমসুং অঙাংশিংগী ব্যাবহারসি মৈহৌরোলদগী মশীং থীঙমদ্রবা। মসিগী ব্যাবহারসি *আদর্শ* ( অথোইবা তমজফম) মতৌ করম্না ওইগনি, মসিগীদমক পুন্নমক্না অহিং-নুংথিল হোৎন্বা উরি। মদুদসু মসিগী কলিয়ুগতদি ৱাফম খুদিংদা মমা-মপা অমসুং অঙাংশিংগী মরক্তা মোৎ-খেৎন্বা উবা ওইরিবা, মদুবু উবদা মীয়াম্না পাখৎপা ওইরি। সতয়ুগতসু ভগৱান রাম অমসুং লব-কুশকী ব্যাবহার করম তৌবগে? ঋষভদেব ভগৱানদগী তোঙান্বা *সমপ্রদায়* (sect) চলাইবা মরীচিসু লৈরম্মীদনা। ধৃতরাষ্ট্রকী মমতা অমসুং দুর্য়োধনগী কুশি-রাসি, মদুবু খঙদব্রা? ভগৱান মহাবীরগী মতমদা নিংথৌ শ্রেণিক অমসুং মচানুপা কৌণিক মুগলশিংবু নিংশিংহন্বা মদুগুম্বনি?! মুগল বাদশাহ পৃথিবীবু শীন-থুংনা মশক খঙই, মথোয়গী মনুংদা বাবরসু অমনিদনা, মহাক্না হুমায়ুগী পুন্সিগীদমক, মশাগী পুন্সি মহুৎ পীন্বগী অল্লাহদগী দুৱা তৌখি, মতমদুদা নাকন অমরোমদা শাহজহাবু কৈসুমশংদা ফাজিন্দুনা ঔরঙ্গজেবনা নিংথৌ খুবম ফমখি। ভগৱান রাম মপাগীদমক বোন্দা চৎখি। শ্রৱণনা মমা-মপাবু ফীগাওদা হাপতুনা লেংবান্দা পুদুনা য়াত্রা তৌহল্লম্মী (অহান্বা লমায়দা)। অসিগুম্বা চান্নবা-য়েংথীন্বগী মরক্তা হায়-হুল্লিবা মমা-মপা অমসুং অঙাংশিংগী ব্যাবহারসি মতম খুদিংমক্তা থোক্লি। হৌজিক য়েংথিন্বগী ব্যাবহার থোইদোক-হেন্দোকপা মওংদা উবা ফংবা ওইরি।

অসিগুম্বা মতমদা *সমতা* (নুংশিন্বা-য়েংথিন্বা তৌদনা ঈং লৈবা)দা লৈদুনা আদর্শ ব্যাবহারগী মতেংনা নান্থোক্লবগী লম্বী অক্রম বিজ্ঞান্নী পরম খুরুজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱান (দাদাশ্রী) গী ৱাঙাংগী মতুং ইন্না মসিদা পুথোক্লি। ঙসিগী নহা ওইরিবা মীওইনা, মপুংফানা খঙদুনা, মদুদগী মাইপাক্লবগী লম্বী তাক্লি। বিদেসতা লৈরিবা ভারতকী মমা-মপা অমসুং অঙাংশিংগা, লৈবাক অনীগী তোঙান-তোঙান্বা সঙস্কৃতিশিংগী মরক্তা, পুন্সি হিংন্নবগী লুবা সমসয়াবু ফজনা ফোংদোক্তুনা থৌদোক্কী মখা-পোন্না ৱারি শান্নদুনা তাক্লি। খঙনিংনা পানিংলিবা অহল লোয়ন্না নহারোলশিংনা য়াম্না কান্নবা শিদ্ধ তৌগনি, আদর্শ পুন্সি শিংন্বগীদমক।

পুথোকচরিবা লাইরিক অসি শরুক অনীদা খোমজিন্দুনা ফোংজবরি।

অহান্বা শরুক : মমা-মপানা অঙাংশিংগী মথক্তা ব্যাবহার

অনীসুবা শরুক: অঙাংশিংনা মমা-মপাগী মথক্তা ব্যাবহার

অহান্বদা শরক্তা *পরম* (অথোয়বা) খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীগী মমা-মপাগা লোয়ন্না তৌবা সতসঙ্গশিংদগী খোমজিন্বনি। মমা-মপাগী চমমনবা মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীগী মমাংমক্তদা হন্না-হন্না ফোংদোকখিরম্মী। মদুগী চপ-

চাবা উপায় দাদাশ্রীনা পীবিখিরম্মী। মদুদা মমা-মপাবু ব্যাবহারগী ওইবা প্রোব্লেমশিং সমাধান ফংই। মথোয়গী মশাগী পুন্সিবুসু হোংল্লবগী সোজৈশিং ফংলি। মদুগী মথক্তা অঙাংশিংগা লোয়ন্না নুংতিগী হিংলিবা পুন্সিদা লাক্কদৌরিবা অৱাবশিংগী সমাদান কয়া ফংবা ওই, মদুদগী সংসার ব্যাবহারসি নুংঙাইবা মওংদা মপুংফাবা ওইবা। মমা-মপা অমসুং অঙাংশিংগী মরক্তা লৈনরিবা অমগা-অমগা লিপুন ওইরিবা মরি, *তত্বা* (আত্মা)গী মীৎয়েংদগী লৈরি-লৈরিবা তশেংবদু, মদুসু জ্ঞানী পুরুজনা থঙহল্লি; মদুনা মোক্ষকী লম্বীদা মমাং থাদুনা মমা-মপাগী *মূর্ছা* (জ্ঞান-মাংবা) লৈতন্বা অমসুং জাগ্রুতি লাক্লবা।

মসি নত্তবদা অনীসুবা শরুক্তা *পরম* (অথোইবা) খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীগী অঙাংশিং অমসুং নহা ওইরিবা নুপামচা-নুপীমচাশিংগা লোয়ন্না পাংথোকপা সতসঙ্গশিংদগী থোমজিন্বনি, মদুদা অঙাংশিংনা মশাগী পুন্সিগী মশাগী ওইবা চমমন্বশিংগী সোল্যুশন ফংখি। মমা-মপাগা লোয়ন্না করম্বা ব্যাবহার তৌগনি, মদুগী জ্ঞান ফংবা ওইরি। লুহোংন্বগা মরি লৈন্বদা অথোইবা জ্ঞান ফংবা ওই মদুদি নহারোল মশাগী পুন্সিদা অশেংবা ৱাফম থঙদুনা, ব্যাবহারদা মপুংফানা উপায় পুরকপা ঙমগনি। অঙাংশিংনা মশাগী মমা-মপাগী সেবাগী মরুওইবা অমসুং পরিণাম থঙই।

মমা-মপাগী প্রোব্লেমশিং অসিগুম্বা মদুদি অঙাংশিংগীদমক অদুক্কী মতীক তৌরফাও, মদু ওইরবসু অঙাংশিংনা হায়বা ইন্দে, মসিগী মরম করিনো? অঙাংশিং চাওদুনা অসিগুম্না সংস্কারি ওইগনি, মদুগুম্না ওইগনি অসিনচীংবা মঙলান পুন্নমক মুত্তপা ওইনা উবা, মতমদুদা মদুগী থম্মোয় চাকপগী অনুভাৱ ওইবদুদি, মদুগী স্মাদান করম্না তৌগনি? অঙাং খরাদি মমা-মপাগী লুহোংলবা পুন্সিগী নুংঙাইবা(!) উদুনা লুহোংবদা য়ানিংদবা ওই মতমদুদা করি তৌগনি? মমা-মপানা সংস্কারশিংগী শেমগৎপা করম্না তৌগনি? মশামক্লা মদুগী জ্ঞান কদায়দগী ফংগনি? করম্না ফংগনি? শোয়রবা অঙাংশিংবু করম্না শেমদোক্কনি? ৱাঙাং খুদিংগী মমা-মপা অমসুং অঙাংশিংগী মরক্তা থোকপা থেংগায়ন্বা করম্না মাংহনগনি? অঙাংশিংনা মমা-মপাবু বোসীজম তৌবা ওইনা উই অমসুং মমা-মপানা অঙাংশিংবু লম্বী লমুক্লবা; হৌজিক মসিগী লম্বী করিনো? অঙাংশিংবু অফবা তমবিন্না করিগুম্বা খরা ঙাংবা মথৌ তাই অমসুং অঙাংশিংনা মদুবু হজ্জিন-হজ্জিন ঙাংবনি খন্দুনা মমাংদা অর্গুমেন্ট তৌরগদি মদুদা করি তৌগনি? পীক্লিবা অঙাং অমসুং চাওরবা অঙাংশিংগা লোয়ন্না করম তৌনা তোঙান-তোঙান্বা ব্যাবহার তৌগনি?

য়ুমগী তোঙান-তোঙান্বা প্রক্রুতিশিংগী অশেংবা মালি মতৌ করম্না ওইগনি? মদুগী কান্নবা করিবু থঙবদগী লৌশিন্বা ঙমগনি? কনাগুম্বা মীহৌ-চাওবা ওইবা, কনাগুম্বা কান্নদবদা মাংহন্বা, কনাগুম্বা হুরান্বা, নত্রগা কনাগুম্বা ওলিয়া(সন্ত-স্বভাৱ ওইবা), য়ুমগী অঙাংশিংসি অসিগুম্বা তোঙান-তোঙান্বা প্রক্রুতি ওইরগদি, য়ুমগী অহল ওইবনা করিবু থনগনি অমসুং করি তৌগনি?

মপাদুনা য়ু, বীরিগী নসা শিজিন্নরবদি মহাক্না করম তৌনা নাম্থোক্কনি, মদুনা অঙাংশিংবু মহাক্কী ফত্তবা ইফেক্টতগী কন্বা ঙমন্বা।

অঙাংশিংনা নুংথিল অমসুং নুমিদাং থেংলফাওবা টী.বী–সিনেমা য়েংদুনা লৈরবদি, মদুদা মহাকপু মতৌ করম্না কনগনি? অনৌবা জেনেরেশনগী করম্বা অফবা ৱাফমবু ধ্যানদা থমদুদা মখোয়গী কান্নবা লৌগনি? হৌখ্রবা মতমগী কষায়শিং ওইবা অমসুং হৌজিক্কী বিষয় ওইবা জেনেরেশনগী গেপ মতৌ করম্না মেনগনি? নাকন অমরোমদা ঙসিগী জেনেরেশনগী 'হেল্থী মাইন্ড' য়েংদুনা কোক–নোনগদবা, মদুগুম্না মাল্লি অমসুং অতোপ্পা মায়কৈদা বিষয়দা অদুক্কী মতীক লুপ্পা ওইনা উই, মদুদা করি তৌবা ঙমগনি?

থেংনা হৌগৎপা অঙাংশিংবু করম্না শেমদোক্কনি? লাইরিক্তা শোন্বা অঙাংশিংনা করমতৌনা 'ইমপ্রুফ' তৌগনি? অঙাংগা লোয়ন্না ব্যাবহার তৌবা মতমদা মরি তৎখ্রগদি মতৌ করম্না মদুবু কাওন্টরপুলীগী মতেংনা শমজিন্নগনি?

অঙাংশিংনা মনুংদা অমগা–অমগা খৎনরবদি, মতমদুদা নীয়ুত্রেল লৈদুনা নিয়ায় মতৌ করম্না তৌগনি? অঙাংশিংনা শাউরগা পৈদুনা লৈবা মতমদুদা করি তৌগনি? অঙাংশিংগী অশাউবদু ঈংথন্বগীদমক করি তৌগনি? অঙাংশিংবু করম্বা মরল খঙহন্বা য়াবগে? অঙাংশিংবু চৈবা দরকার ওইব্রা? চৈগদ্রা নত্রগা মশাদা ফাওহনগদ্রা, মতৌ করম্না? অঙাংশিংবু চৈরগদি করম্বা কর্ম পুনশিন্বগে? মহাকপু অৱাবা ওইরগদি করি উপায় লৈবগে? অঙাংশিংবু ফুগদ্রা? ফুখ্রগদি করি উপায় লৈবগে? লিক্লিগুম্লবা পীক্লিবা অঙাংশিংগী ৱাখলবু করম তৌনা হেণ্ডল তৌগনি? মমা–মপানা য়াম্না ৱানা তাম্বা ওইরগদি অমসুং অঙাংশিংনা কান্নদবদা খর্চ তৌরগদি করি এডজস্টমেন্ট লৌগনি? অঙাংশিংবু ফ্রিদম পীগদ্রা? করিগুম্বা পীবগী মথৌ তারগদি কদায় ফাওবা? নুপামচানা য়ু থকপা ওইরগদি করি মথৌ পাংথোক্কনি? য়াম্না তাথিনা চৈরগদি করি তৌগনি? মোক্ষকী পান্দম থমদুনা অধ্যাত্মা অমদি মমা–মপা অমসুং অঙাংশিংগী ব্যবহারগী মতৌ করম্না শন্দায়নগনি? মমা–মপানা মচানুপাদগী তোঙান্না লৈরগদি করি তৌগনি?

নুপীমচাশিংনা নুমিদাংদা থেংনা লাক্লবদি? ফত্তবা শঙ্গগা পুন্বা ওইরগদি মতমদুদা করি তৌগনি? নুপীমচানা অতোপ্পা জাত্তিদা লুহোংবা ওইরগদি করি তৌগনি? মচানুপীদা চীংন্বা লৈবা ওইরগদি করি তৌবা মথৌ তাবগে?

লন–থুমগী মমীং পীগদ্রা? করম্না তৌগনি? কনাবু কয়াম্না পীগনি? শীদ্রিঙৈ মমাংদা নত্রগা মতুংদা? নুপামচানা পৈশা নীরকপা মতমদা করি তৌগনি? য়ুমগীময়ানুপা থমগদ্রা নত্রগা থল্লোইদ্রা?

অঙাংশিংদা কয়াম্না মোহ থমগনি? নুংশিবা, মমতাগী করি অরোন্বা লৈবগে? মসি কয়াম্না কান্নবগে? গুরু(লোয়ন্বী) লাকপগা মচানুপাদু হোংলগদি করি তৌগনি?

অঙাং লৈতবশিংগী মথোয়গী কর্ম করম তৌবগে? অঙাং লৈত্রগদি, তরপোন কৎতুনা মুক্তি কনানা পীগনি? চহী য়ামদ্রিঙৈদা অঙাংশিং শিবা ওইরগদি মমা-মপা করম তৌনা থাংগনি? মহাক্কীদমক করি তৌগনি? দাদাশ্রীগী অঙাং লৈখিদ্রবা মতমদা মহাক্না করি তৌথিবগে? রিলেশন তৎশিল্লকপা ওইরগদি করম তৌনা শন্দায়নগনি? জ্ঞানীগী করম্বা জ্ঞানদগী সংসার ঈপাক্তুগী ৱাংবা লান্নবগী লম্বী তাকপগে?

অপোম্ববু শাৎহন্নবগী কলা জ্ঞানীনা করম্না তৌবগে, মদু মসিদা উবা ফংই। মসিদা চহী অনীদগী চহী ১২গী অঙাংশিংবু ফুগায়না শাৎপা ওইনা উরি, মতমদুদা মথল-মথা কয়া অমা তম্বা ফংবা ওই, নুংশিবা, সমতা অমসুং *আত্মীয়তাগী*(অমত্তা ওইবগী) মচুদগী।

অঙাংশিংবু করম তৌনা লাইরিক-লাইসু তমহনগনি অমসুং হৈথোই-শিংদোই হনগনি?

অঙাংশিংনা লুহোংবা মতীক-চারবদি, মতমদুদা অচৌবা ৱাহং অমা ইমাংদা লেপ্লা ওই, মতীক-চাবা কনা ওইগনি অমসুং মতৌ করম্না অপাম্বদু থনগনি? দাদাশ্রীনা নুপামচা অমসুং নুপীমচাশিংবু য়াম্না ফজনা লম্বী উৎপা ওইরি, মদুদগী মমা-মপা অমসুং অঙাংশিংগী অয়াবগা লোয়ন্না মতীক-চাবা অদুবু থন্বা ওইবা।

নুপীমচাশিংনা নুপাময়ুমদা পুন্নমকপু নুংশিবনা থম্মোয় সুমহৎন্বা ফজরবা সোজৈশিং দাদাশ্রীনা খুৎশিন্নখি। মমা-মপাগী সেবা, *বিনয়* (নোল্লুকপনা) মহাক্কী আসির্বাদ(বোর) ফংন্নবগী মরুওইবা করিনো অমসুং মদু করম্না ফংগনি?

অরোইবদা, অহলশিংগী তেংথখোল অমসুং মদুবু সোল্যুশনগীদমক অহলশিংগী আশ্রমগী দরকার ওইবা অমসুং আধ্যাত্মিক ওইবা পুন্সি করম্না হিংগনি, মসিগী ফজরবা খোংফম লম্বী মসিদা খোমজিন্বা ওইরি; মসিবু পাদুনা থঙবদগী মমা-মপা অমসুং অঙাংশিং অনীমক্কী ব্যাবহার *আদর্শ* ওইগনি।

**- ডাঃ নীরুবেন অমিন**

## CONTENTS

# মমা–মপাগী অঙাংশিংগী মথক্তা ব্যাবহার
## (অহান্বা শরুক)



# অঙাংশিংগী মমা–মপাগী মথক্তা ব্যবহার
## (অনীসুবা শরুক)

# মমা-মপাগী অঙাংশিংগী মথক্তা ব্যাবহার
## (অহৌবা শরুক)

## 1. মখোং-শোম্বা, সংস্কারগী...

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদা অমেরিকাসিদদি পৈশা লৈরি, তৌইগুম্বসুং সংস্কার লৈতে অমসুং মসিদা নক্লনা লৈরিবা অকোয়বগী ফীভমসু অসিগুম্বনি, মদু ওইরগদি মসিগীদমক করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** অহান্বদা মমা-মপাবু সংস্কার-য়াওবা ওইগদবনি। মতুংদা অঙাংশিংনা মপান্দা চৎললোই। মমা-মপানা অসিগুম্না ওইরবদি মদুদি মখোয়গী নুংশিবদু উদুনা অঙাংদুনা মদুদগী লাপ্না চৎত্রবা। মমা-মপানা অসিগুম্না নুংশিবা ওইবা ওইগদবনি। অঙাংশিংবু করিগুম্বা শেমদোক্কে হায়রগদি অদোমগী দাইতা ওই। অঙাংশিংগা লোয়ন্না অদোমগী থৌদাংগা পুনশিন্বা। অদোম জ্ঞান তাদবরা?

ঐখোয়না ঐখোয়গী অঙাংশিংবু য়াম্না ৱাংবা থাক্কী সংস্কারদু পীগদবনি। অমেরিকাদা মীওই কয়ানা হায় মদুদি 'ঐখোয়গী অঙাংশিংনা শা-ঙা চাই অমসুং অসিগুম্বা য়াম্না তৌই।' মতমদুদা ঐহাক্না মঙোন্দা হংলম্মী, 'অদোম শা-ঙা চাব্রা?' মদুদা হায়রম্মী, 'হোয়, ঐহাক্না চাই।' মদুদা ঐহাক্না হায়রম্মী, 'মদু ওইরগদি অঙাংশিংসু তৌগনিদনা।' অদোমগী সংস্কারনি! অমসুং করিগুম্বা অদোম্না তৌদ্রগসু মখোয়না তৌবা য়াই, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মফমদা। তৌইগুম্বসুং অদোমগী থৌদাং মসি থক্তনি মদুদি করিগুম্বা অদোম্না মখোয়বু সংস্কার য়াওবা শেমগে হায়রগদি অদোম্না ইশাগী থৌদাংদগী কান্থোক্লোইদবনি।

হৌজিক্তি অঙাংশিংগীদমক অদোম্না চেকশিনগদবনি মদুদি অসিগুম্বা-মদুগুম্বা, মফমসিশিংদগী চিঙ্গাক চাদন্বা। অমসুং করিগুম্বা অদোম্না চাবা ওইরগদি হৌজিক মসিগী জ্ঞান ফংরবা মতুংদা অদোম্না পুম্নমক্কু থিংগদবনি। হায়বদি মখোয়না অদোমগী সংস্কার উবদু মদুগুম্না মতৌ তমগনি। থায়নগী মতমদা ঐখোয়গী ইমা-ইপা করিগী সংস্কার ওইবা হায়না কৌরম্বগে? মখোয় য়াম্না নীয়ম ওইবা ওইরম্মী অমসুং মতমদুদা মখোয়দা *সঙয়ম* লৈরম্মী। অমসুং মসিদি *সঙয়ম*(ইন্দ্রিবু ফাজিন্বা ঙম্বা) য়াওদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংশিংনা চাওরকপা কান্দা, মতমদুদা ঐখোয়না মখোয়দা ধর্মগী জ্ঞান করম তৌনা পীগনি?

**দাদাশ্রী :** অদোম ধর্মগী শক্তম ওইরো, মদু ওইরগদি মখোয়সু ওইগনি। অদোমগী গুণ অদুগুম্না, অঙাংশিংনসু মদুগুম্না তমগনি। মরমদুনা অদোম ধর্ম লৈবা ওইয়ু। অদোমবু য়েং-য়েংদুনা তমগনি। করিগুম্বা অদোম্না সিগরেট থকপা ওইরগদি, মদু ওইরদি মহাকসু সিগারেট থকপা তমবিগনি। অদোম্না য়ু থকপা ওইরগদি মহাক্সু য়ু থকপা তমগনি। শা-চাবা ওইরগদি শা-চাবা তমগনি। অদোম্না তৌবদু মদুগুম্না মহাক্না তমগনি। মহাক্না থনগনি অদুদি ঐহাক্না মঙোন্দগীসু হেন্না তৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অফবা স্কুলদা তম্বদগী অফবা সংস্কার লাক্তব্রা?

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং, মদু পুন্নমক সংস্কার নত্তে। মমা-মপা নত্তনা অঙাংনা অতোপ্পা কনাগুম্বদগী সংস্কার ফংবা ওইদে। সংস্কারদি মমা-মপা অমদি গুরুগী, অমসুং থরা থজিক্তং মহাক্কী সর্কল লৈদনা, ফ্রেন্ড সর্কল মহাক্কী, মদুগী সঙযোগ। সঙস্কার মমান্নবশিং-নচীংবা অসিনচিংবা নক্কবা মীওইশিংদগী ফংই। খ্বাইদগী হেন্না য়াম্না মমা-মপাদগী ফংই। মমা-মপা সংস্কার লৈবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি অঙাংশিংসু সংস্কার ওইবা ওই নত্রগদি সংস্কার ওইবা ওইরোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না অঙাংশিংবু লাইরিক তমন্নবগীদমক 'ইন্ডিয়া'দা থারগদি, মদুনা ঐখোয়গী ইশাগী দাইতদগী নান্থোক্তব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নত্তে নান্থোক্তে। অদোমনা মহাক্কী থর্চ পুন্নমক পীবিখ্রে। মফমদুদা অসিগুম্বা স্কুলসু লৈ মদুদি হিন্দুস্তানগী মীয়াম্নসু মশাগী অঙাংশিংবু লাইরিক তম্নবগীদমক থাই। চাবা-থকপা মফমদুদা অমসুং লৈন্বগীসু মদুদা ওইবা, অসিগুম্বা অফবা স্কুল লৈ।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, য়ুম-সংসার শান্তিগা লোয়ন্না লৈন্বা অমসুং অন্তরাত্মাগী শোয়দন্বা, অসিগুম্না তৌহনবীয়ু।

**দাদাশ্রী :** য়ুম-সংসার শান্তিগা লোয়ন্না লৈবা মদুখক নত্তে, তৌইগুম্বসুং অঙাংসু অদোমবু য়েংলদুনা হেন্না সংস্কার ওইবা, মদুগুম্বনি। মসিদদি মমা-মপাগী অঙাওবশিং উরগা অঙাংশিংসু ঙাওরে। মরমদি মমা-মপাগী শাজৎলোন ৱাখল মওং-মরিল চুমদে। মমা-মপাসু, অঙাংনা লৈরগদি, মতমদুদা মতাং-চাদবা ব্যাবহার তৌই, মদু ওইরগদি অঙাংদুনা শোয়দনদি অতোপ্পা করি ওইগনি? অঙাংশিংদা করম্বা সংস্কার লাক্কনি? ইকায়খুম্নবদি থমগদবনি! ঙাংনা চাক্লিবা মৈগী করম্বা ইফেক্ট

ফাওবগে? অপীকপা অঙাংনসু চাক্লিবা মৈদগী কীদনা? মমা-মপাগী পূক্লীং ফ্রেকচর ওইখ্রে। পূক্লীং লৈতদবা ওইরে। করিগুম্বা অমা হেক্তা ওইরগসু ঙাংবা ওই, অতোপ্পবু অৱাবা ওইবা, মদুগুম্বা ৱাঙাং ঙাংলি। মসিদগী অঙাংনা শোয়বা ওইরি। লোয়ন্বীনা অসিগুম্না ঙাংলি মদুদি মপুরোইববু অৱাবা ওইবা অমসুং মপুরোইবনা অসিগুম্না ঙাংবা ওই মদুদি লোয়ন্বীনা অৱাবা পীবা ওইবা। হিন্দুস্তানগী মমা-মপাশিংদি করম্না ওইগদগে? মখোয়না অঙাংশিংবু তাকপীদুনা, মসিগুম্না শেমবীবা ওইগদবনি মদুদি সংস্কার পুম্নমক মঙোন্দা চহী ১৫গী মনুংদা ফাওবা পীবা ওইবা।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক মহাক্কী সংস্কারগী থাক মদুসু হন্থবা ওইরে। মদুগী মসি পুম্বা অৱাবনি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নত্তে। সংস্কারদুমক মুৎপা হৌরে। মসিদা হৌজিক দাদা ফংবা ওইরি, মরমদুনা অমুক হন্না মচং ওইবা সংস্কার্দা পুরক্কনি। সতয়ুগ কুম্না, মদুগুম্বা সংস্কার অমুক-হন্না পুরক্কনি। মসি হিন্দুস্তানগী অঙাং অমা মালেম পুম্বগী অরুম্ববু থাংগৎপা ঙম্বা, মদুগী শক্তিদুগী মপুনি। শুপ্লতগী মহাকপু ইংখৎপীবগী দরকার ওই। মসিদি *ভক্ষক*(চাথোকপা ওইবা) থোক্লক্লি! ভক্ষক হায়বদি মশাগী নুংঙাইন্বগীদমক অতোপ্পদগী মাইকৈ খুদিংমক্তগী মুন্বা হায়বনি। কনাগুম্বনা মশাগী নুংঙাইববু কৎথোক্তুনা লৈরবদি, মহাক্না থক্না মালেম পুম্বগী নুংঙাইবা পীবা ঙম্মী।

তৌইগুম্বসুং মসিদদি সেঠজি(শেন পাইবা মী) নুমিৎ চুপ্পা শুপ্লতগী লক্ষ্মীগী ৱাখল থক্তদা লৈ। মতমদুদা ঐহাক্না সেঠজিদা হায়বা মখৌ তারম্মী মদুদি 'সেঠ, অদোম্না লক্ষ্মীগী মতুংদা তান্নরি অদুদা মসিদনা য়ুম শোয়রে!' মচানুপীনা গাড়ী থৌদুনা নাকন অমরোমদা চৎলি, মচানুপানা নাকন অমরোমদা অমসুং সেঠানি(সেঠকী লোয়ন্বী)দি অতোপ্পা মফম অমদা অমুক চৎলি। সেঠ, অদোমদি মাইগৈ খুদিংমক্তদগী লুট তৌরে! মদুদা সেঠনা হংলম্মী, 'ঐনা করি তৌগনি?' ঐহাক্না হায়, 'ৱাবু খঙউ অমসুং পুন্সি করম্না হিংগনি, মসি খঙউ। শুপ্লতগী পৈশাগী মতুং থক্তা ইনগনু। হকচাংগী খল্লু, নত্রগদি হার্ট ফেল ওইরক্কনি।' হকচাংগী ধ্যান, পৈশাগী ধ্যান, মচানুপীশিংগী ধ্যান, কাচিন খুদিংমক থুংগদবনি। অদোম্না কাচিন অমখক্তা শিংলি। হৌজিক বংলোগী কাচিন অমা শিংতোক্লগদি অমসুং লেমহৌবা পুম্নমক্তা অমোৎ-অকায় লৈরগদি য়েংবদা ফজগদ্রা? কাচিন পুম্নমক শিংতোক্কদবনি। অসিগুম্নদি পুন্সি করম্না হিংগনি? মরমদুনা মহাক্না লোয়ন্না অফবা ব্যাবহার তৌ, অৱাংবা সংস্কার ওইবা শেম্মু। অদোম ইশামক *তপ* (চৈনাদা খোংফম হোংদবা) তৌ, তৌইগুম্বসুং মখোয়বু সংস্কার লৈবা ওইবা ওইনা শেম্মু।'

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না মখোয়বু শেমদোক্লবগী হোৎন্বদি পুন্নমক তৌই, মদু ওইজরবসু মহাক্না হোংদোকপা ওইদ্রগদি মতুংদা *আদর্শ* ওইবা মপানা মদুবু মারাইবক্কীনি থন্দুনা থাদোক্কদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং হোৎন্বদি অদোম ইশাগী মওংগী মতুং ইন্না তৌইদনা? অদোমগী নাক্তা সর্টিফিকেট লৈব্রা? ঐঙোন্দা হায়য়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐগী বুদ্ধিগী মথা-পোন্না হোৎনৈ।

**দাদাশ্রী :** অদোমগী বুদ্ধি হায়বদি, ঐহাক্না অদোমদা হায়গে মদুদি মীওই অমনা মশামক জজ ওইরবা, মশামক মরাল-লৈবা মীওইশু ওইবা অমসুং উকিলসু মশামক, মদু ওইরগদি মহাক্না করম্না নিয়ায় তৌগনি?

মশাগী সংস্কারদি পুদুনা লাকই অঙাংনা। তৌইগুম্বসুং মদুদা অদোম্না মতেং-পাংদুনা মদুগী সংস্কার অদুবু মচু পীনবগী দরকার ওই।

মহাকপু থাদোক্লোইদবনি কৈদৌঙেদা। মহাক্কী ধ্যান পীগদবনি। থাদোক্লগদি মতুংদা মহাক পুংলোই লোইরগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, অসিগুম্না তৌই, তৌইগুম্বসুং লাস্ট স্টেজতা মদু মরাইবক্কীনি মথক্তা থাদোক্কদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, থাদোক্লোইদবনি। অসিগুম্না থাদোক্লবগী তানজা লাক্লগদি মতমদুদা ঐহাক্কী নাক্তা পুরকউ। ঐহাক্না ওপরেশন তৌগনি। অসিগুম্না থাদোক্লোইদবনি, খুদোংথিনিংঙাই ওই।

মচা অমনা মপাগী মকোয় চীংলম্মী, মদুদা মপানা হরাওরম্মী। হায়রম্মী, 'করম্বা ইচানো! য়েংউ, ঐহাক্কী কোয়বু চীংলি!' সে, হৌজিক মহাক্না হায়বগী মতুং ইন্না তৌরগদি মচানা কোয় চীংগনি অমসুং হঞ্জিন-হঞ্জিন চীংগনি, মদুদসু করিগুম্বা ঙাংদ্রগদি মতুংদা করি ওইগনি? অমসুং করিগুম্বা অমত্তা তৌদ্রগদি অঙাংদু খুজিন্না থরা শিকউ, খুজিন্না শিকপদগী মহাক্না থঙগনি মদুদি মসি অরান্বা ৱাফম্নি। ঐনা তৌরিবা শাজৎসি মসি অরান্বনি, অসিগুম্না মহাক্না জ্ঞান ওইগনি। মহাকপু য়াম্না ফুগনু, শুপ্নতগী তপ্না খুজিন্না শিকউ।

মপানা অঙাংগী মমাবু কৌরম্মী, মতমদুদা মহাক্তি তল তক্লম্মী। মহাক্না হায়, 'করি থবক্লো? ঐ তল তক্লি।' 'নং অসিদা লাকউ, থুনা লাকউ, থুনা লাকউ, থুনা লাকউ!' মহাক্না চেন্দুনা লাকই, 'করিনো?' মদুদা মহাক্না হায়, 'য়েংউ, য়েংউ, নুপামচা অসি কয়াম্না থঙ-হৈশিংলিবা! য়েংউ, থুনিং-কাংখত্তুনা ফুরিৎ থাওদগী লুপা

৫০ লৌথোক্লি।’ অঙাংনা মদুবু য়েংদুনা থল্লম্মী, অরে! ঐহাক্লা ঙসি য়াম্না অফবা থবক তৌরে। হৌজিক ঐহাক্লা অসিগুম্বা থবক তমলে।’ অসিগী মতুংদা মহাক হুরান্বা ওইখ্রে। মদুদা করি তৌগনি? ‘ফুরীৎথাওদগী পৈশা লৌথোকপা অফবনি’ অসিগুম্বা মহাক্লা জ্ঞান লাকপা ওইখ্রে। অদোম্না করি মান্বগে? করিগী ঙাংদবগে? অসিগুম্না তৌবা হৌনব্রা?

অসিগুম্বা মকোক-চাকপা কদায়দগী পোক্লিবা? মসিনা মপা শাদুনা লৈরি! ইকায়দব্রা? মসিদগী অঙাংনা করম্না এনকরেজমেন্ট ফংলি, মসিবু ভাপ তাব্রা? অঙাংনা য়েংদুনা লৈ মদুদি ‘ঐনা য়াম্না অচৌবা পরাক্রম তৌরে!’ মতৌ অসুম্না লুট তৌখিবা মদু ঐখোয়বু চীংলেমব্রা? করি ঙাংবদগী অঙাংশিংনা ‘এনকরেজমেন্ট’ ফংগনি অমসুং করি ঙাংবদগী অঙাংশিংবু অমাংবা ওইগনি, মদুগী ভানদি লৈগদবনি? মসিদি ‘অনটেস্টেড ফাদর’ অমসুং ‘অনটেস্টেড মাদর’নি। মপা হঙগাম মুলা অমসুং মমাদুনা গাজর, অঙাংশিংদি করম্বা থোক্লক্কনি। সেম হেক্তা ওইবা য়াব্রা?!

মরমদুনা কলিয়ুগকী মমা-মপাশিংসিবু মসি পুম্নমক হৈতে অমসুং অরান্বদা ‘এনকরেজমেন্ট’ পী কনাগুম্বা থরাদি, মহাকপু পমদুনা কোয়চৎ-চৎলি। লোয়ন্বীনা হায়, ‘মসিবু থাংগৎলু,’ মদুদা মপুরোইবনা অঙাংদু থাংগৎলি। করিদি তৌগনি? করিগুম্বা মহাক্লা মুকপা ওইরগদি অমসুং লৌদ্রগদি লোয়ন্বীনা হায়গনি, ‘মসিবু ঐ ইতোম্ন্তগীরা? ঐখোয় অনীনা লৌগদবনি।’ অসিগুম্বা ৱাহৈ হায়রগদি মপুরোইবনা অঙাংবু থাংগৎতবা য়াদবা ওই মথৌ, মসিদগী নাম্হোকপা য়াব্রা? কদায়দা চৎকনি মহাক্লা? অঙাংশিংবু পমদুনা সিনিমা য়েংবা চৎপা, চেন্বা-চোংবা! অদুদগী অঙাংশিংনা সংস্কার মতৌ করম্না ফংগনি?

বেঙ্গ মেনেজর অমনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, ‘দাদাজী, ঐহাক্লা কৈদৌনুংদা ৱাইফ নত্রগা অঙাংবু ৱাহৈ অমফাও ঙাংদে। অরান্বা কয়া তৌরগসু, করিগুম্বা অমবু তৌরবসু, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্লা করিসু হাইদে।’

মহাক্লা অসিগুম্না থল্লমগনি মদুদি দাদাজীনা ঐবু য়াম্না থাগৎকনি। মহাক্লা করি আশা তৌবগে ভাপ তাইদনা? অমসুং মহাক্কী মথক্তা য়াম্না শাউনিংলম্মী মদুদি নহাকপু কনানা বেঙ্গ মেনেজর হাপ্লিবনো? নহাক্লা অঙাংবু শেন্নবা হৈতে অমসুং নুপীবু শেন্নবসু হৈতে! মদুদা মহাক্তি পাখৎখ্রে তোল্লবা। ওন্নবদা ঐহাক্লা মঙোন্দা হায়, ‘অদোম অরোইবা মখলগী কান্নদবা মীনি! অদোম মসিগী মালেমসিদা কান্নদবা করিগুম্বা থবক অমত্তগী নত্তে!’ মদুগী মীওইদুনা মবুক্লিংদা থল্লম্মী মদুদি ঐনা অসিগুম্না হায়রগদি ‘দাদা’না ঐবু য়াম্না চাওবা মনা-মথুম পীগনি। অপং, মসিগী

মনা-মথুম লৈব্রনে? অঙাংনা লান্না তৌবা মতমদুদা ঐখোয়না ‘নহাক্না করিগী অসিগুম্না তৌরিনো? মতুংদা অসিগুম্না তৌগনু।’ মতৌ অসুম্না নাটক্কী মওংদা হায়গদবনি; নত্রগদি অঙাংনা খনগনি মদুদি মহাক্না তৌরিবদু মদু ‘অচুম্বনি’, মরমদি মপানা ‘এক্সেপ্ট’ তৌরি। অসিগুম্না ঙাংদবগী মরম্না মকোং চেখায়রে। পুম্নমক ঙাংগদবনি, তৌইগুম্বসুং নাটক কুম্না! অঙাংবু নুংদাংদা ফমহন্দুনা ভাপ তাহল্লু, ৰারি শান্নৌ। য়ুমগী মায়গৈ পুম্নমক্তগী অমোৎ-অকায়দি শিংতোকপা দরকার ওইদনা? অঙাংশিংবু খরা নিকপগী মথৌ তাই। সংস্কারদি লৈবা ওই, তৌইগুম্বসুং নিকপা মথৌ তাই। মহাকপু নিকপদা করিগুম্বা মরাল খরা ওইব্রা?

পীক্লিবা নুপামচা-নুপীমচাশিংবু জ্ঞান তাহল্লু মদুদি অয়ুক্তা ইরু লুজখোক্তুনা ভগৱানগী পূজা তৌ অমসুং নুংতিগী হায়য়ু মদুদি ‘ঐহাকপু অমসুং জগত পুম্ববু সদবুদ্ধি পীবিয়ু, জগতকী য়াইফবা ওইহনবীয়ু।’ মহাক্না করিগুম্বা মসিখক হায়রগদি মহাক্না সংস্কার ফংলে, অসিগুম্না হায়গনি অমসুং মমা-মপাগী কর্ম পুনশিন্বা মদুদগী নান্থোক্লগনি। অতোপ্পা অমনা অদোম্না অঙাংশিংদা ‘*দাদা ভগৱাননা অসীম জয় জয়কার হো*’ নুংতিগী হায় হনগদবনি। হিন্দুস্তানগী অঙাংশিংদি অদুক্কী মতীক হোংলক্লি মদুদি, সিনেমাদসু চত্তে। অহান্বদা নুমিৎ নীনী-হুম্নি শোয়বা ওইগনি, তৌইগুম্বসুং মতুংদা নুমিৎ নীনী-হুমগী মতুংদা প্রেক্টিস তৌদুনা, মনুংদা মহাও য়োৎথরবা মতুংদা, ওন্না-তৈনবদা মহাক্না মশামক্না নীংশিংগনি।

## 2. দাইতাগী ঈশৈবু করিগী শক্কনি?

মথৌদাং নত্তবা থবক্কী মনা-মথুম লৈ। নুপা অমা মথৌদাং ওইনা তৌখিবা থবক্কী মনা-মথুম ফংবা পাল্লম্মী! সংসার পুম্নমক মনা-মথুম থীববু ওইরি মদুদি ‘ঐহাক্না মসিথৈ-মসিথৈ তৌই, অদোম্নদি খংদে? অদোমদি ঐহাক্কী বেল্লু লৈতে।’ অরে ইবুংঙো, করিগী মমল থিরিবনো? মসিগী করিগুম্বা খরা তৌরিবশিংসি মদুদি থৌদাংবু ইনবনি! মীওই অমনা মশাগী মচানুপাগা লোয়ন্না ৱাতা-খোন্দরম্মী, মতুংদা ঐহাক্না মহাকপু চৈরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, ‘পৈশা পূদুনা ঐনা নংবু তমহল্লি। করিগুম্বা ঐনা পৈশা পুরমদ্রগদি নহাক্না লৈরিক তম্বা ঙম্লমগদ্রা? কোয়ঙাও-ঙাওদুনা লৈগনি।’ ইবুংঙো, মরম লৈতনা করিগী কান্নদবদা ঙাংলিবনো? মসিদি অদোমগী থৌদাংনি, অসিগুম্না ঙাংলোইদবনি! মসিদি নচানুপা ভাপ তাবনি। করিগুম্বা ‘অদোমবু কনানা তমহন্বগে?’ অসিগুম্না হংলবদি করি পাওথুম পীগনি? অসিগুম্না অঙাওবগুম্না ঙাংদুনা লৈদনা মীয়াম্না? পংলবা মীয়াম, করিসু খংদবা, করিগুম্বা অমত্তা খঙদে।

অঙাংশিংগীদমক পুন্নমক তৌগদবনি। তৌইগুম্বসুং অঙাংনা হায়রবদি মদুদি ‘নত্তে পাবুং হৌজিক তোক্লো।’ মদু ওইরসু মপানা মদুবু থাদোক্তে, মদুদা করি তৌগনি? অঙাংনা অঙাংবা-ফীরাল উৎলবদি ঐখোয়না ভাপ তারোইদ্রা? অদোম্না করম্না ফাওবগে?

মতুংদা মহাক্না হায়রগদি মদুদি ঐহাক্না ব্যাপার তৌগনি, মদু ওইরগদি ঐখোয়না ব্যাপারগীদমক করিগুম্বা লম্বী থরা তৌগদবনি। মসিদগী হেন্না মনুং হুৎনা চৎপা ওইবা মপাদি অপঙনি। করিগুম্বা মহাক্না থবক ফংলগদি মশাগী মনাক্তা করিগুম্বা লৈবদু, মদুবু কিশী য়োমদুনা থমখিগদবনি। করিগুম্বা মতাংদা অৱাবা ওইরগদি, মদুদা লিশিং ১-২ থাগদবনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্তি অনম্বা মতমদা হংদুনতা লৈ। মদুদা মচানা হায় ‘অদোমদা তৌরকনু হায়রি মদুদি ঐগী ৱাফমদা খুৎথিংজিল্লক্কনু।’ মদুদা মহাক্না করি হায়বগে হায়বদা, ‘হৌজিক মহাক্না মকোক লৈতে, মরমদুনা অসিগুম্না হায়রি।’ অরে, মসিদদি অদোম পোত্থরে; অফবা ওইরি, চয়েৎনবদগী নাম্হোক্লে। নচানা মশামক্না অদোমবু থীংলিদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** অচুম্বা লম্বী করম্বনো? ঐখোয়না মফমদুদা অঙাংবু শেন্নগদ্রা নত্রগা ঐখোয়গী য়াইফন্বগীদমক সতসঙ্গদা চৎকদ্রা?

**দাদাশ্রী :** অঙাংদি মশা-মতোম্তা শেন্নজরি। অঙাংশিংবু অদোম্না করিবু শেন্নগনি? নশাগী য়াইফন্বা তৌবা মদুনি মরু ওইবা ধর্ম। মসি নত্তনদি মসি অঙাংশিংদি শেন্নবা ওইরিদনা! অঙাংশিংবু অদোম্না য়োকপরা? লৈকোন্দা গুলাপগী পাম্বী থারগদি নুমিদাংদা ৱাংখৎপরা নত্রগা ৱাংখত্তৱা। মদুদা ঐখোয়না খল্লি মদুদি ঐহাক্কী গুলাব, তৌইগুম্বসুং গুলাবনদি অসিগুম্না খল্লি মদুদি ঐ ইশামক্লি। কনাগুম্বা অমত্তগী নত্তে। পুন্নমক মশাগী ওইজবদা মমাং থারি। মসিদি ঐখোয়না অঙাওবা অহংকার তৌরি, অঙাওবগুম্না তৌরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা ঐখোয়না গুলাবপু ঈশিং পীদ্রবদি, মদু ওইরগদি গুলাপতি কংবা ওইগনি।

**দাদাশ্রী :** পীথক্তবা মদুগুমনদি ওইথোক্তেদনা! মচানুপাবু ফজনা থমদ্রবদি মচানুপানা চীকন্নবা তান্নগনি নত্রগা নুংনা থাগনি।

হৌজিক সংসারগী ওইবা থৌদাং পাংথোকপা মতমদা ধর্মগী ওইবা থবকশিংগী এডজস্ট করম্না তৌগনি? মচানুপানা ওন্না-ঙাংলগসু ঐখোয়না ইশাগী ধর্ম নাম্হোক্তনা, থৌদাং মপুংফানা পাংথোক্কদবনি। ঐখোয়গী ধর্ম করিনো? মচানুপাবু চাওন্বা য়োক্তুনা চাওন্বা তৌবা, মহাকপু অচুম্বা লম্বীদা চৎহন্বা। হৌজিক মহাক্না খোয়না ঙাংলগদি

অমসুং অদোমসু খোয়না ঙাংলগদি মদু ওইরগদি পরিনাম করি ওইগনি? মহাক শোয়বা ওইগনি। মরমদুনা অদোম্না নুংশিনা মহাকপু অমুক হন্না ভাপ তাহনগনি ফম্মু ইবুংঙো, য়েংউ, অসিগুম্বনি, মদুগুম্বনি। হায়বদি পুন্নমক থৌদাংশিংগা লোয়ন্না ধর্ম লৈগদবনি। ধর্ম লৈত্রগদি মদুগী মহুত্তা অধর্ম লাক্লগনি। কা অদু হাংনা লৈরোই। হৌজিক মসিদা ঐহাক্না কাশিং হাংদুনা থমলগদি মীয়াম্না শো হাংদুনা মনুংদা চংগনি নত্রগা চংলোইদ্রা?

তশেংবদা য়ুমদা নুপীশিংগী অশেংবা ধর্ম করিনো? নকন্বা মীওইশিংনা অসিগুম্না হায়বা মদুদি ৱাহ! করিবু হায়গনি! থৌদাংদি অসিগুম্না ইনগদবনি মদুদি নক্নবা মীয়াম্না হারাওবা ওইবা। মরমদুনা নুপীশিংগী অশেংবা ধর্মদি মদুনি অঙাংশিংবু শেম্বী-শাবীবা, মখোয়বু অফবা সংস্কার পীবা; মপুরোইবদা সংস্কার য়ামদবা ওইরগদি সংস্কার য়াওহন্বা। পুন্নমক ইশাগী শেমদোকপা, মদুগী মমিং ধর্ম। শেমদোকপা মথৌ তাদব্রা?

মীওই থরাদি করি তৌবগে? ভগৱানগী ভাক্তিদা পুক্নীং লুপতুনা লৈরি, তৌইগুম্বসুং অঙাংবু উবদা শাউবা ওই। মখোয়দা ভগৱান প্রগত ওইবা মদুগুম্বা অঙাংশিংবু উবদা শাউবা ওই অমসুং মদুদা ভগৱানগী ভক্তি তৌদুনা লৈ, মদুগী মমিং ভগত! মসি অঙাংশিংদা শাউগদ্রা? অরে! মখোয়দদি প্রগত ওইনা ভগৱান লৈরিবনি!

## 3. খৎনবোইদবনি, অঙাংশিংগী মমাংদা...

করিগুম্বা ঐখোয়না শা-চাদ্রবদি, য়ু থক্রবদি অমসুং য়ুমদা লোয়ন্বীগা লোয়ন্না খৎনদ্রবদি মদু ওইরগদি অঙাংনা য়েংই মদুদি পাপাসি য়াম্না ফৈ। অতোপ্পগী মপা-মমাদি খৎনৈ, ঐহাক্কী মম্মী-পাপাদি খৎনদে। মসিখক উরগদি অঙাংসু তম্বা ওই।

নুংতিগী মপুরোইবা লোয়ন্বীগী মরক্তা খৎনরবদি অঙাংনা অসুম য়েংদুনা লৈ। 'মসিগী পাপ্পা অসিদি অসিগুম্বনি' হায়গনি। মরমদি য়াম্না পীকচরবসু মদু ওইজরবসু মসিগী নয়ায় তৌবা ওই অচুম-অরান থীবা বুদ্ধি মঙোন্দা লৈ। নুপীমচাশিংদদি অচুম-অরান্বা থীবা বুদ্ধি য়ামদনা লৈবা ওই। নুপীমচাশিংদি মহাক্কী মমাগী পক্ষ(মীচংদা) লৌবা ওই। তৌইগুম্বসুং মসি নুপামচাদি অচুম-অরান থীবা বুদ্ধি ওইবা মরম্না, থংই মদুদি পাপাগী মরালনি! মতুংদা মীওই অনী–মরীবু পাপাগী দোষ হায়বসু ওই, পান্দমসু লেপ্পা ওই মদুদি চাওরকান্দা তাক্কনি! মতুংদা চাওরা কান্দা মদুগুম্না তৌবা ওই। নহাক্কী নচাশিংনা খুৎশিন্নরি নহাকপু!

অঙাংশিংগী মমাংদা থৎনরোইদবনি। অদোম সংস্কার ওইবা ওইগদবনি। অদোমগী মরাল ওইরগসু লোয়ন্বীনা হায়, 'করিসু কায়বা লৈতে।' অমসুং মহাক্কী অরান্বা ওইরগদি অদোম্না হায়য়ু, 'করিসু কায়দে।' অঙাংনা অসিগুম্না উরগদি ওল রাইট ওইবা ওই। অমসুং করিগুম্বা থৎনগদৌবা ওইরগদি ঙাইদুনা লৈয়ু, অঙাংশিংনা স্কুলদা চৎপা মতমদা, মতমদুদা থৎন্নিংবথৈদু থৎন্নৌ। তৌইগুম্বসুং অঙাংশিংগী মমাংদা অসিগুম্বা থৎনা-চৈন্বা, মদু ওইরগদি মথোয়না য়েংই অমসুং মতুংদা মহাক্কী পূক্নীংদা অঙাং ওইরিঙৈদগী পাপা অমসুং মম্মীগীদমক মায়োক ওইবা ভাৱনা পোকপা ওইবা ওই। মহাক্কী পোসিটিব ওইবা ভাৱ নাম্থোক্তুনা নেগেটিব হৌবা ওই। হায়বদি ঙসিগী অঙাংশিংবু শোয়হন্বা ওইবা মমা-মপা থক্লি!

করিগুম্বা থৎনগে হায়রগদি কানা লৈত্রবা মতমদা থৎনৌ, অঙাংশিংনা লৈবা মতমদা নত্তে। কানা লৈত্রবা মতমদা থোং-লোশিন্দুনা অনীমকপু থৎনগদৌবা ওইরগদি থৎনৌ।

অতাংবা হৈনৌ পুরকপা অমসুং মদুগী হৈনৌ অদুগী মহি, লোয়ন্না তলশিং হৌদুনা পুম্নমক নুপীনা চাক-হাপ্পা অমসুং চাবা হৌরম্মী। থরা চাবা অমসুং কড়ীদা(শঙ্গোম অফম্বদগী সেম্বা মহি থোংবা)থুৎ থাবগা, থুম থরা য়াকপগা মদুদা ডাইনিং টেবল য়ৈদুনা হাই মদুদি 'কড়ী থুময়াক হল্লিবা।' অরে! চুম্না চাক চাউনে! য়ুমগী মপু, মদুদা কনাগুম্বা মথক থোংবা লৈতে। মহাক মশামক বোস, মরমদুনা চৈবা-কীহন্বা হৌই। অঙাংনা কীবা ওই মদুদি পাপা অসিগুম্না ঙাওবা করিগী ওইরিনো? তৌইগুম্বসুং ঙাংবা ঙমদে। মরমদি নমথবা ওইরি, তৌইগুম্বসুং পূক্নীংদা মোৎ-শেম্বা ওই মদুদি পাপাসি অঙাওবা মাল্লি।

হায়বদি অঙাং পুম্নমক্লা তন্বা ওইরে। মথোয়না হায় মদুদি ফাদর-মদরসি লুহোংলবা ওইরি, মথোয়গী নুংঙাইবা উবদা ঐখোয়না তল্লে। ঐহাক্লা হংই, 'করিগী? করি উবগে?', মদুদা মথোয়না হায় মদুদি নুংতিগী থৎনা চৈন্বা ওই। মরমদুনা ঐহাক্লা থংবা ওই মদুদি লুহোংবদগী অৱাবা ওই। হৌজিক ঐখোয় লুহোংজররোই।

## 4. অন্সর্টিফাইড ফাদর্স এন্ড মদর্স

মপা অমনা হায়, 'মসিগী অঙাংশিংসি পুম্নমক ঐহাক্কী ময়োক্তা লৈবা ওইরি।' ঐহাক্লা হায়, 'অদোম ক্বালিফাইড ওইদে মসিবু ময়েক-শেংবা ওইরি।' অদোমদা মতীক চাবা ওইরগদি নুপামচাশিংনা করিগী ময়োক্তা লৈগনি? মরমদুনা মতৌ অসুম্না ইশাগী ঈজৎ মাংহনগনু।

অমসুং অঙাংশিংবু চৈদুনা লৈরগদি অশোয়বা ওই। মখোয় শেমদোক্কে হায়রগদি ঐহাক্কী ইনাক্তা পুরক্কুনা করিগুম্বা ৱারি শান্নরগদি মখোয় শেমদোকপা ওইগনি।

মরমদুনা ঐহাক্কা লাইরিক্তা ইরি মদুদি 'অনক্কালিফাইড ফাদর্স এন্ড' অনক্কালিফাইড মদর্স'(মতীক চাবা ওইদবা মমা-মপা), মতমদুদা অঙাংশিংসু মদুগুম্না ওইগনিদনা! মরমদুনা ঐহাক্না হায়বা মখৌ তাই, ফাদর ওইন্নবগী মতীক চাবগী সর্টিফিকেট লৌরবা মতুংদা লুহোংউ।

মখোয়দি পুন্সি হিংবসু হৈতে, করিসু হৈতে! মসি সংসার-ব্যাবহার করম তৌনা চলাইবা, মসিসু হৈতে। মরমদুনা মতুংদা অঙাংশিংবু ফুরি! অরে মখোয়বু য়ৈরিবদুবু মখোয়বু ফীরোলরনে, শুদোক-চামথোক্কদবা? অঙাংশিংবু অসুম্না শেমদোকপা, ফুবা, মসিদি করম্বা মওংনো? পাপরগী আতা তোৎলিবগুম্না! খোন-শুন্বনা য়ৈদুনা পাপরগী আতা তোৎলি, মদুগুম্না মীওই অমবু ফুবা ঐহাক্না উথি।

মমা-মপাদি মখোয়বু কৌই মদুদি করিগুম্বা মচানা ফত্তবা লম্বীদা চৎখ্রবদি, মদু ওইরবসু নুমিৎ অমা মমা–মপানা হায়বা মতমদুদা, 'ইবুংঙো মসি ঐখোয়বু লেমজদে, মসি নহাক্না করিনো তৌরিসি?' মদু ওইরগদি নীনীসুবা নুমিত্তা পুন্নমক লেপথিবা। অসিগুম্বা প্রেম(নুংশিন্বা) কদায়দা লৈরিবগে? মসিদি নুংশিবা য়াওদ্রবা মমা–মপা! মসিগী জগত অসি নুংশিবদগী লাকশিন্বা ওই। মসি মমা-মপানা অঙাংশিংগী মথক্তা কয়াম্না নুংশিরিবা? গুলাবকী পাম্বীদা মালিনা ওইবগুম অদুগুম্না! মখোয়বু মমা–মপানি হায়না করম্না হায়গনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংশিংগী লাইরিক তমন্নবগীদমক নত্রগা সংস্কারগীদমক ঐখোয়না করিগুম্বা অমত্তা খল্লোয়দ্রা?

**দাদাশ্রী :** খন্বদা প্রোব্লেম ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** লাইরিক্তি স্কুলদা তম্লি, তৌইগুম্বসুং সংস্কার মদুগী *চারিত্রা* (শাজৎলোন চুম্বা)করম্না পীগনি?

**দাদাশ্রী :** হকপা(মওং–মরিল তাহন্বা)দু সনা-শাবদা থুংশিন্নৌ। মহাক্না হক্কদবা ওইবশিংদু, মহাক্না হক্কনি। মচানুপানা চহী ১৫ শুদ্রিফাও, মদুফাও মঙোন্দা হায়বা য়াই, মদু ফাওবা ঐখোয়না ওইবা অদুগুম্না, মদুগুম্না মহাকপু শেম্মু। মতুংদা মহাক্কী নুপীনা শেমগনি। মসিদদি অঙাংবু শেম্বা হৈতে মদু ওইজরবসু মীয়াম্না শেম-শাবা তৌরি! মখোয়দগী শেম-শাবা ফজনা তৌবা ঙমদে। মূর্তি ফজবা ওইদে।

নতোন ২ মথায়গী শেমগদবা ৪ মথায় ওইহন্বা ওই! মতুংদা মচানুপাগী লোয়ন্বী লাক্কনি, মহাক্কী মপুরোইবগী নাতোল্বু ক্কথত্তুনা শেমজিনগনি, মতমদুদা মচানুপানসু লোয়ন্বীগী মনাতোন ক্কথৎপা চৎকনি। মতৌ অসুন্না অনীমক মমাং-মক্তদা চোংথোক্লরক্কনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ‘সর্টিফাইড’ ফাদর-মদরগী ৱাহন্থোক করিনো?

**দাদাশ্রী :** ‘সর্টিফাইড’ মমা-মপা, হায়বদি ঐখোয়গী অঙাংশিং ঐখোয়না হায়বগী মতুং ইন্না চৎপা, ঐখোয়গী অঙাংশিংনা ঐখোয়গী মথক্তা থাজবা থমদ্রগদি, মমা-মপাবুসু অৱাবা পীরবা। অসিগুম্বা মমা-মপাবু ‘অনসর্টিফাইড’ হায়না কৌগনিদনা?

নত্রগদি অঙাংশিংদি অসিগুম্না ওইদে, অঙাংশিংদি হায়বা ইন্বা ওই। মসিগী মমা-মপাসিদি জ্ঞান তাদে। লৈবাক কুম্বনি, মরুগুম্না মহৈসুনি! মথক্তা হায়রি মদুদি ‘ঐহাক্কী ইচানুপা মহাবীর ওইগনি।’ মহাবীর ওইগদ্রনে? মহাবীরগী মমাদি করম্না ওইবগে!! মপা অদুগুম্বা-মদুগুম্বা ওইরবসু য়াগনি, তৌইগুম্বসুং মমাদি করম্বা ওইবগে?!

মসিগী মনুংদা অদোম্না করিগুম্বা অপাম্বা ৱাফম য়াওব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিগী ৱাফম অসি পাম্বা, মতমদুদা মদুগী ইফেক্ট ফাওবা ওই।

**দাদাশ্রী :** অয়াম্বা মীয়াম্না মচানুপাদা হায়, ‘নংনা ঐনা হায়বা তাদে।’ ঐহাক্না হায়, ‘অদোমগী ৱাঙাং মহাক্না পাম্বা ওইদে, করিগুম্বা পাম্বা ওইরগদি ইফেক্ট ফাওবা ওইগনি।’ অমসুং মপানা হায়বা ওই, ‘নং ঐনা ঙাংবা তাদে।’ অরে! নহাক্না মপা ওইবদি হৈতে। মসিগী কলিয়ুগতা মীয়ামগী দশাবু য়েংঙউ! নত্রগদি সতয়ুগতা করম্বা মমা-মপা লৈরম্মী।

ঐহাক্না মসিবু তাকপা পাম্মী মদুদি অদোম অসিগুম্না ঙাংঙউ মদুদি অঙাংশিংবু অদোমগী ৱাফমশিংদা ইন্টররেস্ট লাকপা, মতমদুদা মখোয়না অদোমগী হায়বা তৌগনি। অদোম্না ঐঙোন্দা হায়দনা মদুদি ঐহাক্কী ৱাফম অদোম্না পাম্মী। মদু ওইরগদি অদোমদগী মসি থক্তি ওইথোক্কনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোমগী ৱাঙাংগী ইফেক্ট অসিগুম্না ওই মদুদি মদুগী পাওথোংদুগী বুদ্ধিনা উপায় থিবা ফংদবা, মদুগী উপায় মসিগী ৱাঙাংসিনা পুরকপা ঙম্মী।

**দাদাশ্রী :** থম্মোয়দা য়ৌবা ৱাঙাং। মদু মদরলী কৌই। থম্মোয়দা য়ৌবা ৱাঙাং করিগুম্বা মপানা মশাগী মচাদা ঙাংলগদি, মদু ওইরগদি মহাক সর্টিফাইট ফাদর কৌগনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংশিংনা য়াম্না লাইনা য়াবা ওইদে!

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি হিটলরীজমদগী তাৱা? করিগুম্বা হিটলরীজম তৌরগদি মদু হেল্পফুল নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মখোয়না য়াবা ওই তৌইগুম্বসুং য়াম্না কন্না ভাপ তাহল্লবা মতুংদা।

**দাদাশ্রী :** মদুদা করিসু অকায়বা ওইদে। মদু নিয়ম কৌগনি। য়াম্না কন্না জ্ঞান তাহন্বা ওই, মসিগী মরম করিনো? মদুদি অদোম ইশামক্না থঙবা ঙমদে, মরমদুনা হেন্না জ্ঞান তাহন্বা ওইরি। জ্ঞান্তাবা মীওইদুদি অমুক্তং থক জ্ঞান তাহন্বা ওই। মতুংদা ঐখোয়না খঙলোয়দ্রা? য়াম্না জ্ঞান তাহন্বা ওইরি, তৌইগুম্বসুং মতুংদা খঙবা ওইদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** মদু খ্বাইদগী অফবা লম্বীনি। মসিদি ফু-চৈদুনা ভাব তাহন্নবা হোৎনৈ। অসুম হেক্তা মপা ওইদুনা ফল্লি, মদুগুম্না হৌজিক ফাওবা মালেম অসিদা কনাগুম্বা অমত্তা মপা ওইবা ফংদ্রিবগুম্না! হায়বদি জ্ঞানতা হন্দুনা অসিগুম্না থবক পাংথোক্লবদি, মখোয়বু ঐহাক্না অনক্কালিফাইড হায়বা য়াদে।

‘মপা ওইবা’ মদুগী সদব্যাবহার করম্না ওইগদগে? মচাগা লোয়ন্না বোসিজম তৌদবা, তৌইগুম্বসুং স্ট্রিক-ওইবসু লৈরোইদবনি, মদু মপা কৌবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংনা অৱাবা পীবা মতমদা, মতমদুদা মপানা করি তৌগনি? মতমদুদসু মপানা শক্তি পাংথোক্লোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** অঙাংশিংনা মপাগী মরম্না অৱাবা ওইরি। মপানা ওক্তবা ওইরগদি, মতমদুদা অঙাংশিংনা অৱাবা পীবা ওই। মসি মালেম অসিগী কোর্ট অসিগুম্বনি। মপাদা মতীক চাদবা ওইরগদি অঙাংনা অৱাবা পীদনদি লৈরোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মচানুপানা মপানা হায়বা তাদ্রগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** 'ঐহাক্কী ইরালনি' অসিগুম্না থন্দুনা থাদোকউ! ইশাগী মরাল ওইবা মদুদা লৌদেদনা! মপা ওইবা হৈরগদি, মচানা মহাক্কী ৱাফম লৌরোইদবা অসিগুম্না ওইগদ্রনে? তৌইগুম্বসুং মপা ওইবা হৈতেদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** অমুক্তং ফাদর ওইরবা মতুংদা হুইনাও মচাবু থাদোক্কদ্রনে?

**দাদাশ্রী :** থাদোক্লমগদ্রনে? হুইনাওমচাদি পুন্সি চুপ্পা 'ডোগ' অমসুং 'ডোগি' অনীবু য়েংদুনা লৈ মদুদি মসি ভৌ-ভৌ তৌই অমসুং মসি (ডোগি) চীক্কুনা লৈ। 'ডোগ' ভৌ-ভৌ তৌদনা লৈবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং অরোইবদা দোষ মদুগী 'ডোগ'কী ওইনা পুথোকপা ওই। অঙাংশিংনা মহাক্কী মমাগী মাইগৈদা লৈ। মরমদুনা ঐহাক্কা মীওই অমদা হায়রক্মী, 'চাউরগা মসিগী অঙাং অসিনা নহাকপু ফুগনি মরমদুনা য়ুমগী লোয়ন্বীগা চুন্না লৈয়ু।' মসিদি অঙাংশিংনা ওইনা উই মদুগী মতমদুদা, মহাক্কী মনুং চন্দ্রিফাও অমসুং মনুং চল্লবা, মতমদুদা কা অমদা থোং লোনশিন্দুনা ফুবা ওই। ময়ামদা অসিগুম্না থোকপসু ওই! মচানা মদুগী নুমিত্তুদগী পুক্নীংদা লমন-খুন্নবা লেপ্পী মদুদি চাউরগা ঐনা বাবাবু অমুক হন্না পীগনি। ঐহাক্কী করিগুম্বা ওইজসনু তৌইগুম্বসুং মহাকপু পুন্নমক তম্বিগনি অসিগুম্না লমন-খুন্নবা লেপ্পী। মসিসু থঙবা য়াবা মদুগুম্বনিদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** দোষ পুন্নমক মপাগীরা?

**দাদাশ্রী :** মপাগীনি! দোষ অদু মপাগীনি। মপাদা মপা অমা ওইন্বগী মতীক চাবা ওইদ্রগদি, মদুদা মহাক্কী নুপীনা মহাক্কী ময়োক্তা লৈবা ওই। মপাদুনা মতীক চাদ্রকান্দা অসিগুম্না ওইদনা! মসিদা য়াম্না ৱানা ঙন্নবা মশাগী সংসারবু পাংথোকপা ওইরি। তৌইগুম্বসুং লোয়ন্বীনা কদায় ফাওবা সমাজপু কীবদগী কীদুনা লৈগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মতম চুপ্পদা মপাদুগী থক মরাল ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** মপাগী থক্তা মরাল ওই। মহাক্কা মপা ওইবা হৈতে, মরমদুনা মসি পুন্নমক শোয়রিবনি। য়ুমদা করিগুম্বা মপা ওইগে হায়রগদি মহাক্কী লোয়ন্বীনা মহাক্কী মনাক্তগী বিষয়গী নীগনি, অসিগুম্বা *দৃষ্টি*(মীৎয়েং)লৈরবা কান্দা মপা ওইবা য়াগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপানা য়ুমদা অহন-ওইবগী ৱাখল্লোন থমদ্রগদি, মপা-ওইবগী ৱাখল্লোন থমদ্রগদি মতমদুদসু মহাক্কী মরালরা?

**দাদাশ্রী :** মতমদুদদি পুন্নমক ফবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইজরবসু অঙাংনা মপাগী হায়বা ইনগদ্রা, মসিগী করি গেরেন্টি?

**দাদাশ্রী :** লৈদনা! ঐশাগী 'কেরেক্টর' (লিচৎ) অফবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি সংসার পুম্নমক করেটর লৈবা ওইবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাং অদুনা থমথেংবা থাক্কী ওইরগদি, মদুদা মপা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মপুংওইবা দোষ মপাগী ওইবা ওই। মহাক্কা করিগী অৰাবা মায়োক্করিবনো? হান্নদগী শাজৎলোন শোয়বদগীনি, মদুগী মরম্না মসিগী দশা ওইরিদনা? ঐহাক্কা মসিদা হায়নিংঙী মদুদি কনাগুম্বগী করিগুম্বা মপোক্তা মশাগী শাজৎলোনদা কন্ট্রোল শোয়হন্দ্রগদি মহাক্কী মফমদা অসিগুম্না ওইরোই। মমাংগী কর্ম করম্না ওইখিবগে? ইশাগী মপুংওইবা কন্ট্রোল লৈখিদবা মতমদুদা? হায়বদি ঐহাক্কা কন্ট্রোলদা থাজবা ওই। কন্টোলদা থাজন্বগীদমক নহাক্কা মদুগী নিয়ম পুম্নমক খঙগদবনি?

মসিগী অঙাং অসি ঐখোয়গী মীংজেল্নি। ঐখোয়না অঙাংদগী খঙবা ঙম্মী মদুদি ঐখোয়গী অরান্বা কয়াম্না লৈবগে!

করিগুম্বা অদোমদা শীল মমীং কৌবা গুণ অসি লৈরগদি, কৈসু অদোমগী মনুংচন্না লৈগনি, মদু ওইরগদি অঙাংশিংনা করিবু তৌগনি? ইশাগী শীলদি মফম-মরাং খঙদে, মদুগী মরম্না মসি পুম্নমক মফম-মরাং খঙদ্রি। শীল খঙলেদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** শীল করিবু কৌগনি? মদুগী মরমদা খরা শুগায়না, পুম্নমক্কা খঙবা ঙমগদবা, মদুগুম্না তাকপীয়ু!

**দাদাশ্রী :** খজিক্তং ফাওবা অৰাবা পীন্বগী *ভাৱ লৈতবা* (ৱাখল চেন্দবা)। ইশাগী য়েক্নববুসু খজিক্তংফাও অৰাবা পীন্নবগী ভাৱ লৈতবা। মহাক্কী মনুংদা 'সিন্সিয়ারিটী' লৈবা, 'মোরেলিটী' লৈবা, গুণ পুম্নমক তুংবা ওইবা। খজিক্তংফাও হিংসাগী ওইবা ভাৱ লৈতবা, মদু 'শীলবান' কৌই।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক্কানগী মমা-মপানা অসিগুম্বা পুম্নমক কদায়দগী পুরক্কনি?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইজরগসু ঐখোয়না মদুদগী খজিক্তং ওইরবসু, ২৫% দরকার ওইদনা ওইদব্রনে? তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না কাল (মতম) গী মরম্না আইসক্রীম চাদুনা লৈরি অসিগুম্বা নুংঙাইথোকপা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপাগী *চরিত্রা* (লিচৎ) করম্না ওইগনি?

**দাদাশ্রী :** অঙাংনা নুংতিগী হায়রবা মদুদি 'পাপা, ঐখোয়না মপান্দা নুংঙাইবা ওইদে। অদোমগা লোয়ন্না য়াম্না নুংঙাইবা ওই।' অসিগুম্বা চারিত্রা ওইগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদি ওন্না-তৈনবা ওই, মপানা য়ুমদা লৈবা ওইরগনা মচানা মপান্দা চৎলি অমসুং মপানা মপান্দা চৎখ্রগদি মচানা য়ুমদা লৈ।

**দাদাশ্রী :** মচানা মপা য়াওদ্রগদি নুংঙাইবা ওইদবা মদুগুম্বা ওইগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি অসিগুম্না ওইন্বগীদমক মপাবু করি তৌবা মতৌ তাবগে?

**দাদাশ্রী :** ঐহাক্না অঙাংশিংবু উন্নৈদনা, মদুদা অঙাংশিংনা ঐহাক য়াওদ্রগদি নুংঙাইবা ওইদে। অহল ওইরবশিংসু থেংনৈ, মদুদা অহল ওইরবনসু ঐহাক য়াওদ্রগদি নুংঙাইবা ওইদে। নহাশিং থেংনরগদি নহারোলশিংনসু ঐহাক য়াওদনা নুংঙাইবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়সু অদোমগুম্না ওইনিংই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, করিগুম্বা অদোম ঐহাক্কুম্না তৌরগদি মদুগুম্না ওইগনি। করিগুম্বা অদোম্না হায়, 'পেপ্সী পুরকউ।' মদু ওইরগদি মখোয়না হায়গনি, 'লৈতে।' 'মদু ওইরগদি করিসু কায়বা ওইদে, ঈশিং পুরকউ।' মসিদদি মহাক্না হায়, 'পেপ্সি করিগী লৈদনা থমদ্রিবনো?' মসি ওইরে শোয়বা অমুক-হন্না। ঐহাক্তি বরো মতুংগী চাক-চাবা মতম ওইরগদি অমসুং হায়রগদি মদুদি 'ঙসিদি চাক থোংদ্রে'। মদু ওইরগদি ঐহাক্না হায়গনি মদুদি 'য়াম্না ফরে, পুরকউ ঈশিং খরা থক্কে, মসিখক।' 'অদোম্না করিগী থোংদ্রিবনো?' হায়বগা পুলিস ওইবা ওইরে। মদুদা শিফাইদৌনা ৱাহং-হংবা তৌবা ওই।

## 5. জ্ঞান-তাহন্বদগী হোংদোক্লি, অঙাংশিং

মসিগী হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাংবগী মহুত্তা *মোন*(তুমিন্না) লৈবনা ফৈ, ঙাংদবনা ফৈ। অঙাংশিংনা শেমদোকপগী মহুত্তা অমাংবা ওইরি, মরমদুনা ময়েক্ট অমফৌ হায়গনু। অশোয়বা মদুগী দাইতা মশাগীনি। মসি খঙবা ঙম্বা মদুগুম্বা ৱাফম্নিদনা?

অদোম্না হায়রগদি অসিগুম্না তৌগনু, মতমদুনা মহাক্না ওন্না তৌই। 'তৌগনি, চত্তুনা তৌনিংবদু তৌ।' ওন্নবদা মহাক্না হেন্না শোয়বা ওই। অঙাংশিংনা মশাগী ইজৎ উফুনগুম্না ওইহল্লি। মসি ভারত মচাশিংদি হিংবসু হৈতে! মপা-ওইবা হৈতে অমসুং মপা-ওইদুনা ফল্লি। মরমদুনা অসিগুম্না-মদুগুম্না ঐহাক্না জ্ঞান তাহন্বা মথৌ তারি,

লাইরিকশিং ফোংগদবা মথৌ তারি। নত্রবদি জ্ঞান লৌরিবদুনদি, মথোয়গী অঙাংশিংবু য়াম্না ফজনা অফবা ওইহন্বা ঙম্মী। মহাকপু ফমহন্দুনা, খুৎনা-নান্থদুনা হংউ মদুদি, ‘ইবুংঙো, নহাক্না, মসিদা অশোয়বা ওইরি, অসিগুম্না নহাক্না মান্দব্রা!’

মসি ইন্ডিয়ন ফিলোসোফি (ভারত মচাগী তশেংববু খঙবা ঙম্বদু) করম্না ওইবগে? মমা-মপাগী মনুংদা অমনা চৈরগদি মতমদা অতোপ্পদুনা, অঙাংবু কন্বা ওইরি। মরমদুনা মহাক্না করিগুম্না চুমথোক্লিবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি শেমদোকপদি নাকন অমদা লৈহৌরে, মদুগী মথক্তা মচানা থল্লি মদুদি ‘ইমানা ফৈ অমসুং পাপাদি ফত্তে, চাউরকান্দা মতমদুদা মহাকপু ফুগনি।’

অঙাংশিংবু শেমদোক্কে হায়রগদি ঐহাক্কী *আজ্ঞা* (য়াথং) মতুংইন্না চৎলু। অঙাংশিংনা হংবথক্তদা ঙাংউ অমসুং মঙোন্দা মসিসু হায়য়ু মদুদি ঐঙোন্দা হংদ্রবদি ফগনি। অঙাংশিংগা মরি লৈন্বদা ওন্নবা ৱাখল লাক্লবদি খুদক্তা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ।

কনাগুম্ববু শেমদোক্লবগী শক্তি মসিগী মতম অসিদা লোয়খ্রে। মরমদুনা শেমদোক্লবগী আশা থাদোক্লো। মরমদি পূক্নীং-ৱাঙাং-হকচাংগী অমত্তা-ওইবা মতৌ ওইরবকান্দা, মতমদুদা মাংদা লৈরিবদু শেমদোকপা ঙম্মী। পুক্নীংদা লৈবগুম্না, মদুগুম্না ৱাঙাংদসু থোক্লকপা ওইরগদি অমসুং মদুগুম্না পাংথোকপা ওইরগদি, মতমদুদা মাংদা লৈরিবদু হোংদোক্কনি। মসি মতমসিদা অসিগুম্না ওইদে। য়ুমদা মীওই খুদিংগা করম্বা ব্যাবহার ওইবগে, মদুগী ‘নোর্মেলিটি’(মান্নবা) পুরকউ। শাজৎ, ৱাখল, ৱাঙাং চপ-মান্না হোংলগদি মশামক পরমাত্মা ওইবা য়াই অমসুং ওন্না-তৈন্বদা শেমদোক্লগদি রাক্ষসসু ওইবা য়াই।

মীয়াম্না মাংদা লৈরিবদুবু শেমদোক্লবগীদমক পুন্নমক ফ্রেকচর ওইহন্বা ওইরি। অহান্বদা মশামক হোংদোক্লবা থক্তা অতোপ্পবু হোংদোকহন্বা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং মশামক্না হোংদ্রগদি মাংদা লৈরিবদু করম্না হোংগনি?

অদোম্না অঙাংগীদমক *ভাৱ* (নুংগী ৱাখল) তৌদুনা লৈয়ু মদুদি অঙাংশিংগী বুদ্ধিসি চুম্না চৎন্বা। অসুম্না তৌ-তৌদুনা নুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা ইফেক্ট ওইদনদি লৈরোই। মথোয়দি তপ্না-তপ্না খঙগনি, অদোম্না ভাৱনা তৌদুনা লৈয়ু। মথোয়দা নম-হা তৌরগদি ওন্না চৎকনি। হায়বদি মসিনি সংসারসিবু ঙমন্বা দাইতা পাংথোক্কদবনি।

মচানা য়ু থক্তুনা লাক্লগদি অমসুং অদোমদা অৱাবা পীরগদি, মতমদুদা অদোম্না ঐঙোন্দা হায়য়ু মদুদি মসিগী নুপামচা অসি ঐহাকপু য়াম্না অৱাবা পীবা ওই মদু ওইরগদি ঐহাক্না হায়গনি মদুদি মরাল অদোমগীনি, মরমদুনা শান্তিগা

লোয়ন্না তুমিন্না মায়োকনৌ, ভাৰবু শোয়হন্দনা। মসি ভগৱান মহাবীরগী নিয়মনি অমসুং সংসারগী নিয়মদি তোঙাল্লি। সংসারগী মীয়াম্না হায়গনি মদুদি 'মচাগী মরালনি।' অসিগুম্না হায়বা লাকপা অদোম্না থেংনগনি অমসুং অদোমসু মুক্কনি মদুদি 'মচানুপাগী মরালনি, মসি ঐগী অন্দরস্টেন্দিং অসি চুম্বনি।' য়াম্না অন্দরস্টেন্দিং লৈবনি খনজরি! ভগৱান্না হায়রি, 'নহাক্কী মরালনি।'

অদোম ফ্রেন্ডশিব (মরুপ কুম্না) তৌরগদি অঙাংশিংনা হোংদোক্কনি। অদোমগী ফ্রেন্ডশিব লৈরগদি অঙাংনা হোংগনি। তৌইগুম্বসুং মমা–মপাদৌনা লৈরগদি, পাৱরদগী ফাজিনগে তৌরগদি, মদু ওইরগদি খুদোং-থিনিংঙাইনি। ফ্রেনদৌনা লৈগদবনি। মহাক্না মপান্দা ফ্রেন্ড থিবা চৎতন্বা মদুগুম্না লৈগদবনি। করিগুম্বা অদোম ফ্রেন্ড ওইরগদি, মদু ওইরগদি মহাক্কা লোয়ন্না শান্নগদবনি, ফ্রেন্ডদৌনা পুন্নমক তৌগদবনি! নহাক্না লাক্লবা মতুংদা ঐখোয়না চা-থক্কনি, অসিগুম্না হায়গদবনি। ঐখোয় পুন্নমক পুন্না ফস্মিন্নদুনা চা থক্কনি। অদোম্না মমান্নবদৌনা ব্যাবহার তৌগদবনি, মতমদুদা অঙাং অদোমগী লৈগনি। নত্রগদি অঙাং অদোমগা লৈরোই, তশেংন্মক্কী ওইনদি কনাগুম্বা অঙাং অমতা কনামত্তগী ওইবা ওইদে। কনাগুম্বা মীওই শিরগদি, মহাক্কী মতুংদা মহাক্কী মচানুপা শিব্রা? পুন্নমক য়ুমদা হল্লক্তুনা চাবা থকপা। মসিদি অঙাং নত্তে, মসিদি শুপ্নতগী মহৌশাগী নিয়মগী মতুং ইন্না(মরিগী লীপুন ওইনা)উবা ওই মসিথক। 'য়োর ফ্রেন্ড'গী মতৌগুম লৈগদবনি। অদোম্না হান্না লেপলগদি ফ্রেন্ডদৌনা লৈবা ঙমগনি। হায়বদি ফ্রেন্ডনা নুংঙাইরোইদবা মদুগুম্না ঙাংলোই, মহাক্না ওন্না তৌরগদি ঐহাক্না মহাকপু কদায় ফাওবা জ্ঞান তাহন্বগে মদুদি মহাক্না য়াদ্রিফাও মদুফাও অমসুং লৌদ্রগদি মতুংদা মঙোন্দা হায় মদুদি 'অদোমগী অপাম্বা।' ফ্রেন্ড ওইন্নবগীদমক পুক্নীংদা অহান্বদা করি থনগনি? মপান থোংগী ব্যাবহারদা 'ঐহাক্না মহাক্কী মপানি', তৌইগুম্বসুং মনুংদগী পুক্নীংদা ঐখোয়না লৌগদবনি মদুদি ঐ মহাক্কী মচানি। মতমদুদা ফ্রেন্ডশিপ ওইবা ওইগনি, নত্রগদি ওইরোই। মপানা মমান্নবা করম্না ওইগনি? মহাক্কী লেবল ফাওবা লাক্লবদা। মদুগী লেবল ফাওবা করম তৌনা লাক্কনি? মহাক্না পুক্নীংদা অসিগুম্না লৌরবা কান্দা মদুদি 'ঐ মহাক্কী মচানি।' করিগুম্বা অসিগুম্না হায়রগদি থবক পাংথোক্লগনি। মী খরনা কয়ানা হায়রি অমসুং থবকসু ওইবা ওই!

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায়রি মদুদি চহী ১৬কী মতুংদা অঙাংগুম্না লৈয়ু, মদু ওইরগদি চহী ১৬কী মমাংদসু মহাক্কী লোয়ন্না ফ্রেন্ডশিপ থক থমগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি য়াম্না ফৈ। তৌইগুম্বসুং চহী ১০–১১ ফাওবা ঐখোয়না ফ্রেন্ডশিব থম্বা য়াদে। মদুফাও মহাক্না শোয়ঙাম্বা য়াওবা য়াই। মরমদুনা মহাকপু জ্ঞান তাহনগদবনি। অমুক্তং ফুবসু য়াওহনগদবনি, চহী ১০–১১ ফাও। মহাক্না

অদোমগী কোয় চীংলগদি শেৎ লাওনা থাবগী মথৌ তাই। করিগুম্বা মশানা মপানি থন্দুনা চৎলগদি, মহাক্তি চৈ চাদুনা শিখ্রে।

মীওই খুদিংমক্কা মশাগী মচাশিংবু শেমদোক্নবগী হোৎন্বা পুন্নমক তৌগদবনি। তৌইগুম্বসুং হোৎন্বদু মাইপাক্কদবনি। মপা ওইরে অমসুং অঙাংবু হোংন্বগীদমক মহাক্কা মপা ওইবদু থাদোকপা ঙমব্রা? 'ঐ মপানি' মসি থাদোকপ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা মহাক্কা হোংদোক্লবা ওইরগদি অহম ভাৱ, য়েংথীন্বা, পুন্নমক থাদোক্তুনা অঙাংবু শেমদোক্নবগী হোৎন্বা তৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** অদোমনা মপা-ওইবগী ভাৱ থাদোক্কদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** 'মসি ঐহাক্কী ইচানুপানি' অসিগুম্না লৌদবা অমসুং 'ঐ মপানি' অসিগুম্না লৌদবা?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মদুগুম্না ফবদি অতোপ্পা অমত্তা লৈত্রে।

ঐহাক্কী স্বভাৱ নুংশিবনা পীকথল্লি মরমদুনা অসিগুম্বা মীওই অনী-অহুম লৈরম্মী, মখোয়না ঐহাকপু নুংশিনা 'দাদা' কৌরম্মী। অমসুং অতোপ্পা পুন্নমক্তি 'দাদা করম কান্দা লাকপগে?' অসিগুম্না মথক-মথক্তগী হংলম্মী। ঐহাক্না হায় মদুদি 'ঙহান লাকই।' মদুগী মতুংদা লোইরে, সলাম উৎপা! তৌইগুম্বসুং মহাক্তি 'রেগ্যুলর' সলাম তৌরম্মী। ঐহাক্না থিজিনখি মদুদি মহাক্না ঐহাকপু 'দাদা' হায়বগা, মতমদুদা ঐহাক্না পূক্নীংদগী মহাকপু 'দাদা' হায়রি। মহাক্না ঐহাকপু করিগুম্বদা 'দাদা' হায়রগদি মতমদুদা ঐনা মহাকপু পূক্নীংদগী 'দাদা' কৌরি হায়বদি প্লাস-মাইনস তৌদুনা লৈ, খেৎন্বদুবু মাংহল্লম্মী। ঐহাক্না মহাকপু পূক্নীংদগী দাদা কৌরম্মী অসুম-অসুম ঐহাক্কী পূক্নীং য়াম্না ফদুনা লৈরম্মী, য়াংবা ফাওরম্মী, অসুম-অসুম মহাক্না হেন্না 'অট্রেকশন' ওইরম্মী।

ঐহাক্না মহাকপু পূক্নীংদগী 'দাদা' থল্লম্মী, মরমদুনা মহাক্কী পূক্নীংবু ঐহাক্কী ৱাফম য়ৌরম্মীদনা! মহাক্না ফাওরম্মী 'ওহোহো!' মহাক্না ঐহাক্কী মথক্তা কয়াম্না ভাৱ লৈরিবা!' মসি মনুং হুৎনা খঙবা য়াবা ৱাফম্নি। অসিগুম্বা সুক্ষ্ম(অকুপ্পা) ৱাফম করিগুম্বা মতমদা থক থোক্লকপা ওই, মদু ওইরগদি মসি অদোমদা ফোংদোক্কে। করিগুম্বা অসিগুম্না তৌবা হৈবা ওইরগদি য়াইফবা ওইবা য়াবা মদুগুম্বনি। মতুংদা করি তৌবগে? অসিগুম্বা ব্যাবহার মতম খুদিংমক্তা চৎথরম্মী মরমদুনা মহাক্কী পূক্নীংদা অসিগুম্না ফাওই মদুদি দাদাগুম্বা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমা ফংলোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপানা অসিগুম্না খল্লি মদুদি মচানদি করিগী এডজস্ট ওইদ্রিবনো?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মহাক্কী মপা ওইবা শকপনি মরমদুন্নি। জ্ঞানসু তাদে। মপা ওইবা হায়বদি জ্ঞান-মাংবা ওইবা। 'ওইবা' ৱাহৈ লাকপা, মফমদুদা জ্ঞান-মাংবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদি ওন্না মপানা হায় মদুদি 'ঐ নহাক্কী নপানি, নহাক্কা ঐহাক্কা হায়বা ইন্দে? ঐহাক্কী ইকায়খুম্নবা তৌদে?'

**দাদাশ্রী :** 'নহাক্কা খঙদে, মদুদি ঐহাক নহাক্কী নপাবুংনি?' নুপা অমদি ঐহাক্কা অসিগুম্না হায়বা তারম্মী। মসিদি করম্বা মখলগী চককার(কোক-চাকপা) পোকপা ওইরি? অসিগুম্বসু হায়বা ওইরি? সংসার পুম্নমক্কা খঙবা ৱাফম, মদুগী ৱাফমদুসু হায়বা মথৌ তাব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, মদুগী মমাংগী ডায়লোগসু ঐনা তাই মদুদি নঙোন্দা কনানা হায়বগে মদুদি ঐখোয়বু পোকউ হায়বা!

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না হায়বা মতমদা ঐখোয়গী ইজৎ করি লৈহৌরিবগে মতুংদা?

## 6. নুংশিনা শেমদোকউ পীক্লিবা অঙাংশিংবু

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্কী মরাল ওইরগদি চৈবদি মথৌ তাইদনা?

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা অদোম্না মঙোন্দা অসিগুম্না হংবা মথৌ তাই মদুদি মসি পুম্নমক অদোম্না তৌরিবসি, মদু অদোম্না য়ানিংব্রা? অদোম্না মসি পুম্নমক ৱাখল খন্দুনা-ভাপ তাদুনা তৌব্রা? মতমদুদা করিগুম্বা মহাক্কা হায়রগদি ঐনা ফবনি খন্দে। মদু ওইরগদি অদোম্না হায়যু মদুদি মদু ওইরগদি মতুংদা ইবুংঙো ঐখোয়না কান্নদবদা করিগী অসিগুম্না তৌগদৌরিবা? অসিগুম্না খন্দুনা-ভাৱ তানা, হায়যুদনা! পুম্নমক্কা খঙই। পুম্নমক্কা মশামক নিয়ায় তৌই, লান্বা ওইরগদি মশামক খঙবদি ওই! 'নংনা অসিগুম্না করিগী তৌরি?' অসিগুম্না হায়রগদি ওন্না-তৈন্না তৌই। 'ঐনা তৌবদু মদু অচুম্বনি।' অসিগুম্না হায়বা ওই অমসুং ওন্না-তৈন্না তৌই মতুংদা। করম্না য়ুম চলাইগদগে মদু খঙবা ওইদে। পুন্সি করম্না হিংগনি মদু হৈবা ওইদে। মরমদুনা পুন্সি হিংন্নবগী সোজৈ পুম্নমক তাক্লি মদুদি করম তৌনা পুন্সি হিংগনি!

মাংদা লৈরিবদুগী অহংকার হৌগৎতন্বা। ঐখোয়গী সত্তাগা-লোয়নবা খোলাও লৈরোইদবা। হায়বদি সত্তা লৈরোইদবনি। অঙাংশিংদগী অদোম্না করিগুম্বা থরা হায়রগদি খোলাওদু সত্তাগা লোয়ন্না ওইবা ওইরোইদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** সংসার লৈবা ওইরগদি দাইতা কয়া অমা পাংথোক্কদবা ওই অমসুং দাইতা পাংথোকপা অসি ধর্ম অমনি। মসি ধর্ম পাংথোকপা মতমদা মরম-লৈতনা তাথিবা ৱাহৈ ঙাংগদবা ওইরগদি মসি পাপ নত্রগা দোষরা?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, তাথিবা ৱাঙাং ঙাংবা মতমদা ঐখোয়গী চিন্বান করম্না ওইবগে? গুলাবকী লৈদৌনা? ঐখোয়গী চিন্বান শোয়রগদি থঙউ মদুদি পাপ ওইরে। ঐখোয়গী মায়-শোয়বা অসিগুম্বা ৱাঙাং থোক্লক্লগদি, মতমদুনা থঙউ মদুদি পাপ ওইরে। তাথিবা ৱাঙাং ঙাংগনু। ৱাহৈ থরা থক হায়য়ু তৌইগুম্বসুং তম্না থঙলগা হায়য়ু। মীনুংশি থমলগদি নোংমা নুমিৎ অমা জোয় তৌবা ঙমগনি। অখাবদগী জোয় তৌবা য়ারোই। ওন্না-তৈন্বদা মদু ময়োক্তা চৎকনি অমসুং মহৈ ফত্তবা ওইগনি। মদুগী মচাদুনা ওন্নবা-পরিণামগী মরু হুল্লি। 'হৌজিক্তি ঐ পীক্লি, মরমদুনা চৈরি তৌইগুম্বসুং চাওরা কান্দা য়েংগনি।' অসিগুম্বা ওপীনিয়ন মনুংদা শেম্বা ওইগনি। মরমদুনা অসিগুম্না তৌগনু, মহাকপু জ্ঞান তাহল্লু। নোংমা নুংশিবনা মায়পাক্কনি। নুমিত ২দা মহাক্কী পরিণাম লাক্লোই। নুমিৎ ১০দা, নুমিৎ ১৫, থা অমা মহাক্কা লোয়ন্না নুংশিবা থম্মু। য়েংউ, মসিগী নুংশিবা অসিগী করি ফোল লাকপগে, মদুবু য়েংউ!

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না অনম্বা মতমদা জ্ঞান তাহল্লি তৌইগুম্বসুং মহাক্লা জ্ঞান তাদরগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** জ্ঞান তাহন্বগী মথৌ লৈতে। নুংশিবা থম্মু, মদু ওইজরবসু থাংবগা লোয়ন্না অদোম মহাকপু জ্ঞান তাহল্লু। ঐখোয়গী য়ুমথংন্ববু করিগুম্বদা অসিগুম্বা তাথিবা ৱাঙাং ঙাংব্রা কৈদৌনুংদা?

হায়বদি মৈতান অচাকপগীদমক ঐখোয়না করি তৌবগে? চেগপ্পা চপতুনা পায়দনা? মৈরৌ চেগপ থম্মীদনা? হৌজিক অসুম হেক্তা খুত্তগী মৈতান অশাবা অদু পায়রবদি করি ওইগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** চাক্কনি।

**দাদাশ্রী :** মরমদুনা মৈরৌ চেগপ থম্বা মথৌ তাই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মতমদুদা করম্বা মখলগী মৈরৌ চেগপ থমগনি?

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়গী য়ুমগী মীওই অমমম মৈরৌ চেগপ কুম্বনি, মহাক মশামক চাক্তে অমসুং মাংদা লৈরিববু, চাক্লিবদু পাইরি, ঐখোয়না মহাকপু কৌদুনা হায়গদবনি মদুদি 'ইবুংঙো, ঐনা করিগুম্বা মহাক্কা লোয়ন্না ৱারি শান্নবা মতমদা নহাক্লা মতেং

পাংউ।’ মসিগী মতুংদা মহাক্না পুন্নমক ফন্বা তৌগনি। করিগুম্বা লম্বী অমা পুথোক্কদবনি। থুংতা করিসু য়াওদনা মৈতান পায়রগদি করি ফিবম ওইগনি?

অদোম্না হায়বগী পরিনাম লাকপা ওইদ্রগদি তুমিন্না লৈগদবনি। অদোম অপংবনি, অদোম্না ঙাংবা হৈতে, মরমদুনা তুমিন্না লৈয়ু। ঐখোয়না হায়বগী পরিনাম ওইদ্রগদি অমসুং ওন্না পুক্নীং-শোয়বা ওইরগদি, আত্মা শোয়গদবা অসিগুম্বা কনানা তৌগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** মমা-মপানা মশাগী মচাশিংগীদমক মথক্তা মীনুংশি থম্বদু, মদুদা অনম্বা মতমদা মাল্লি মদুদি থরা হেনজিন্না তৌই হায়না।

**দাদাশ্রী :** মদু পুন্নমক ইমোশনললনি। থরা থক উৎথোক্লিবদুসু ইমোশনললনি। নোর্মেল ওইগদবনি। নোর্মেল হায়বদি উৎম্বা থক, ‘ড্রমেটিক’। ‘ড্রামা’ (নাটক)তা, কনাগুম্বা নুপীগা লোয়ন্না ড্রামা তৌবা মথৌ তারবদি, মদু তশেংনমক্কী, একজেক্ট ওইবা অসিগুম্না মীয়াম্না মাল্লি, মদুদি ‘রিয়ল’নি। তৌইগুম্বসুং কালাকারনা মপান্দা থোক্লক্তুনা হায়রগদি মদুদি ‘লাকউ ঐগা লোয়ন্না?’ মহাক্না লোয়ন্না চত্তে, হায়গনি মদুদি ‘মসিদি ড্রামা ফাওবনি।’ ভাপ তারব্রা?

মসিগী সংসারসিবু হোংদোক হন্নবগী লম্বী নুংশিবা থক্লি। সংসারনা নুংশিবা হায়না হায়রিবা মদুগী নুংশিবদু নত্তে, মদুদি অশোন্বনি। মসিগী অঙাংসিদা নুংশিরি, তৌইগুম্বসুং মহাক্না গ্লাস থুগায়বা মতমদা নুংশিবা লৈব্রা? মতমদুদা নহাক্না শাউবা ওইরি। হায়বদি মদু অশোন্বনি। অঙাংনা নুংশিববু থিরী, তৌইগুম্বসুং নুংশিবদি ফংবা ওইদে। মরমদুনা মতুংদা মহাক্কী অৱাবা মহাক থক্না থঙই, কনাগুম্বদা হায়বা ঙমদে, থাংবসু ঙমদে। ঙসিগী নহাশিংগীদমক ঐহাক্কী মফমদা লম্বীদা লৈ। মসি জহাজকী মমায় করম তৌনা শেন্নগনি, মসিগী থোংবেল লম্বী ঐহাক্না মনুংদগী ফংথি। ঐহাক্কী মনাক্তা অসিগুম্বা নুংশিবা পোক্লকপা ওইরি মদুদি হেঙ্গৎপসু ওইদবা অমসুং হন্থবসু ওইদবা। হেঙ্গৎপা-হন্থবা, মদুদি অশোন্বনি কৌই। হেঙ্গৎপা-হন্থবা ওইদবা মদু পরমাত্মা নুংশিবনি। পুন্নমক নুংশিবগী মথা-পোন্না লৈরি। অশেংবা নুংশিবা কৌইদনা, মদুদি উবা ফংদে। নুংশিবসি জগত্তা উবা ওইদ্রি। করিগুম্বা মতমদা জ্ঞানীপুরুষ নল্লগা ভগৱান লৈবা মতমদা নুংশিবা উবা ফংই। নুংশিবা হেঙ্গৎপা-হন্থবা ওইদে, অশোন্বদি ওইবা ওই। মদুগী নুংশিবদুনি, জ্ঞানীশিংগী নুংশিবদু থক পরআত্মানি।

অপীকপা অঙাংশিংগা লোয়ন্না ঐহাক্কী য়াম্না তোৎম্বা ওই। ঐহাক্না লোয়ন্না ফ্রেন্ডশিপ (মরুপ কুন্না) তৌই। হৌজিক মনুংদা চঙলকইদনা, মতমদুদা অসুক থক ৱাংবা অঙাং অমনা, মহাক্না লৌবা লাক্লম্মী অমসুং হায়রম্মী মদুদি ‘চৎলসি’। মসিদা

থুংবগা লৌবা লাক্লম্মী। ঐহাক্কা লোয়ন্না ফ্রেন্ডশিপ তৌখি। অদোমদি কা-হেন্না নুংশিবা তৌরি। ঐহাক্তি মদুম্না তৌদে, তশেংনা নুংশিবা তৌই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিবু খরা খঙহন্বীয়ু দাদাজী, নুংশিবদা কা-হেন্বা অমসুং তশেংনা নুংশিবা তৌবা। করিগুম্বা খুদম পীদুনা খঙহন্বীয়ু।

**দাদাশ্রী :** অরে, মীওই অমনদি মশাগী মচাবু থবাক্তা অসিগুম্না চেৎনা কোল্লি! চহী অনিদগী মহাকপু উনখিদে অমসুং থাংগত্তুনা অসিগুম্না চেৎনা কোল্লি! মতমদুদা অঙাংদু য়াম্না চপশিন্বা ওইরগদি মহাক্কী মনাক্তা অতোপ্পা করিগুম্বা উপায় অমত্তা লৈরমদে, মরমদুনা মহাক্লা চীক্লম্মী। মসিবু করি মওংনো? মসিদা মীয়ামশিংনা মপা ওইবসু হৈতে!

**ৱাহং-হংলিবা :** অমসুং নুংশিবা ওইরগদি, মহাক্লা করি তৌবগে?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মহাক্লা অসিগুম্না খজাইদা খুৎনা নাল্লি, অসিগুম্না লেংবান্দা থব-থব লাওনা থাবী। মতৌ অসুম্না হরাও হল্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাকপু অসিগুম্না চেৎনা নমশিন্বগী মথৌ তাব্রা মদুদি মতুংদা তোল্লবা মহাক্লা শোরহোন্বা ঙমদবা ওইনবা? মতমদুদা চীক্কনিদনা! চীক্লোইদ্রা, শোর থীংলবদি?

অমসুং অঙাংশিংবু ফুগনু। করিগুম্বা অশোয় অঙাম ওইরগদি শোয়দনা ভাপ তাহল্লু, তপ্পা মকোক্তা খুৎনা নান্থদুনা মহাকপু শোয়দনা খঙহল্লু। নুংশিবা থমলবদি অঙাং জ্ঞানতাবা ওই।

## 7. 'অশোয়বা' অসিগুম্না নান্থোক্কি !

করিগুম্বদা ড্রিঙস(য়ু) অসিনচীংবা থকপ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বদা। য়ুমদা খৎন্বা-চৈন্বা থোকপা মতমদুদা। মসি ঐহাক্লা অচুম্বদুবু হায়রিবনি।

**দাদাশ্রী :** মদু থীংলো। মদুনা ফাজিন্বা ওইরব্রা! মসি পুম্নমক চৎন্বা য়ারোই, মসি পুম্নমক পাম্বা ওইদে। থক্কনু নহাক্লা, থেংগনু নহাক্লা। দাদাগী আজ্ঞানি, মরমদুনা অসিগুম্বা পোৎপু থেংগনু। মতমদুদা নহাক্কী পুন্সি ফজনা চৎকনি। মরমদি হৌজিক নহাক্লা মদুগী দরকার ওইররোই। মসি চরণবিধি অসিনচীংবা পুম্নমক পারগদি নহাক্লা মদুগী দরকার ওইররোই অমসুং নুংঙাইবা মপুংফানা লৈগনি, অদুক্কী মতীক নুংঙাইবা লৈগনি। জ্ঞান তারব্রা নত্রগা তাদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** নিশাদগী করম্না নান্থোক্তুনা লৈগনি?

**দাদাশ্রী :** নিশাদগী নাক্তোক্লবগীদমক 'নিশাসি ফওবা পোৎনি' অসিগুম্না ঐখোয়না প্রতীতি লৈগদবনি। মসিগী প্রতীতি অসি নোপলোয়দবনি। ঐখোয়গী পান্দম লেংহল্লোইদবনি। অসিগুম্বা ওইরগদি মীওইবনা নিশাদগী লাপনা লৈ। 'মসিদা করিসু কায়বা লৈতে' অসিগুম্না হায়রগদি নিশা শিজিন্নবদু অমুক-হেন্না মপাংগল-কন্বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মতম কুইনা কনাগুম্বনা য়ু থক্লবদি নত্রগা 'ড্রগ্স' লৌরগদি, মদু ওইরগদি হায়নৈ মদুগী ইফেক্ট মহাক্কী মকোক্তা ফাওবা ওই। মতুংদা থিংলগসু ইফেক্ট অদুদি লৈ। মতমদুদা মদুগী ইফেক্ট অদুদগী নাক্তোকন্বগীদমক অদোম্না করি হায়বগে? করম তৌনা মপান্দা থোক্লক্কনি, মদুগীদমক করিগুম্বা লম্বী লৈব্রা?

**দাদাশ্রী :** মতুংদা রিএক্সন লাকই মদুগী। পরমাণূ পুম্নমক অদু। মথোয় পুম্নমক শুদ্ধ(অশেংবা)দি ওইগনিদনা! থকপদি থিংজিনখ্রেদনা? হৌজিক মদুবু করি তৌগনি? 'য়ু থকপা অসি ফত্তবনি' অসিগুম্না মতম পুম্নমক্তা হায়দুনা লৈয়ু।

হোয়, থাদোক্লবা মতুংদসু অসিগুম্না হায়দুনা লৈয়ু। তৌইগুম্বসুং 'অফবনি' অসিগুম্না কৈদৌনুংদা হায়গনু। নত্রগদি অমুক হন্না ইফেক্ট ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** য়ু থকপদগী কোকপু করম্না মাংহন্বগে?

**দাদাশ্রী :** অহান্বদা জ্ঞানবু কাওহল্লি। মদুগী মতমদুদা মনুংদা জাগ্রুতিদা আবরণ লাকপা (পার্দা কুপ্পা)ওই। মতুংদা মতমচুপ্পগী ওইনদি মদুগী আবরণ অদু মাংদে। ঐখোয়না পূক্নীংদা অসিগুম্না মাল্লি মদুদি মাংখ্রে, তৌইগুম্বসুং মাংবা ওইদে। অসিগুম্না তৌদুনা আবরণ লাক্লবা মতুংদা.. মীওইবদু মপুংফানা থৱায় পান্দবদৌনা ওইবা ওই। মতুংদা মহাক্না অফবা ৱাখল ফাওবা লাকপা ওইদে। ডেবেলপ (চাওথৎলকপা) ওইরগদি, মহাক্না মসিদগী মপান থোক্লকপা মতমদা ব্রেনদু য়াম্না ফজনা দেবেলপ ওইবা ওই। মদুবু অমুক-হন্না শোয়হল্লোইদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** য়ু থকপদগী কোক্তা ডেমেজ ওইখিবশিংদু, কোককী পরমাণু ডেমেস ওইখিবশিংদু, মদুগী ডেমেস ওইবা শরুক অমুক হন্না রিপেয়র করম্না তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুগী করিগুম্বা লম্বী লৈতে। মদুদি মতমগা লোয়ন্না তপ্পা-তপ্পা চৎখ্রগনি। থক্তনা টাইম লেল্লিবা, মদুগুম্না পুম্নমক *নিরাৱরণ*(আবরণ লৈতবা)ওইদুনা লৈগনি। খুদক্তা হেক্তা ওইরোই। য়ু অমসুং শা-চাবদগী অমাংবা ওইবদু, য়ু অমসুং শা-চাবা মদুদগী নুংঙাইবা লৌবদু, মদুগী নুংঙাইবা লৌবদু, মদুগী নুংঙাইবদু 'রী পে' তৌদুনা শীংদোকপা মতমদা শা-ঙাগী মপোক্তা চৎপা মথৌ তাই। অদোম্না

নুংঙাইরিবা লৌরিবদুখৈ, মখোয় 'রী পে' তৌবা মথৌ তাই। অসিগুম্বা দাইতা অদোম্না খঙগদবনি। 'মসি জগত তৌশিন্নবা নত্তে।' শিংদোক্কদবা ওইবা মদুগুম্বনি মসি সংসারনি! শুপ্নতগী মসি মনুংগী নুংঙাইবা থক 'রী পে' তৌবা মথৌ তাদে। অতোপ্পা মপালগী নুংঙাইবা পুন্নমক 'রী পে' তৌগনি। ঐখোয়না তুংশিনগদবা মদুখৈ তুংশিল্লু অমসুং মতুংদা অমুক-হন্না শীংদোকপদি মথৌ তাই!!

**ৱাহং-হংলিবা :** মথংগী মপোক্তা শা-ঙা ওইদুনা 'রী পে' তৌবা দরকার ওই, মদুসু য়ারে, তৌইগুম্বসুং মসিগী মপোক অসিদা করি ওইগনি? মসি মপোক অসিদা করি পরিনাম লাক্কনি?

**দাদাশ্রী :** মসিগী মপোক অসিদা মহাক মশামক্না অৱরাণ লাক্লি, মরমদুনা থৱাই পান্দবগুম্না, শা-ঙাগুম্না ওইবা ওই। মীয়াম মরাক্তা 'প্রেস্টিজ' লৈবা ওইদে, মীয়াম মরক্তা ইকায়খুম্নবা লৈবা ওইদে, করিসু লৈবা ওইদে।

য়েরুম নত্রগা অঙাং ওইরবসু, অনীমক অমত্তনি। কনাগুম্বগী য়েরুম চাবা অমসুং কনাগুম্বগী অঙাং চাবা মদুদা খেৎনবা লৈতে। নহাক্না অঙাং চাবা পামব্রা? নহাক্না কনাগুম্বগী অঙাং চাবদু পামব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** য়েরুমশিংদসু থৱাই পান্দবা য়েরুম লৈ অসিগুম্বা মীয়ামগী থাজবা লৈরি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদু অরাম্বা থাজবনি। মদুগী য়েরুমশিংদু থাৱাই পান্দবা য়েরুম কৌরিবদু, মখোয়দুবু থৱাই পান্দবা পোৎলা? থৱাই পান্দবা(নোন-লিবিং) ওইবা, মদুগী পোত্তু চাবা ঙমদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিগী ৱাফম অসি করিগুম্বা খেৎনবা মাল্লি। চানবীদুনা শুগায়না খঙহনবীয়ু।

**দাদাশ্রী :** তোঙাল্লি তৌইগুম্বসুং ৱাফমসি 'একজেক্ট'নি। মসিদি 'সাইন্টিসশিংনসু' হায়রক্মী মদুদি মতম চুপদা *নির্জিব* (থৱাই-পান্দবা) পোৎ চাবা ওইথোক্কে অমসুং থৱাই-পান্বা থকপু চাবা য়াই। মদুদা জীবদি লৈরি, তৌইগুবসুং অতোপ্পা মখলগী জীব। মসিদি মীয়াম্না অরাম্বা কান্নববু লৌথোক্লি। মদুদি থেংবফাও থেংলোইদবনি অমসুং অঙাংশীংবু য়েরুম পীজবদগী করি ওইবগে? হকচাং অদুক্কী মতীক লাক্কবা-ফান্বা ঙমদবা ওই মদুদি কন্ট্রোলদা লৈবা ওইদে। ঐখোয়গী 'বেজিটেরিয়ন ফুড' মদুদি য়াম্না ফবা ওই, হিংনা চারবসু। ডাক্টরশিংদি মসিদা দোষ ওইবা ওইদে। মদুদি মখোয়গী খঙবগী অমসুং বুদ্ধিগী মতুং ইন্না হায়জরি। ঐখোয়না ইশাগী সঙস্কারশিংগবু ঙাকশেন্নিদনা! ঐখোয় সঙস্কার লৈবা ইমুংগী মীনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অমেরিকাদা দাদানা নুপামচা কয়া অমবু মপুংফানা 'টর্ন' (হোংদোকপা) তৌথিরম্মী।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মখোয়গী মমা-মপানা কমপ্লেন পুদুনা লাকই মদুদি ঐখোয়গী অঙাংশিং নোংমা-নোংমগী শোয়থরকপা ওইরি, মখোয়সি করি তৌগনি? ঐহাক্না হায়, 'অদোমনা করম্বা মতমদা হোংদোকপা ওইখিবগে মদুদি অঙাংনা শোয়বা ওইরিবা! অদোম্না শা-চাৱ্রা?' মতমদুদা হায়, 'হোয়, করিগুম্বা-করিগুম্বদা।' 'অমদু থকপরা?' মদুদা হায়, 'হোয়, করিগুম্বা-করিগুম্বদা।' মরমদুনা মসিদা অঙাংশিংনা থল্লি মদুদি ঐখোয়গী পাবুংনা তৌরি মরমদুনা মসি তৌবা য়াবা পোৎনি। কান্নবা ওইবা মদু থক্তা ঐখোয়গী পাবুংনা তৌরিদনা? মসি পুম্নমক অদোমবু লেমজবা ওইদে। মতুংদা মদুগী অঙাংশিংদুদগী শা-চাবদু তোকহল্লি। মদুগী অঙাংশিংদুদা হায় মদুদি 'মসিগী আলু অসি নহাক্না ককপা ঙমগদ্রা? মসি অৱাথবীসি নহাক্না ককপা ঙমগদ্রা? মসিগী 'এপল'সি ককপা ঙমগদ্রা? মসি সেম অসি ককপা ঙমগদ্রা?' 'হোয়, পুম্নমক ককপা ঙমগনি।' ঐহাক্না হায়, 'মায়রেন অসুক চাওবা ওইরগদি?' 'অরে! মদুসু ককপা ঙমগনি।' 'থাবী অসুক চাওবা ওইরগদি মদুসু ককপা ঙমগনি।' 'মদুগী মতমদুদা 'হার্ট' (থম্মোয়দা) চৈনা ফাওবা ওইগদ্রা?' মতমদুদা হায়, 'ওইরোই।' মতুংদা ঐহাক্না হায়, 'হমেং ককপা ঙমগদ্রা?' মদুদা হায়, 'ঙম্লোই।' 'য়েন ককপা ঙমগদ্রা?' মদুদা হায়, 'ঙম্লোই, ঐহাক্না ককপা ঙম্লোই।' মরমদুনা নহাক্কী হর্টনা ককনবগী 'এক্সেপ্ট' তৌবা, পোৎ মদুখক নহাক্না চাও। নহাক্কী হর্টনা ককনবগী 'এক্সেপ্ট' তৌদবা, হার্টনা পামদবা, অপাম্বা ফাওদবা মদুগী পোৎ অদু চাগনু। নত্রগদি মদুগী পরিনাম ফত্তবা ওইগনি অমসুং মদুগী পরমাণু নহাক্কী থম্মোয়দা ইফেক্ট তৌগনি। পরিনাম ওইনা, নুপামচা পুম্নমক্না য়াম্না ফজনা থঙলে অমসুং থাদোকখ্রে।

(ফাউরবা অইবা) 'বনার্ড শো' দা কনাগুম্বনা হংই, 'অদোম্না শা করিগী চাদ্রিবনো?' মতমদুদা হায়, 'ঐহাক্কী হকচাং কব্রিস্তান (অশিবশিংগী মোংফম) নত্তে, মসি য়েন-য়েন্বশিংগী মোংফম নত্তে।' তৌইগুম্বসুং মদুগী করি কান্নবগে? মদুদা মহাক্না হায়, 'আই ৱান্ট টু বী এ সিবিলাইজ্ড মেন।' মদু ওইজরবসু হায়নরি, ক্ষত্রিয়াশিংন দি মসিগী অধিকার লৈ, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মদুদা ক্ষত্রিয়াগী গুণ য়াওরবা, মতমদুদা অধিকার লৈ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিগী পীক্লিবা অঙাংশিংবু *মগদলে* (মখল অমগী ঘী হেন্না য়াওবা অথুম-অহাও) পীজৈ, মদুবু পীজবা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** পীজরোইদবনি, মগদলে পীজরোইদবনি। পীক্লিবা অঙাংশিংবু মগজ, *গোন্দপাক* (গম্না শেম্বা অথুম অহাও), পাকৱান (ঘী, থাওদা তাওবা পোৎ) য়াম্না

পীজগনু। মখোয়বু অচম্বা চীঙ্গাক পীয়ু অমসুং শঙ্গোমসু হন্থনা পীয়ু। অঙাংশিংবু মসি পুন্নমক পীজরোইদবনি। মীয়ামদি শঙ্গোমদগী শেম্বা পোৎ-চৈ হন্না-হন্না পীজৈ। অসিগুম্বা পোৎ পীজগনু। মৈচাক হেঙ্গৎকনি অমসুং চহী ১২সুবগা মহাক্কী মীৎয়েং শোয়বা ওইগনি। মৈচাক হন্থবা ওইবা অঙাংশিংবু অসিগুম্বা ছীঙ্গাক পীগদবনি। মসি পুন্নমক্তি মখোয়গী ৱাখলদা লৈতে। পুন্সি করম্না হিংগনি, মসিগী জ্ঞানদি লৈতেদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না করিসু হায়বসু নত্তবা, তৌইগুম্বসুং সপ্লোজ ঐখোয়গী ইচানুপা হুরান্বা তৌরগদি, মদু ওইরগদি হুরান হনগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মপান থোংগীদমক ময়োক্তা লৈবা, তৌইগুবসুং মনুংদা লৈয়ু *সমভাৱ* (চপ-মান্নবা মীৎয়েং; নুংশিন্বসু নত্তবা য়েংথিন্বসু নত্তবা)থম্মু। মপান্দা য়েংবদা ময়োক্তা অমসুং মহাক্না হুরান্বা তৌরিবা মদুগী মথক্তা নির্দয়তা(দয়া লৈতবা)থজিক্তং ফাও তৌরোইদবনি। করিগুম্বা মনুংদা *সমভাৱ* মাংলগদি নির্দয়তা ওইগনি অমসুং জগত পুম্বা নির্দয় ওইবা ওইরনি।

মহাকপু জ্ঞান তাহল্লু মদুদি 'কনাগুম্বগী মফমদুদা হুরান্বা তৌবা, মহাক্কী প্রতীক্রমন অসিগুম্না তৌ অমসুং প্রতীক্রমন কয়াম্না তৌবগে মদু ঐঙোন্দা হায়যু। মতমদুদা মতুংদা ফাবা ওইরগনি। মতুংদা নহাক্না হুরানদন্বগী অচেৎপা ৱারেপ লেপ্পু। অমুক-হন্না হুরানজররোই অমসুং ওইখ্রবা মদুগী লাল্লে হায়জরি।' অসিগুম্না হঞ্জিন-হঞ্জিন খঙবদগী মসিগী জ্ঞানসি ফিট তৌগনি। হায়বদি মথংগী মপোক্তা অমুক-হন্না হুরান্বা তৌরোই। মসিদি ইফেক্ট(পরিনাম)থক্নি, অতোপ্পা অনৌবা তমদ্রগদি মতুংদা অনৌবা অমুক হৌগৎপা ওইরোই।

মসি নুপামচাসিনা ঐহাক্কী নাক্তা অরান্বা পুন্নমক এক্সেপ্ট তৌরি। হুরান্বা তৌবা মদুসু এক্সেপ্ট তৌরি। আলোচানাদি অঙকপা মখলগী পুরুষ, মহাক থক্না পাংথোকপা ঙম্মী। করিগুম্বা অসিগুম্না পুন্নমক ওইরগদি হিন্দুস্তানসি অঙকপা মখলগী অহোংবা লাকপা ওইগনি!

## ৪. অনৌবা জেনেরেসন, হেল্দী মাইন্ড ওইবশিং

**দাদাশ্রী :** নোংমাইজিং নুমিত্তা অনকপদা সতসঙ্গ তৌরি, মদু ওইরগদি করিগী লাক্রিবনো?

**ৱাহং-হংলিবা :** নোংমাইজিং নুমিত্তা টী.বী য়েংলিবা ওইদনা, দাদাজী!

**দাদাশ্রী :** টী.বী অমসুং অদোমগা করি মরি লৈন্বগে? মসিদা অনোপসু উপলব্ধি, মদুগী মথক্তা টী.বী য়েংলিবা? ঐখোয়গী লৈবাকসি অসিগুম্বনি মদুদি টী.বী য়েংদন্বা, নাটক য়েংদন্বা, মদু পুন্নমক মসিদা অদুম লম্বীশিংদা তৌদুনা লৈদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী লম্বীদুদা য়ৌবদা অরোইবা ওইগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** কৃষ্ণ ভগৱান্না গীতাদা হায়রি মদুদি মীওইবা অরেম্বদা মতম মাংহল্লি। পৈশা তান্নবগীদমক থবক্তা চৎপা অমাংবা কৌদে। মহাক্না দৃষ্টি ফংদ্রিমখে, মতমদু ফাও মসি দৃষ্টি অসি নাম্হোকপা ঙমদে।

মীয়াম্নসু শাগুম্না হকচাংদা নমথিবা ওইবা অপুম্বদু করম কান্দা তৈবগে? মহাক্না মৈচাক-চাকপা মতমদা। মসি টী.বী., সিনেমা, পুম্নমক নমথিবা অপুম্বা অদুগুম্বনি। মদুদগী করিগুম্বা অফবা এক্সত্রেক্ট থোক্লক্তে। ঐখোয়না টী.বীগী ময়োক্তা করিগুম্বা নুংঙাইতবা লৈতে। পোৎ থুদিংমক্কী য়েংন্বগী অয়াবা লৈ তৌইগুম্বসুং মাইগৈ অমরোমদা পুং ৫গা মিনিত ১০দা টী.বীগী প্রোগ্রাম লৈবা অমসুং অনীসুবা রোমদনা পুং ৫গা মিনিত ১০দা সতসঙ্গ লৈবা, মদু ওইরগদি করিবু পামগনি? পুং ১১দা পরিক্ষা লৈবা অমসুং পুং১১দা চাক-চাগদবা ওইরগদি করি তৌগনি? অসিগুম্বা অন্দরস্টেনডিং লৈগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** নুমিদাং থেংলা ফাওবা টী.বি য়েংই, মরমদুনা মতুংদা তুমবা ওইদেদনা?

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং টী.বীদি অদোম্না লৈদুনা পুরকইদনা মদুদগী য়েংলিদনা? অদোম্না মসি অঙাংশিং পুম্নমকপু মাংহল্লি। মসিদা মমা–মপা থক্না অঙাংশিংবু মাংহল্লি, মদুগী মথক্তা টী.বি পুরক্লি য়ুমদা! হান্নদগী অৱাবা অমত্তা লৈতবগুম, অমবু হেন্না হেঙ্গৎহল্লি?

অনৌবা পেন্ট শেত্তুনা হঙ্গিন–হঙ্গিন নুংশেন য়েংই। অরে, মিংশেন করিগী য়েংলিবনো? মসি কনাগী মতৌ তম্বা তৌরিবনো, মসিবু থঙউ! অধ্যাত্মা ওইবশিংগী মতৌ তম্বা নত্রগা মপাল-থোংগী নুংঙাইবা থীবা অদুগী মতৌ তম্বা? মপাল-থোংগী নুংঙাইবা থীবদুগী মতৌ তমগে হায়রগদি মখোয়দি আফ্রীকা ওইবশিং, মখোয়গী মতৌ করিগী তমদ্রিবনো? তৌইগুম্বসুং মসিদি সাহেব তৌনা মাল্লি, মরমদুনা মতৌ তম্বা হৌরি। তৌইগুম্বসুং নঙোন্দা মতীক চাবদি ওইদে। করিগী সাহেব ওইদুনা হোৎনরি? তৌইগুম্বসুং সাহেব ওইন্বগী অসিগুম্না মিংশেলদা য়েংলি, শম ময়ায় থাইরি অমসুং থল্লি মদুদি হৌজিক 'ওল রাইট' ওইরে। পতলুন শেৎপগী মথক্তা মনীংদা অসিগুম্না থপ-থপ থারি। অরে, করিগী মরমচাদনা থপ-থপ থারিবনো? কনাগুম্বা অমত্তনা য়েংবীগদৌবা লৈতে, পুম্নমক মশা-মশাগী থবক্তা চিন্নরি! পুম্নমক মশা–মশাগীতা চিন্তাদা লৈরি!

নহাকপু য়েংন্নবগী অহাংবা কনানা লৈবগে? পুম্নমক মশা–মশাগী অৱাবদা লৈরি। তৌইগুম্বসুং মশামক্না করিবু থন্দুনা ফম্লিবা?

কনাগুম্বা অরিবা জেনেরেসন ওইবনা অঙাংগা লোয়ন্না করিগুম্বা চগৎ-চগৎ ঙাংলগদি ঐহাক্না মঙোন্দা হংগনি মদুদি 'অদোম্না পীক্লিঙৈ, মতমদুদা অদোমগী পাবুংসু অদোমবু থরা ঙাংব্রা?' মদুদা হায় মদুদি, 'মহাক্নসু চগৎ-চগৎ ঙাংলম্মী।' মপাবুংদুদা হংবদা মদুদি 'অদোম পীক্লিঙৈ মতমদা?' মদুদা হায় 'ঐখোয়গী মপুংনসু চগৎ-চগৎ ঙাংলম্মী।' হায়বদি মসি 'মমাংদগী চৎথদুনা লাক্লি।'

মচানা অরিবা ৱাফমবু এক্সেপ্ট তৌনিংবা ওইদে। মরমদুনা মসিগী প্রোব্লেমশিংসি লৈরক্লি। ঐহাক্না মমা-মপাবু মোর্ডন ওইন্বা হায়রি মদু ওইরবসু মখোয়না ওইবা ওইদে। অমসুং করম্নসু ওইগনি? মোর্ডন ওইবা অরাইবা থবক নত্তে।

ঐখোয়গী লৈবাক য়ুজলেস ওইরে! কনাগুম্বা জাতিশিংগী মথক্তা য়াম্না *তিরস্কার*(হন্থনা উশিৎত্তনা য়েংবা) তৌরি। অমগা-অমগা লোয়ন্না ফম্মিন্নদে, খেৎন্বা মীৎয়েং থল্লি। থুৎ-ৱাংনা থমদুনা প্রসাদ পীরি! তৌইগুম্বসুং মসিগী অনৌবা জেনেরেসনদি হেল্দী মাইন্ড ওইবনি, য়াম্না ফবনি!

অঙাংশিংগীদমক অফবা ভাৱনা তৌদুনা লৈয়ু। অফবা সঙয়োগ লাক্তুনা লৈগনি। নত্রগদি মসিগী অঙাংশিংদা করিগুম্বা অহোংবা লাক্কদৌবা লৈতে। অঙাংনা হোংগনি, তৌইগুম্বসুং মশা-মতোম্না মহৌশানা শেমদোক্কনি। অঙাংশিং য়াম্না ফবনি। অতোপ্পা মতমদা লৈতবা মদুগুম্বা অঙাংশিংনি ঙসিগী!

মসিগী অঙাংশিংদা করম্বা মখলগী গুণশিং লৈবগে মদুদি ঐহাক্না অসিগুম্না হায়রি মদুদি করিগুম্বা মতমদা ফংদবা অসিগুম্বা মগুণ অসি অঙাংশিংদা লৈ! হায়বদি তোল্লবশিংদা করিগুম্বা মখলগী হন্থনা য়েংবা লৈতে, করিসু লৈতে। মোহি থক ওইবনি। মদুগী মরম্না সিনেমাদা অমসুং অতোপ্পা মফমদা কোয়চৎ-চৎলি। হান্নদি অদুক্কী মতীক হন্থনা য়েংলম্মী মদুদি ব্রাহ্মণগী মচানা অতোপ্পশিংবু শোক্তে। হৌজিক লৈরিব্রা অসিগুম্বা অৱাবশিং?

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্বা করিসু লৈত্রে। থজিক্তংসু।

**দাদাশ্রী :** পোৎ পুম্নমক শুদ্ধ (অশেংবা) ওইরে অমসুং মীহৌবসু লৈতে, নাপলগীসু থৌশাবিদে। হৌজিক ফাওবদি পুম্নমক অশুদ্ধ পোৎ লৈরম্মী, নাপল-অশাউবা-মীহৌবা! অমসুং মখোয়দি মোহ ওইবনি তোল্লবা!

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায় মদুদি প্রজেন্ট জেনেরেসন 'হেল্দী মাইন্ড ওইব'নি অমসুং অতোপ্পা মাইগৈদা য়েংলগদি পুম্নমক নশা শিজিন্নবা ঙাক্তা ওইরে, অমসুং অতোপ্পা করি-করিনো থঙদে?

**দাদাশ্রী :** ফনমক মথোয় নশা শিজিন্নবা ওইনা উরবসু তৌইগুম্বসুং মথোয় তোল্লবশিংবু করিগুম্বা লম্বী ফংদ্রগদি করিবু তৌগনি? মথোয়গী মাইন্ডদি হেল্দী ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** হেল্দী মাইন্ড হায়বদি করিনো?

**দাদাশ্রী :** হেল্দী মাইন্ড হায়বদি ঐহাক্কী-নহাক্কী হায়বা য়াম্না হকচিন্না লৌদে অমসুং ঐহাক্তি পীক্লিঙৈদা, মপান্দা কনাগুম্বগী করিগুম্বা তারগদি, করিগুম্বা উরগদি লৌন্নবগী অপাম্বা লৈরম্মী। কনাগুম্বগী মফমদুদা চাক-চাবা চৎলগদি য়ুমদা চাবা মদুদগী খরা হেন্না চাবা ওই। অঙাংমচাশিংদগী হৌদুনা অহল ওইরবা ফাও পুন্নমক্তা মমতা-ওইবা ওইরম্মী।

অরে! মসি 'ডবল বেড'কী সিস্টম হিন্দুস্তানদা লৈরমগদ্রা? করম্বা মথলগী শা-ঙাগুম্বা মীয়ামরা? হিন্দুস্তানগী নুপী-নুপানা কৈদৌঙৈদা লোয়ন্না কা অমদা লৈমিন্নদে! অনম্বা মতমদা তোঙান্বা কাদা লৈরম্মী! মদুগী ওন্ননা ঙসি মসি য়েংউদনা! হৌজিক্তি মপানা বেডরুম শাবা ওইরি, 'ডবল বেড' লৈদুনা! মসিদগী অঙাংশিংনা খঙলি মদুদি মসিগী মালেম অসি অসিগুম্না চৎলমগনি। অদোম্না খঙব্রা মদুদি অহান্বদা নুপী-নুপাশিংগী ফমুং তোঙান্বা কাদা লৈরম্মী। অদোম্না খঙদব্রা? মদু পুম্বদু ঐহাক্না উরম্মী। ঐখোয়না-ঐখোয়গী মতমদা ডবল বেড উরমব্রা?

## 9. মমা-মপাগী কমপ্লেনশিং

ইবুংঙো অমনা ঐঙোন্দা হায়, ঐহাক্কী ইয়ানুপা নুংতীগী পুং৯দা হৌগৎলি। য়ুমদা থবক অমত্তা তৌদে। মতুংদা য়ুমগী মীয়াম পুম্নমক্তা হংই মদুদি মহাক্না য়াহৌ ঙন্দবগী মসিগী ৱাফমসি অদোম পুম্নমক্না পামদব্রা? মতমদুদা পুম্নমক্না হায়, 'ঐখোয়না পামদে, মদু ওইজরবসু মহাক্না ঙন্না হৌগত্তে।' ঐহাক্না হংই, 'নুমিৎ থোক্লবা কান্দা হৌগৎপ্রা নত্রগা হৌগত্তব্রা?' মদুদা হায়, 'মদুগী মতুংদসু পুং অমগী মতুংদা হৌগৎলি।' মসিদা ঐহাক্না হায় মদুদি 'নুমিৎকীসু ইকায়-খুম্নবা থমদে, মদু ওইরগদি মহাক য়াম্না চাউবা মীওই ওইরমগনি! নত্রগদি মীয়াম্না নুমিৎ থোক্লিঙৈ মমাংদা পুম্নমক্না হৌগৎনৈ, তৌইগুম্বসুং মাদি নুমিৎপুসু থৌশাবিদে।' মতুংদা মখোয়না হায়, অদোম্না মহাকপু খরা চৈয়ু। ঐহাক্না হায়, 'ঐহাক্না চৈবা য়াদে। ঐহাক্না চৈনবা লাকপা নত্তে, ঐহাক্না জ্ঞান তাহন্নবগী লাকপনি। ঐহাক্কী চৈন্বগী ব্যাপার লৈত্তে, ঐহাক্কীদি জ্ঞান তাহন্নবগী ব্যাপারনি।' মতুংদা মদুগী নুপামচাদুদা হায়, 'দর্শন তৌরো অমসুং নুংতিগী হায়য়ু মদুদি দাদা ঐহাকপু ঙন্না হৌগৎন্বগী শক্তি পীবিয়ু।' মসিখক মহাকপু তৌহল্লবা মতুংদা ইমুংগী মীয়াম পুম্বদা হায়রম্মী, হৌজিক মহাক্না চা-থক্লবগী মতমদসু হৌগত্রবদি মঙোন্দা হংউ মদুদি, 'ইবুংঙো, মসি শুপ্পকউরা নঙোন্দা? হৌজিক

নিংথমথাগী ঈংবনি, শুপকে হায়রগদি শুপ্পকউরা।' মতৌ অসুন্না ফাগীদা নত্তে, তৌইগুম্বসুং তশেংবগী মহাকপু শুপ্পীয়ু। য়ুমগী মীওইশিংনা অসিগুম্না তৌই। পরিণাম শক্তম ওইনা থা ৬থক্কী মনুংদা মদুগী নুপামচাদু অদুক্কী মতীক ঙন্না হৌগৎলম্মী মদুদি য়ুমগী মীয়ামগী কম্প্লেন চৎখ্রে।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঙসিগী অঙাংশিংনা লাইরিক পাবগী মহুত্তা শান্নবদা হেন্না পাম্বা ওইরি, মখোয়না লাইরিক তম্বগী মাইকৈরোমদা পুন্বগীদমক মঙোন্দগী করম্না থবক লৌগনি, মদুনা নুপামচাশিংগী মথক্তা থৎনা-চৈন্বা থোক্তন্বা?

**দাদাশ্রী :** মনা-মথুমকী য়োজনা পুথোকউদনা! নুপামচাশিংদা হায়য়ু মদুদি অহান্বা নম্বর লাকপদা মহাকপু মনা-মথুম পীগনি অমসুং ৬ নম্বর লাক্লগনা, মহাকপু মসিথক মনা-মথুম অমসুং পাস তৌবা মহাক্লা মসিথক মনা-মথুম। করিগুম্বা মহাক্কী পুক্নীং থৌগৎকদৌবা অসিগুম্বা তৌ। মহাকপু খুদক্তা কান্নগদবা অসিগুম্বা করিগুম্বা থরা উৎলু, মতমদুদা মহাক্লা চেলেনজ এক্সেপ্ট তৌগনি। অতোপ্পা করি লম্বী তৌগনি? নত্রগদি মখোয়দা নুংশিবা থম্মু। নুংশিবা থম্লগদি অঙাংশিংনা পুন্নমক হায়বা ইল্লি। ঐহাক্লা হায়বা পুন্নমক অঙাংশিংনা লৌই। ঐহাক্লা হায়বদু মদু তৌন্নবগীদমক শেমশাদুনা লৈ, হায়বদি ঐখোয়না মখোয়বু ভাপ তাহন্দুনা লৈগদবনি। মতুংদা তৌবদু মদু চুম্মে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপুং ওইবা সমস্যাদি মসিনি মদুদি লাইরিক পান্বগীদমক অঙাংশিংবু ঐখোয়না মথল কয়াদগী জ্ঞান তাহল্লি তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না হায়রবসু মখোয়না জ্ঞান তাদে, ঐখোয়গী তাবীদে।

**দাদাশ্রী :** অসুল্লা নত্তে মদুদি মখোয়না তাদে হায়বা, তৌইগুম্বসুং অদোম্না মমা ওইবা হৈতে মরমদুন্নি। করিগুম্বা মমা ওইবা হৈরগদি করিগী তারোই? করিগী মচানা তাদ্রিবনো? মরমদি 'ঐখোয়গী মমা-মপানা হায়বা ইশামক্লা মদুবু কৈদৌনুংদা লৌখিদেদনা!'

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, মদুদা এডমোসফীয়র(অকোয়বগী ফীভম)গী দোষরা নত্রগা দোষ নত্তব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, এডমোসফীয়রগী দোষ নত্তে। মমা-মপাদু তশেংবদা মমা-মপা ওইবা হৈবা ওইদে। প্রধানমন্ত্রি ওইবদা মদুদা দাইতা থজিক্তং ওই, তৌইগুম্বসুং মমা-মপা ওইবা, মদুদা য়াম্না চাউবা দাইতা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু করম্না?

**দাদাশ্রী :** প্রধানমন্ত্রি ওইবদদি মীয়ামগী ওপেরেশন্নি। মসিদি অঙাংশিংগী ওপেরেশন তৌগদবনি। য়ুমদা খোং-থাংজিল্লকপদা অঙাংশিংনা হরাওগদবা মদুগুম্না ওইগদবনি অমসুং হৌজিক কান্দি অঙাংশিংনা করি হায়বগে? 'ঐখোয়গী পাবুং য়ুমদা লাক্তুগদি ফৈ।' অরে, অসিগুম্না ওইরগদি করি থোক্লগনি?

মরমদুনা ঐহাক্না মীয়ামদা হায় মদুদি, 'ইবুংঙো, অঙাংশিংবু চহী ১৬কী মতুংদা 'ফ্রেন্ড'কী মওংদা এক্সেপ্ট তৌনে', অসিগুম্না হায়দ্রনে? 'ফ্রেন্ডলী টোন' (মরুপ কুম্না ব্যাবহার) দা লৈরগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়গী ৱাঙাং অফবা থোক্লকই, নত্রগদি নুংতিগী মপা ওইম্বা চৎলগদি করিগুম্বা অফবা ওইরোই। মচানুপানা চহী নীফুসুবা ওইরগদি অমসুং ঐখোয়না মপা ওইবা উৎলগদি করি থোক্কনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদা, অহল ওইবশিংনসু ঐখোয়গা লোয়ন্না অসিগুম্বা ব্যাবহার তৌরগদি, মখোয়গী ৱাখলনা অরিবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়না মখোয়বু করম্না হেন্ডল তৌদগে?

**দাদাশ্রী :** মসিগী গাড়ী অরোইবা মীৎকুপ্তা, অথুবা কান্দুদা, পঙ্কচর ওইরগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়না মদুগী 'হুইল' (চক্কা) দুবু ফুব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** ফুদে।

**দাদাশ্রী :** এন্ড মতমদা, থুবা মতমদা অমসুং টায়র পঙ্কচর ওইরগদি হুইলবু ফুগদ্রা? মতমদুদদি থুনা য়াংনা চেকশিন্না ইশাগী থবক পাংথোক্কদবনি। গাড়ীদুদি পঙ্কচর ওইদুনা লৈগনি। অহল ওইরবা মীয়াম্না পঙ্কচর ওইবা ওই। ঐখোয়না চেকশিন্না তৌগদবনি। পঙ্কচর ওইরগদি গাড়ীবু ফুবা-চৈবা তৌবা য়াব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মচানুপা অনীনা মনুংদা থৎন্দুনা লৈরগদি, ঐখোয়না থঙই মদুদি অনীগী মনুংদা অমত্তা জ্ঞানতাবা ওইদে, মদু ওইরগদি মতমদুদা ঐখোয়না করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** অমুক্তং অনীমকপু ফমহন্দুনা ফোংদোক্কদবনি মদুদি মনুংদা থৎন-চৈন্বদা কান্নবা ওইদে, মদুদা লক্ষ্মী চৎথিবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মখোয়না এক্সেপ্ট তৌনবগী য়াবা ওইদ্রগদি করি তৌগনি, দাদাজী?

**দাদাশ্রী :** ওইরিবা অদুগুম্না অদুমক লৈহল্লু।

**ৱাহং-হংলিবা :** মচানা অমগা-অমগা মনুংদা থৎন্বা অমসুং মদুগী ৱাথোক্তু অচাউবা শক্তম লৌরগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়না অসুম্না হায়রি মদুদি মসি অসিগুম্না করম্না থোক্লিবনো?

**দাদাশ্রী :** মখোয়বু লৌশিং ফংহল্লুদনা, অমগা-অমগা থৎন্বা মতমদা মখোয়না মশামক খঙবা ওইগনি, ভাপ তাগনিদনা? অসিগুম্না হঞ্জিন-হঞ্জিন থিংবদগী জ্ঞান ফংলোই। জগত্তি নিরীক্ষণ(থীজিন্বা)থক মতীক চাবনি!

মসিগী অঙাংসি কনাগুম্বগী ওইবা ওইদে, মসিদি কোকথক্তা তাবা অৱাবনি! মরমদুনা মখোয়গী মতেং শোয়দনা পাংউ তৌইগুম্বসুং মনুংদা ড্রামেটিক ওইনা লৈয়ু।

অহান্বদা মরাল-সীবগী কনানা লাকপগে? কলিয়ুগতদি মরাল লৈবদুনা, মদুনা হান্না কমপ্লেন পুদুনা লাকই অমসুং সতয়ুগতদি মরাল লৈতবদুনা মহাক্না হান্না কমপ্লেন পুদুনা লাকই। মসিগী কলিয়ুগসিদা নিয়ায় তৌরিবশিংসিসু অসিগুম্বা ওই মদুদি অহান্বা তাবা অদুগী মাইগৈদা ফম্বা ওই।

য়ুমদা অঙাং মরী লৈবা, মদুগী মনুংদা অঙাং অনীদি করিগুম্বা অরান্বা লৈত্রগসু মপানা চৈদুনা লৈ অমসুং অতোপ্পা অনীদুনা শোয়বা ওইরগসু কনাগুম্বনা করিসু হায়বা ওইদে। মদুগী মতুংদা রুট কোজ (অশেংবা মরম) ওইবদু, মদু থকগী মরমনি। ঐখোয়গী য়ুমদা অঙাং অনী লৈবা, মদু ওইরগদি অনীমক চপ-মান্ননা থনগদবনি। করিগুম্বা ঐখোয়না অমগী মাইগৈরোমদা লৈরগদি মদুদি 'অচৌবসিনা মীনুংশি চেন্বা ওই অমসুং অতোন্বা অসিনা থরা ৱাৎলি।' মদু ওইরগদি পুন্নমক শোয়বা ওই। অনীমক চপ-মান্ননা লৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মচানুপানা ৱাঙাং খুদিংগী থুনা শাউগন্বা ওই।

**দাদাশ্রী :** য়াম্না তাংইদনা! য়াম্না অতাংবা, মতুংদা করি থোক্কনি? মচানুপীদি হোংইদনা, মরমদুনা তোল্লবীনা শাউদুনা পৈবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিগী শাউদুনা লৈবসি করিগী ওইরিবনো, দাদাজী?

**দাদাশ্রী :** মসিদি, থেম্বা চৎলিদনা, মরমদুনা শাউদুনা লৈরি। ঐহাক্কী মনাক্তা শাউদুনা লৈরগদি মদু ওইরগদি খঙগনি! ঐহাক্কী লোয়ন্না কনাগুম্বা অমত্তা শাউদুনা পৈদে। অমুক হন্না কৌরোইদনা! চাবা নত্রগা চাদবা, অমুক হন্না কৌরোই। ঐহাক্না খঙই, মসিদগী ফত্তবা হৈন্বি হৌবা ওই, ফত্তবা হৈন্বি হেন্না মমিতাবা ওই। নত্তে, নত্তে, ইবুংঙো চাক চারো, ইবুংঙো চাক চারো। অরে, চাক লাপ্লবদি মচানুপানা মশা-মতোম্তা চাগনি, কদায়দা চৎকনি? অসুম ওইনদি ঐহাক্না অতোপ্পা কালাসু হৈ।

য়াম্না থোয়বা ওইরগদি, চাক লাম্বা ওইরগসু চাক চারোই। অসিগুম্বা ওইরগদি মতমদুদা ঐহাক্না মহাক্কী আম্মাগা লোয়ন্না মনুংদা বিধি তৌই, অদোম্না অসিগুম্না তৌগদবা নত্তে। অদোম্না তৌবা, মদু তৌ। মসি নত্তবদা ঐহাক্কা লোয়ন্না শাউদুনা পৈদে অমসুং মসিদা ঐহাক্কী মনাক্তা শাউদুনা পৈদুনা করিবু কান্নগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী, মদুগী কলা অদু তম্বিয়ুদনা! মরমদি মসি শাউদুনা লৈবা-থেম্বদি পুম্নমক্কী নুংতিগী ওইবা ওইরে। করিগুম্বা অসিগুম্বা শোজৈ অমতং পীরগদি পুম্নমক্কী উপায় লাক্লগনি!

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা ঐখোয়না মমল য়াম্না থল্লবদি মহাক্লা অসিগুম্না পৈদুনা লৈগনি। অসুক য়াম্না মমল থল্লিবা করিগী?

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিগী অর্থ করিনো, ঐনা লৌশিন্বা ঙমদ্রে। য়াম্না মমল থল্লগদি মমায়দু পৈথোকপ্রা? কনানা য়াম্না মমল থম্বগে?

**দাদাশ্রী :** মাংদা লৈরিবা অদুগী মমল য়াম্না থল্লি। শাউদুনা মমায় পৈথোকপা ওইরিবা অদুনা করম কান্দা পৈবগে, মমাংদা লৈরিবদুনা মহাক্কী মমল লৈবা কান্দা।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি ঐখোয়না মমল য়াম্বা অদু উৎলোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মমল য়াম্না থম্বা অদু তৌরোইদবনি। করিগীদমক মমল হেন্না থল্লিবা? কর্মগী মতুং ইন্না থোক্লক্কদবদু মদু থোক্কনি, মতুংদা মদুগী করিগী মমল হেন্না থমগনি? অমসুং মতুংদা কর্মগী উদয় থক্লি। মমল হেন্না থম্বদগী মচীং ফত্তবা ওইরি ওন্নবা।

**ৱাহং-হংলিবা :** পীক্লিবা অঙাংশিংগী অশাউববু লৈতন্বগীদমক মখোয়বু করম্না ভাপ তাহনগনি?

**দাদাশ্রী :** মখোয়গী শাউবদু মাংহন্বদা করিবু কানবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গা লোয়ন্না থৎন্দনবা।

**দাদাশ্রী :** মদুগীদমক করিগুম্বা অতোপ্পা উপায় তৌবগী মহুত্তা মহাক্কী মমা-মপাবু মতৌ অসুম্না লৈগদবনি মদুদি মখোয়গী অশাউবদু অঙাংশিংনা উহন্দবা। মখোয়গী শাউবা উরগা অঙাংশিংনা থল্লি মদুদি 'ঐহাক্কী পাবুংনা তৌই, মদু ওইরগদি ঐহাক্লা মঙোন্দগী ডবলদা অশাউবা তৌগনি।' করিগুম্বা অদোম্না লেপলবদি, মদু ওইরগদি মশা-মতোম্তা লেপখ্রনি। ঐহাক্লা থীংলে, ঐহাক্কী অশাউবা থীংবা ওইবদগী

ঐহাক্কা লোয়ন্না কনাগুম্বা অমত্তা শাউবা তৌদে। ঐহাক্কা হায়রগদি, শাউবা তৌ মদু ওইজরগসু শাউদে। অঙাংনসু তৌদে, ঐহাক্কা ফুবা মতমদসু শাউদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংশিংবু অফাবা লম্বীদা পুরকপগীদমক মমা–মপানা থৌদাংদি পাংথোক্কনিদনা, মরমদুনা শাউবদি তৌদবা য়াদেদনা?

**দাদাশ্রী :** অশাউবা করিগী তৌদোইবা? ভাপ তাহন্দুনা হায়বদা করি কায়বা লৈবগে? শাউবা অদোম্না তৌবা ওইদে, অদোমদগী থোকপা ওইরি। তৌথিবা ওইবা অশাউবা, অশাউবা কৌদে। অদোম ইশামক্কা অশাউবা তৌই, অদোম্না মহাকপু কীহন্বা মদুবু অশাউবা কৌদে। তৌইগুম্বসুং অদোমদি শাউবা ওইবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** শাউবা ওইবগী মরম করিনো?

**দাদাশ্রী :** 'ৱীকনেস'। মসি 'ৱীকনেস' (অশোন্বা) নি! হায়বদি মহাক মশামক্কা শাউবা তৌদে, মদুদি শাউরবা মতুংদা মশামক্কা থঙবা ওই মদুদি মসি শোয়খ্রে, অসিগুম্না তৌরোইদবনি। হায়বদি মহাক্কী মখুত্তা লৈবা নত্তে। মসিগী মশীন অসি শারবদি, মদুগী মতমদুদা অদোম্না থরা ঈংথগদবনি। মশা-মতোম্তা ঈংথরবা-কান্দা, মতমদুদা খুৎথিংজিল্লু।

অঙাংগীদা অদোম্না খোয়দৌ-চাকপা (শাউবা) মতমদুদা মদু অনৌবা পৈশা পূবাগুম্বনি, মরমদি খোয়দৌ-চাকপ (শাউবা) দা অকায়বা লৈতে, তৌইগুম্বসুং অদোম্না 'ইশামক' খোয়দৌ-চাকপা মদু অমাংবা ওইহল্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংশিংবু চৈদ্রিখৈ, মতমদুফাও তুমিন্না লৈবা ওইদে, চৈবদি মথৌ তাইদনা!

**দাদাশ্রী :** নত্তে, চৈবদা করিসু কায়দে। তৌইগুম্বসুং 'ইশামক' চৈবা ওই মরমদুনা অদোমগী মায়থোঙগী ফিবম কায়বা ওই, মরমদুনা দাইতা অদোমগী। অদোমগী মায়থোঙগী ফিবম কায়দন্বা মদুগুম্না চৈয়ু, মায়থোঙ ফজনা থমদুনা চৈয়ু, ফজনা চৈয়ু। অদোমগী মায়থোক শোয়রগদি মসিগী মরমদি মসিনি মদুদি অদোম্না চৈগদবদু মদু অদোম্না অহংকার তৌদুনা চৈরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদুম তৌরগদি অঙাংশিংনা অসিগুম্না মানগনি মদুদি মসি তৌশিন্নদুনা চৈরি!

**দাদাশ্রী :** মথোয়না মদুখক থঙলগদি য়াম্না ফরে। মদু ওইরগদি মথোয়দা ইফেক্ট ওইগনি, নত্রগদি ইফেক্ট ওইবা ওইরোই। অদোম্না য়াম্না চৈরবদি মথোয়না

থল্লি মদুদি 'মসি অশোন্বা মীওইনি।' মখোয় ময়াম্না ঐঙোন্দা হায়, 'ঐহাক্কী পাবুং য়াম্না শোন্বা মীওইনি, য়াম্না শাউগন্দুনত্তা লৈ।'

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী চৈবা অসি অসিগুম্না তৌরোইদবনি মদুদি ঐখোয়গী পূন্সীংদা ৱাখল লাকপা ওইবা অমসুং ইশাদা ইফেক্ট ফাওদুনা লৈবা।

**দাদাশ্রী :** মদুদি অরান্বনি। চৈবা অসিগুম্না ওইরোইদবনি। মথক্তগী ওইনা চৈবা হায়বদি নাটক্তা থৎন্বগুম্না, মদুগুম্না ওইগদবনি। নাটক্তা থৎনৈ, 'করিগী নহাক্না অসিগুম্না তৌরি অমসুং অসিগুম্বা মদুগুম্বা' পুন্নমক্না ঙাংই তৌইগুম্বসুং মনুংদা করিসু ফাওবা ওইদবা, অসিগুম্না চৈগ্দবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংশিংবু ঙাংবা দরকার ওইবা মতমদা চৈরি, মতমদুদা মহাক্না নুংঙাইতবসু ওইরম্বা য়াই, মতমদুদা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মতুংদা ঐখোয়না মনুংদা লাল্লে হায়জগদবা। মসিগী ইবেম্মসিবু য়াম্না ঙাংখ্রবদি অমসুং মহাক্না অৱাবা ওইরগদি অদোম্না মসিগী ইবেম্মাদা হায়য়ু মদুদি ঙাকপীয়ু। করিগুম্বা অসিগুম্না ঙাংদ্রগদি অতিক্রমণ ওইরে মরমদুনা মনুংদা প্রতীক্রমণ তৌ। অদোমদি 'শুদ্ধাত্মানি' মরমদুনা অদোম্না চন্দুভাইদা হায়য়ু মদুদি 'প্রতিক্রমণ তৌ।' অদোম্না শরুক অনীমক থাইদোক্লুনা থমগদবনি। নতোম্তা লৈবা কান্দা মনুংদা ইশামক্তা হায়য়ু মদুদি 'মাংদা লৈরিবদুবু অৱাবা ওইদন্বা' অসিগুম্না ঙাংউ। মদু ওইজরবসু মচানুপা অৱাবা ওইরগদি চন্দুভাইদা হায়য়ু, 'প্রতিক্রমণ তৌ।'

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দগী পীকপা ওইরগদি, ইচানুপা, ওইবা মতমদা করম্না ঙাকপীয়ু হায়গনি?

**দাদাশ্রী :** মনুংদা লাল্লে হায়জৌ, থম্মোয়দগী লাল্লে হায়জৌ। মহাক্কী মনুংদা দাদানা উবা ঙম্বা ওই অমসুং মহাক্কী সাক্ষীদা *অলোচানা* (ইশাগী লানখিবদুবু নীংশিংবা)-*প্রতিক্রমণ* (লানখিবশিংদুগী ঙাকপীয়ু হায়জবা)-প্র*ত্যাখ্যান* (অমুক-হন্না তৌজররোই হায়দুনা লেংদবা ৱাশক লেপ্পা) মদুগী অঙাংদুগী তৌরগদি খুদক্তা য়ৌবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না কনাগুম্বা অমবু চৈবা তৌইগুম্বসুং মহাক্কী য়াইফন্বগীদমক চৈবা ওইরগদি, অসিগুম্না অঙাংশিংবু থক চৈরগদি মদুবু পাপ কৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদুদগী পুন্যা পুনশিনগনি। নুপামচাগী ফন্বগীদমক চৈবা-ফুবা মতমদুদসু পুন্যা শেমগনি। ভগৱানগী য়ুমদা অনয়ায় ওইবা ওইদে! মচানা

ওন্ননা তৌরি মরমদুনা নুপামচাগী য়াইফন্বগীদমক মশামক খোয়দৌ-চাকপা(শাউবা) ওইরি অমসুং মহাকপু খুবাক্লা অনীরক থাই, মদু ওইরগসু মহাক্কী পুন্যা পুনশিন্বা ওই। করিগুম্বা মদুবু পাপ ওইনা থল্লগদি মসি ক্রমিক লম্বীগী সাধু-আচার্যশিংদগী কনাগুম্বগী মোক্ষ ওইবা ওইরোই। নুমিৎ চুপ্পা শিষয়শিংগী মথক্তা খোয়দৌ-চাকপা ওই, তৌইগুম্বসুং মহাক্লা পুন্যা পুনশিল্লি। মরমদি অতোপ্পগী কান্নবগীদমক মহাক্লা শাউবা ওইরি। মশাগী কান্নবগীদমক শাউবা অসি পাপনি। কয়াদা ফজখ্রবা নিয়ায়নো! কয়াদা নিয়ায় মপুংফানা ওইরিবা! ভগৱান মহাবীর নিয়ায় কয়াদা ফজখ্রবা! মসিগী নিয়ায়দি ধর্মগী-প্রমাননিদনা!!

হায়বদি অঙাংশিংবু মখোয়গী য়াইফন্বগীদমক চৈয়ু, ফু, মতমদুদা পুন্যা পুনশিন্বা ওই। তৌইগুম্বসুং 'ঐ মপানি, মহাকপু খরাদি ফুবা মথৌ তাইদনা?' অসিগুম্বা ভাৱ মনুংদা চংলগদি মতুংদা পাপ পুনশিনগনি। মতৌ অসুম্না করিগুম্বা অচুম্বা খঙবা ওইদ্রগদি মতুংদা অসিগুম্বা থাইদোকপা ওইগনি!

হায়বদি মপানা মচাদা মহাক্কী য়াইফন্বগীদমক খোয়দৌ-চাকপা মদুগী করি মহৈ ওইগনি? পুন্যা পুনশিনগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মপাদি খোয়দৌ-শাউগৎপা ওইরি তৌইগুম্বসুং মচাসু খোয়দৌ-চাকপা ওইরগদি করি ওইগনি?

**দাদাশ্রী :** মচানা পাপ পুনশিল্লি! ক্রমিক লম্বীদা 'জ্ঞানীপুরুষ' শিষয় (শেবোক্কী)গী মথক্তা খোয়দৌ-শাউরবদি মহাক্কী অঙকপা মখলগী পুন্যা পুনশিন্বা ওই, *পুন্যানুবন্দী পুন্যা* (পুন্যাদগী পুন্যা তুংবা)পুনশিল্লি। মহাক্লা শাউবাদু লেম্না মাংলোই। মসিগী শিষয় মহাক্কী অঙাং নত্তে, করিগুম্বা মরিসু লৈতে, মদু ওইজরগসু শিষয়দা শাউবা ওইরি।

মসিদা ঐহাক্কী মনাক্তা ফুবা-চৈবা খজিক্তং ফাও তৌদে! চৈবদগী মীওইবনা মরিক চুম্না ঙাংবা ঙমদে, *কপট* (লোৎনা-থুপ্পা)তৌবা ওই। মসিগী মরম্না সংসারসিদা মসিগী *কপট* পুম্নমক পোকপা ওইরি! মালেম অসিদা চৈবগী মথৌ তাদে। মচানুপানা সিনেমা য়েংদুনা লাকপা অমসুং ঐখোয়না মহাকপু চৈরবদি মথংগী নুমিত্তা তৌশিন্নদুনা, 'স্কুল্দা করিগুম্বা প্রোগ্রাম লৈবা' হায়দুনা সিনেমা য়েংবা চৎখিবা ওই! কনাগুম্বগী য়ুমদা মমা য়াম্না লিংবা ওইরগদি মহাক্কী মচানা ব্যাবহার হৈতে।

**ৱাহং-হংলিবা :** কোল্ড ড্রিঙ্কস য়াম্না থকপা, চোক্লেট য়াম্না চাবা, মদুগী মতমদা চৈবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদুদা চৈবগী দরকার ওইদে! মহাক্না থঙগদবনি মদুদি য়াম্না চাবদগী করি অমাংবা ওইগনি। অদোমবু কনানা চৈবগে? মসিদি অচৌবা ওইবগী অরাম্বা অহংকারনি! 'মমা' ওইদুনা ফল্লি, অচৌবা! মমা ওইবদি হৈতে অমসুং নুমিৎ চুপ্পা অঙাংবু চৈদুনা লৈরিবা! করিগুম্বা অদোম্বু নানেম্না চৈরগদি থঙগনি। অঙাংবু চৈবসি লেমজরমগনি? অঙাংনসু অসিগুম্না মাল্লি মদুদি মসিদি(ইমা)ইবোক্তগী হেন্না ফত্তে। মরমদুনা অঙাংবু চৈবা তোক্লো। তপ্না ভাপ তাহল্লু মদুদি মসি পুম্নমক চারোইদবনি, মদুদগী নহাক্কী নশা নারক্কনি।

মহাক্না অরাম্বা তৌরগসু মহাকপু হঞ্জিন-হঞ্জিন ফুগনু। অরাম্বা তৌবা অদুগা হঞ্জিন-হঞ্জিন ফুরগদি করি ওইগনি? নুপা অমদি ফীসুবগুম্না, মদুগুম্না অঙাংবু শুরক্মী। অরে ইবুংঙো, মপা অমা ওইদুনা নচানুপাগী মসিগুম্বা দশা তাহল্লিবা? মদুগী মতমদুদা মচানুপানা পূক্নীংদা করি লেপ্পগে, থঙব্রা? থাংবা ঙমদ্রগদি পূক্নীংদা থল্লি, 'চাউরবা কান্দা অদোমবু ফুগনি, থংউ।' মনুংদা তৌগে হায়দুনা লেপ্পী। চাউরকান্দা মতুংদা মহাকপু ফুবা ওই।

ফুবদগী জগত হোংবা ওইদে। চৈবদগী নত্রগা শাউবদগীসু কনাগুম্বা অমত্তা হোংবা ওইদে। চুমথোক্তুনা উৎপদগী হোংদোকপা ওই। য়াম্না ঙাংলিবমখৈ মদুমখৈ অঙাওবগুম্বনি।

ইবুংঙো অমা লৈরক্মী। মহাক্না নুংদাংগী পুং ২দা করি-করিনো তৌদুনা য়ুমদা লাকলক্মী! মদুনা ফোংদোকপদা মতীক-চাবা মদুগুম্বা নত্তে। অদোম্না থঙলো। মতুংদা য়ুমগী মীয়ামশিংনা লেপ্পী মদুদি মসিবু চৈগদ্রা নত্রগা মতুংদা য়ুমদা চংহল্লোইদ্রা, করি উপায় তৌগনি? মতুংদা মথোয়না মসিগী অনুভাৱ তৌদুনা লাকই। মহাক্কী ময়াম্বা অহন্না হায়বা চৎপদা মঙোন্দা হায়রক্মী, 'অদোমবু ফুদনদি লেম্না থারোই।' মতুংদা য়ুমগী মীয়াম পুম্নমক্না ঐঙোন্দা হংবা লাক্লক্মী মদুদি 'মসিগী করি তৌগনি? মানা অসিগুম্না ঙাংলি।' মতমদুদা ঐহাক্না য়ুমগী মীয়ামদা তাক্লক্মী মদুদি 'কনাগুম্বনা মহাকপু ৱাহৈ অমফাও ঙাংগনু। ঙাংলগদি মহাক্না হেন্না শাউবা ওইগনি, অমসুং য়ুমদা চংহন্দ্রগদি লাও-খোংগনি। মহাক্না লাক্লিংবা মতমদুদা, মদুদা লাকপা অমসুং চৎনিংবা মতমদুদা চৎপা। ঐখোয়না 'রাইট'(চুক্মী)নি হায়নসু হায়রোই অমসুং 'রোং'(লাল্লি)নি হায়নসু হায়রোই। নুংশিবসু তৌরোই, য়েংথিবসু তৌইরোই। *সমতা* থমগনি, মীনুংশি থমগনি।' চহী অহুম-মরীগী মতুংদা মদুগী ইবুংঙোদু অচুম্বা লম্বীদা লাক্লে! ঙসিদি মহাক্না করবারদা য়াম্না মতেং-পাংলি। সংসারসি কান্নদবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং থবক লৌবা হৈগদবনি। পুম্নমক্কী মনুংদা ভগৱান লৈ অমসুং পুম্নমক তোঙান-তোঙাম্বা থবক লৌদুনা ফল্লি, মরমদুনা পামদবা অসিগুম্বা থমগনু।

মীওই অমা লেট্রিনগী থোংবু মখোংনা কাওরম্মী। ঐহাক্না হংই, 'কাওরিবদু করিগীনো?' মদুদা হায়রম্মী, 'য়াম্না চামথোকচৈ মদু ওইজরবসু মনম-নমথিরি।' হায়বিয়ু, হৌজিক মসিবু কয়াদা ফজনা পঙলিবা কৌগনি! লেট্রিনগী থোংদু কোওরগসু মনম-নমথিরি! মসিদা মরাল কনাগীনো?

মীওই কয়াদি অঙাংবু য়াম্না ফুই, মসিবু ফুন্নগী পোৎরা? মসিদি 'গ্লাস ৱেয়র' (গ্লাসকী কোল-লিক) কুম্বনি। 'গ্লাস ৱেয়র'বু তপ্না থমগদবনি। 'গ্লাস ৱেয়র'বু অসিগুম্না থাদরগদি? 'হেন্ডল ৱিথ কেয়র।' হায়বদি চেকশিল্লু। হৌজিক্তি অসিগুম্না ফুদুনা লৈগনু।

অসিগুম্বনি, হন্দক মপোকসিগী অঙাংশিংগী চিন্তা তৌরি তৌইগুম্বসুং মমাং মপোকশিংদা নচাশিং লৈথিবদু মখোয়শিংগীদি করি তৌবগে? মপোক খুদিংদা নচাশিং হুদোক্তুনা লাকই, পোকপা মফম-মফমদুদা মদু পুম্নমক্তুদা অঙাংশিং হুদোক্লমদুনা লাক্লি। অসুক পীক্লি-পীক্লিবা তোল্লববু মফম-মরাং থংদ্রিবা, অসিগুম্বা অঙাংশিংবু থাদোক্লমদুনা লাক্লি। মদুদগী লাকপা পাল্লমদে, মদু ওইজরবসু মসিদা লাক্লি। মতুংদা কাওখ্রে অমসুং মসি মপোকসিদা অতোপ্পা অঙাংশিং লাক্লি! মদু ওইরগদি অঙাংশিংগা মরি-লৈন্বা থৎনা-চৈন্বা করিগী তৌবগে? মখোয়বু ধর্মগী লম্বীদা পুরকউ, অফবা ওইগনি।

মচানুপা অমদি অসিগুম্না অনম কল্লম্মী মদুদি অখাবা হিদাক পীথক্লবদি থক্লমদে, থনাওগী মথাদা য়োৎথদে, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মমাসু চপচবনি। অঙাংদুনা অসুক য়াম্না অনম কন্বা ওইরগদি মমাদুনা হৈথোইবা ৱাৎলমদ্রা? মমানা করি তৌবগে, মহাক্কী মনাতোন মেনশিল্লি অমসুং হিদাক অদু খুদক্তা থানাওদা য়োৎথখ্রে। পরিণাম শক্তম ওইনা অঙাংদু হেন্না শিংবা ওইরে! মথংগী নুমিত্তা পীথকপা মতমদা অমসুং মনাতোন মেন্নবা তৌবদা মহাক্না ফ্রুউ উ উ তৌদুনা মমাগী মমীৎতা কামথোক্লম্মী! মসিদি মদুগী 'ক্বালিটী!' মমাগী মবুংনুংদা থা ৯ ভারা পীদনা লৈ, মদুগী তোংজবা অমসুং মথক্তা ফ্রুউউউ তৌরি!

মপা অমনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী মদুদি 'ঐগী অহুমসুবা নম্বরগী ইচানুপাদু য়াম্না ফত্তে। নুপামচা অনীদি ফৈ।' ঐহাক্না হংই, 'মসিনা ফত্তত্রে হায়রগদি অদোম্না করি তৌগনি?' মদুদা হায়, 'করি তৌগদগে? মচানুপা অনীদুদি ঐনা করিসু হায়নবগী মথৌ তাদে অমসুং মসিগী অহুমসুবা নুপামচাগী মরম্না ঐহাক্কী পুন্সি চুপ্পা মাংবা ওইহল্লি।' ঐহাক্না হায়, 'করি তৌবগে অদোমগী ইচানুপা?' মদুদা মহাক্না হায়, 'নুমিদাংগী পুং 1.30দা লাকই, য়ু থক্তুনা লাকই মহাক।' ঐহাক্না হংই, 'মতুংদা

অদোম্না করি তৌবগে?' মদুদা হায়, 'ঐনা লাপ্লা য়েংদুনা লৈ, করিগুম্বা ঐগী শক উরগদি তাথিনা ঙাংই।' ঐনা লাপ্লা লৈদুনা থোংনাওদগী য়েংদুনা লৈ মদুদি করি ঙাংলিবনো?' মদুদা ঐহাক্না হায়, 'পুং ১.৩০দা য়ুমদা লাক্লবা মতুংদা করি তৌবগে?' মদুদা হায়, 'চাবা থকপগী ৱাফম অমত্তা লৈতে, মহাক্না লাক্লবা মতমদা মহাক্কী ফমুং থাবদি মথৌ তাই। লাক্তুনা খুদক্তা তুম্মী অমসুং নাখোদুনা তুম্বা ওই।' মসিদা ঐহাক্না হায়, 'মদু ওইরগদি চিন্তা কনানা তৌবগে?' মদুদা হায়, 'মদুদি ঐহাক্না তৌই।'

মতুংদা হায়রকই, 'মহাক্কী মসি ফিভম অসি উবদা ঐহাক্তি নুমিদাং চুপ্পা তুম্বা য়াদে।' ঐহাক্না হায়, 'মসিদা দোষ অদোমগীনি, মহাক্তি পোত্থাদুনা তুম্বা ওই। ইশাগী দোষ ইশানা ফুগৎলি। মমাংগী মপোক্তা য়ুগী হৈনবী ওইহনবা নহাক্লি।' মহাকপু তম্বিদুনা তপ্পা মমায় লৈথোকখ্রে। করিগী মরমদগী তম্বীরিবা? মীহৌবগী মরম্না। হায়বদি মমাংগী মপোক্তা মহাকপু শোয়হনথি, অরান্বা লম্বীদা চৎহনথি। মদুগী তম্বিবগী মহৈ লাক্লি হৌজিক। হৌজিক মদুগী মহৈ ফুগৎলু ঈংনা! 'অৱাবা ফুগৎলিবা মহাক্কী মরাল'নি!! য়েংউ, মহাক্তি তুম্বা ওইদনা শান্তিদা? অমসুং মপানা নুমিদাং চুপ্পা চিন্তা তৌ-তৌদুনা পুং ১.৩০ ফাওবা তুমদদুনা লৈ মদুদি করম কান্দা লাক্কনি, তৌইগুম্বসুং মহাকপু করিসু ঙাংবা ঙমদে। মপানা ফুগৎলি, মরমদুনা মরাল মপাগীনি।

মমৌনা থল্লি মদুদি মকুবোক অতোপ্পা কাদা ফল্লি। মরমদুনা মহাক্না অতোপ্পগা লোয়ন্না ৱারি শাই মদুদি 'ইকুবোক্তি থজিক্তং কোক-য়াওদবা ওই।' হৌজিক মদুগী মতমদুদা ঐখোয়না মদুদা লেপতুনা লৈবা ওইরগদি ঐখোয়না মসি তাবদা লাক্লগদি, মদু ওইরগদি ঐখোয়না মনুংদা ইফেক্ট ফাওবা ওই। মতমদুদা মদুদা করি হিসাব থনগনি মদুদি ঐখোয়না অতোপ্পা মফমদা ফম্বা ওইরগদি করি থোক্লমগনি? মতমদুদা করিগুম্বা ইফেক্ট ফাওরপ্লোই। হায়বদি মসিদা লাকপা, মসিগী মরালসিগী মসিগী ইফেক্টনি! ঐখোয়না মসিগী মরাল অসিবু শেমদোক্লগদি, অসিগুম্না থন্দুনা মদুদি ঐহাক্না অতোপ্পা মফমদা ফম্বা অমসুং ঐহাক্না মসি তাবা ওইথিদে। মতৌ অসুম্না মসি মরাল অসিবু চুমথোকউ।

মহাবীর ভগৱানগী মতুংদসু মীয়াম্না ওন্না-তৈন্না ঙাংলম্মী। মীয়ামদি শোয়দনা ঙাংগনি, ঐখোয়না ইশাগী অশোয়ববু মাংহনগনি। মহাক্না ঙাংনিংবা মদু ঙাংলি। ঐখোয়গী ফত্তবা কর্মগী উদয় ওইরবা মতমদুদা অসিগুম্না ওন্না মঙোন্দগী ঙাংবা ওইরি।

অঙাংশিংগী অহংকার জাগ্রুত ওইরগদি, মদুগী মতুংদা মঙোন্দা করিসু ঙাংলোইদবনি অমসুং ঐখোয়না করিগী হায়গদৌরিবা? মহাক্কা খুদি থিজিল্লগদি তমগনি। অঙাংদু চহী ৫গী ওইরগদি, মতমদু ফাও মহাকপু ঙাংবা য়াই। অমসুং ৫দগী চহী ১৬ শুরবা অঙাংশিংবু করিগুম্বদা খুবাক্কা থাবসু য়াই। তৌইগুম্বসুং চহী ২০গী নহা ওইরবা কান্দা অসিগুম্না তৌবা য়াদে। মঙোন্দা ৱাহৈ অমত্তফাও ঙাংবা য়াদে। মঙোন্দা করিগুম্বা ঙাংবা মরাল ওইগনি। নত্রগদি করিগুম্বা নুমিত্তা অদোমবু নোংমৈনা কাপ্লকপসু য়াই।

'হংদ্রগদি পাওতাক পীগনু' অসিগুম্না ঐহাক্কা ইথিবসু ওইরি! করিগুম্বা কনাগুম্বনা অদোমদা করিগুম্বা থরা হংলবদি, মতমদুদা অদোম্না পাওতাক পীগদবনি অমসুং মদুগী মতমদুদা অফবনি খনবদু মদু ফোংদোকউ। পাওতাক পীরবা মতুংদা মসিসু হায়য়ু মদুদি অদোম্না য়াগদবা মদুগুম্না তৌ। ঐহাক্তি মসি অদোমদা হায়খ্রে। মদুগী মতুংদা মহাক্কা নুংঙাইরোইদবা মদুগুম্বা করিগুম্বা ৱাফম লৈতে। হায়বদি ঐখোয়না করিগুম্বা হায়গদবদু, মদুগী মতুংদা *বিনয়* (স্নমান) থমগদবনি।

মসিগী কাল (মতম) সিদা ৱা খজিক্তং ঙাংবা মদুগুম্বা অফবা ৱাফম অতোপ্পা অমত্তা লৈত্রে। মসিগী কালসিদা ঙাংথোক্লকপা অসি নুংনা পান্বগুম্না, অসিগুম্না থোক্লক্লি অমসুং পুম্নমক্কী অসিগুম্না ওইরি। মরমদুনা ঙাংগদবদু খজিক্তং ঙাংবা ফৈ। কনাগুম্বদা করিগুম্বা হায়গদবা লৈতে। হায়বদগী হেন্না শোয়বা ওইরি। মঙোন্দা হায়রগদি মদুদি 'গাড়ীদা থুনা চৎলু।' মদুদা থেংনা চৎকনি অমসুং করিগুম্বা হায়দ্রগদি মতমচানা চৎকনি। ঐখোয়না লৈত্রবসু পুম্নমক চৎথবা য়াবা মদুম্বনি। মসিদি ইশাগী অরান্বা অহংকারনি। মদুগী নুমিৎ অদুদগী অঙাংশিংগা লোয়ন্না অদোম্না পঙাংদা-ঙাংবা লেপ্পা মতমদা, মদুগী নুমিত্তুদগী অঙাংশিংনা শেমদোকচাবা ওইগনি। অদোমগী ৱাঙাং অফবা থোক্লক্তে, মরমদুনা মাংদা লৈরিবদু খোয়দৌ-শাউগৎপা ওইরি। অদোমগী ৱাঙাং লৌশিন্বা ওইদে অমসুং ওন্ননা মদুগী ৱাহৈদু মমায় লৈদুনা হল্লকই। ঐখোয়দি অঙাংশিংবু চাবা-থকপা থোংদুনা পীবা অমসুং ইশাগী থৌদাং পাংথোকপা, অমসুং করিসু হায়বগী মথৌ তাদে। হায়বদগী কান্নদে, অসিগুম্না অদোম্না মানব্রা? অঙাংনা চাউবা ওইরে, মখোয়না শিরিদগী ওন্থগদ্রা? অদোম্না ইশাগী আত্মা ধর্ম করিগী নান্থোক্লিবনো? মসি অঙাংশিংগদি রিলেটিব ধর্মনি। মদুদা কোক-য়ৈথায়ন্বা তৌগদবা নত্তে, খৎন্বগী মহুত্তা তুমিন্না লৈবনা হেন্না ফবা ওইগনি। খৎনা-চৈন্বদগীদি ইশাগী অমসুং মাংদা লৈরিবা অদুগীসু মকোক শাবা ওই।

মখোয়না অদোমদা ফত্তবা হায়রগদি, অদোম্না মহাকপু ফত্তবা হায়বা! মতুংদা ৱাতাবরণ ফত্তবা ওইবা ওই অমসুং পোকখায়বা ওইবা ওই। মরমদুনা অদোম্না

মহাকপু ফজনা হায়য়ু। করম্বা মীৎয়েংদগী? মীৎয়েং অমা পুক্নীংদা থম্মু মদুদি ‘আফ্টর ওল হী ইজ এ গুড মেন।’

**ৱাহং-হংলিবা :** থেংগায়ন্বা মতমদা অঙাংশিংগা লোয়ন্না করম্বা শাজৎলোন থমগদগে?

**দাদাশ্রী :** চান্নবা-য়েংথিন্বা থোকহল্লোইদবনি। মঙোন্দগী করিগুম্বা শোয়রগদি, করিগুম্বা অমাং-অতা থোক্লগদি, মতমদুদা মঙোন্দা য়েংথিন্বা তৌরোইদবনি। মহাকপু ‘শুদ্ধাত্মা’গী মওংদা য়েংগদবনি। হায়বদি নুংশিন্বা-য়েংথিন্বা থোক্রগদি পুন্নমক লোইশিন্বা ওইরে অমসুং ঐখোয়গী জ্ঞান নুংশিন্বা-য়েংথিন্বা থোকহন্দবা মদুগুম্বনি।

ঐখোয়গী পূক্নীংদা থজিক্তংফাও নুংঙাইবা ওইরগদি মদু অতোপ্পা কনাগুম্বগী ওইদে, ঐখোয়গী থক্তনি, মরমদুনা ঐখোয়না খঙগদবনি মদুদি মসি চমন্নবসি ঐখোয়গীনি। অৱাবা করিগী ওইরিনো? ঐখোয়না য়েংবা হৈতবদগীনি, মরমদুনা। ঐখোয়না ‘শুদ্ধাত্মা’ থক য়েংগদবনি। চয়েৎন্বা মাংহনগদবনি ‘ঐ শুদ্ধাত্মানি’, মসি নত্তবা পুন্নমক ‘ব্যাবস্থিত’নি। অসিগুম্বা ‘সোল্যুসন’ ঐহাক্না পীরি।

মচানুপাগী লুহোংলবা মতুংদা অৱাবা লৈরগদি মদু য়ারোই, মদুগী মমাংদগী চেকশিনগদবনি। লোয়ন্না লৈমিন্নরগদি খৎনা-চৈন্বা থোক্কনি। মহাক্কী পূন্সি মাংগনি অমসুং লোয়ন্না ঐখোয়গীসু মাংগনি। করিগুম্বা নুংশিবা ফংগে হায়রবদি মঙোন্দগী তোঙান্না লৈদুনা নুংশিবা থম্মু, নত্রগদি পুন্সি মাংগনি অমসুং মসিদগী নুংশিবা হন্থগনি। মহাক্কী লোয়ন্বী লাক্লবা মতমদুদা মহাকপু লোয়ন্না থমগে খল্লগসু মতম লৈবা খবিক্তা লোয়ন্বিগী লৌগনি, অদোমগী তারোই। মহাক্কী লোয়ন্বিনা হায়গনি, ‘ঙসিদি ইমানা অসিগুম্না হায়রম্মী, মদুগুম্না হায়রম্মী।’ মতমদুদা মচানুপানা হায়গনি, ‘হোয়, ইমাদি মদুগুম্বনি।’ অমসুং মতুংদা লাকই নোংলৈ-নুংশিৎ। লাপন্বদগী পুন্নমক ফনা লৈ!

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংনা মাপান লমদা লৈ মহাকপু নীংশিংদুনা লৈ, মহাক্কী চিন্তা ওইবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদুগী অঙাংশিংনা মফমদুদা চা-থক্তুনা নুংঙাইথোক্লমগনি, মমাবু নীংশিংলমদবসু য়াই অমসুং মমানা মসিদা চিন্তা তৌদুনা লৈ, মসি করম্বা ৱাফম্নো?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী নুপামচাদুনা মফমদুদগী ইবা ওই মদুদি অদোম মসিদা লাকউ।

**দাদাশ্রী :** হোয়! তৌইগুম্বসুং চৎকদৌবদু ঐখোয়গী থুত্তা লৈব্রা? মদুগী মহুত্তা অদোম নশামক ওইরিবা ফীবমদুগুন্না মদুগুন্না এক্সেপ্ট তৌ, মদুদা লানব্রা? মখোয়না মখোয়গী য়ুমদা, ঐখোয়না ঐখোয়গী য়ুমদা! মসি পুক্তগী পোকপা ওইরি মরমদুনা ঐখোয়গী ওইরব্রা পুন্নমক? ঐখোয়গী ওইরগদি ঐখোয়গা লোয়ন্না লাক্কনি তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা লাকপ্রা মসি সংসার অসিদা?

য়ুমদা মীওই ৫০ লৈবা, তৌইগুম্বসুং অদোম্না শকখঙবদি হৈতে মরমদুনা শোয়বা ওইদুনা লৈরি। মখোয়বু মশক খঙগদবনিদনা? মসি গুলাবকী পাম্বিরা নত্রগা করম্বা পাম্বীনো, মসি থিজিনলোইদ্রা?

মমাংঙৈদা করি ওইরম্বগে? সতয়ুগতা য়ুম অমদা লোইনমক গুলাপ অমসুং অতোপ্পা য়ুমদনা পুন্নমক মালিকা, অহুমসুবা য়ুমদনা থাগী-লৈহাওনি! গুলাপ ওইরগদি তীংথং লৈগনি অমসুং করিগুম্বা মলিকা ওইরগদি তীংথং লৈরোই, মালিকাগী লৈদি অঙৌবা ওইগনি, গুলাপ লৈমচুনা ওইগনি, অঙাংবা ওইগনি। হৌজিক্কী মতমদা অসিগুম্বা তোঙান-তোঙান্বা পাম্বী লৈ। মসিগী ৱাফম অসি অদোম্না খঙবা ঙমব্রা?

সতয়ুগতা লৈরম্বা লৌবুক অদু, ঙসি কলিয়ুগতা মখোয়দু লৈকোলগুন্না ওইরে! তৌইগুম্বসুং মহাক্না য়েংবা হৈতে, মদুগী করি তৌগনি? মহাক্না চুন্না য়েংবা হৈত্রগদি অৱাবা ওইগনিদনা? মসি জগতকী মীয়ামগী মনাক্তা মসি য়েংন্নবগী মিৎয়েং লৈতে। কনাগুম্বা ফত্তবা ওইবা ওইদে। মসি মোৎ-খেৎন্বা অসি মশা-মশাগী অহংকারনি। য়েংবা হৈতবা মদুগী অৱাবনি। য়েংবা হৈরগদি অৱাবা লৈতে! ঐহাক্না সংসার পুম্বদা কনাগুম্বগা লোয়ন্না মোৎখেৎন্বা থোকপা ওইদে। ঐহাক্না য়েংবা হৈ মদুদি মসি গুলাপরা নত্রগা মালিকারা। মদু ধতুরা রা নত্রগা অখাবা-শেবোৎকী লৈরা, অসিগুন্না পুন্নমকপু মশক খঙদোকই।

প্রক্রুতিবু খঙবা ওইদে মরমদুনা ঐহাক্না লাইরিক্তা ইরি, 'ঙসিদি য়ুমশিংদা লৈকোল ওইরে। মরমদুনা থবক লোইশিনহৌরো হন্দক্কী মতাংসিদা।' করিগুম্বা মশানা 'নোবল' (পুকচেল চাউবা) ওইরগদি অমসুং মচানুপানা লিকপা ওইরগদি হায়গনি, 'ঐহাক্কী ইচানুপা য়াম্না লিকপনি।' মপানা মহাকপু ফুদুনা চৈদুনা 'নোবল' ওইহনিংলগসু ওইহন্বা ঙমদে। মদুগী পোৎ অদু তোঙাল্লি। মদুদা মমা-মপানা মহাকপু মশামকগুন্না শেম্বা পাম্মী। অরে, মহাকপু শাৎকায়হল্লু, মহাক্কী শক্তিশিং করিনো? মহাকপু শাৎকায়হল্লু। কনাগুম্বগী স্বভাৱ করম্না তৌবগে, মদু য়েংগদবনি। অরে, ইবুংঙো, করিগীদমক মহাক্কা লোয়ন্না থৎন্বগে?

মসিগী লৈকোল অসি শকখঙগদবনি। 'লৈকোল' হায়গে মতমদুদা মীয়াম্না খঙই অমসুং মতুংদা মশাগী মচাবু খঙই। প্রকৃতি(মওং)বু খঙউ! অমুক্তং অঙাংবু খঙউ অমসুং মদুগী মতুং-ইন্না ব্যাবহার তৌ। মহাক্কী প্রকৃতিবু য়েংদুনা ব্যাবহার তৌরগদি করি ওইগনি? মরুপকী প্রকৃতিবু 'এডজস্ট' ওইব্রা নত্রগা ওইদ্রব্রা? অসিগুম্বা প্রকৃতিবু য়েংবা মথৌ তাই, প্রকৃতিবু খঙদোকপা মথৌ তাই। খঙদোকপা ওইরগদি য়ুমদা থৎনা-চৈন্বা লৈররোই। মসিদদি ফু-চৈদুনা 'ঐগুম্না ওইয়ু' অসিগুম্না হায়রি। মদু করম্না ওইবা য়াগনি?

সংসার পুম্নমক অসিগুম্বা ব্যাবহার-জ্ঞানগী থীবা ওইরি, মসি ধর্ম নত্তে। মসি জ্ঞান সংসারদা লৈন্নবগী লায়েংনি। সংসারদা এডজস্ট ওইন্বগী উপায়নি। ৱাইফকা লোয়ন্না করম্না এডজস্টমেন্ট তৌগনি, নুপামচাগা লোয়ন্না করম্না এডজস্টমেন্ট তৌগনি, মদুগী উপায়নি।

য়ুমদা থৎন-লাওনরবা, মতমদুদা মসিগী ঙাংথোক্লিবা ৱাহৈসি অসিগুম্বনি মদুদি পুম্নমক্কী অৱাবা মাংবা ওইবা। মসিগী ৱাঙাংসিদগী পুম্নমক অফবা ওই। মদুগুম্বা অৱাবা মাংবা ওইবা, মদুগুম্বা ৱাহৈ মীয়াম্না থীরি। মরমদি কনাগুম্বনা অসিগুম্বা উপায় তাকক্রিদনা! কান্নগদবা ওইগদবা মদুগুম্বা উপায়দি লৈতেদনা!

## 10. চীংন্বগী মৈচাক

মীওই অমনা ঐহাক্কী নাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্কী মচানুপী অমা লৈরম্মী। মহাকপু ঐহাক্না হান্নদগী জ্ঞান তাহল্লম্মী মদুদি 'মসিদি কলিয়ুগনি, মসি কলিয়ুগকী ইফেক্ট মচানুপীদসু ওইবা ওই। মরমদুনা চেকশিল্লু।' মদুগী নুপাদুনা জ্ঞান তাখ্রে অমসুং মহাক্কী মচানুপীনা অতোপ্পগা লোয়ন্না চেনখ্রবদা, মদুদা মদুগী মীওইদুনা ঐহাকপু নীংশিংই অমসুং ঐহাক্কী মনাক্তা লাক্কুনা হায়রম্মী, 'অদোম্না হায়খিবা মদুগী ৱাফমদু চুম্লম্মী। করিগুম্বা অদোম্না ঐঙোন্দা অসিগুম্বা ৱাফম হায়রমদ্রগদি ঐহাক্না হু থক্লমগনি।' অসিগুম্বনি মসিগী জগতসি, পোলমপোল (অশোয়বগী অশোয়বনি)! ওইরিবা অদুবু এক্সেপ্ট তৌগদবনি, মদুগীদমক হু থক্কদ্রা? নত্তে, মদু তৌরগদি নহাকপু অঙাওবনি হায়গনি। মসিদা ফী শেৎতুনা ইজৎ থম্লি অমসুং হায়রি মদুদি ঐখোয়দি য়ুম্নাক-শাগৈ ৱাংবনি।

ঐহাক্কী য়াম্না নক্লবা মরি-মতা অমা লৈরম্মী, মহাক্কী মচানুপী মরী লৈরম্মী। মহাক য়াম্না জাগ্রুত ওইরম্মী, ঐঙোন্দা হায়, 'মসি নুপীমচাশিংসি চাউবা ওইরে, কোলেজ চৎখ্রে, তৌইগুম্বসুং মখোয়দা থাজবা ওইদে।' মদুদা ঐহাক্না হায়, 'কোলেজতা লোয়ন্না চৎলু অমসুং মখোয়না কোলেজতগী থোক্লকপা মতমদা মতুং-ইনাদুনা

লাকউ।' মতৌ অসুম্না অমুক্তি চৎকনি তৌইগুম্বসুং অনীরকসুবদা করি তৌগনি? লোয়ন্নীবু থাগদ্রা? অরে, থাজবা কদায়দা থমগনি অমসুং থাজবা কদায়দা থল্লোই, মসি ফাওবা খঙদব্রা? ঐখোয়না ইচানুপী মসিখক হায়গদবনি, 'য়েংউ ইবেম্মা, ঐখোয় অফবা ইমুংগী মীওইনি, ঐখোয়গী শাগৈদি অৰাংবগীনি।' মতৌ অসুম্না মহাকপু চেকশিলহল্লু। মতুংদা ওইবা মদু 'করেক্ট', মদুদা চীংন্বা তৌরোইদবনি। চিংন্বা কয়াম্না পোল্লমগনি? মসিগী মতাংদা জাগ্রুত ওইরগদি, মহাক্না চীংনদুনা লৈ। অসিগুম্বা চীংন্বদগী করম কান্দা অরোইবা লাক্কনি?

মরমদুনা করিগুম্বা মথলগী চীংন্বা ওইরগদি থোক্ত্রিঙৈ মমাংদা ফুক্তুনা লংথোকখো। মসিদি মচানুপীশিংনা মপান্দা কোয়দুনা চৎলি, শান্নবা চৎলি, মদুগীদমক চীংন্বা তৌরি অমসুং চীংন্বা ওইরগদি ঐখোয়গী নুংঙাইবা-পোথাবা তুংব্রা? তুংদে।

হায়বদি করিগুম্বা নুপীমচাশিংনা নুমিদাংদা থেংনা লাক্লবসু চীংন্বা তৌগনু। চীংন্বা থাদোকপা ওইরগদি কয়াদা কান্নবা ওইগনি? মরম লৈতনা কীহন্দুনা থম্বগী করি অর্থ থোকপগে? মপোক অমথক্তা করিসু হোংগদবা লৈতে। মদুগী নুপীমচাশিংবু মরম লৈতনা অৰাবা ফাওহনগনু, অঙাংশিংবু অৰাবা পীগনু। বস, মসিখক হায়য়ু মদুদি, ইবেম্মা, নহাক্না মপান্দা চৎলি তৌইগুম্বসুং থেংলক্কনু, ঐখোয়দি অফবা য়ুম্নাক-শাগৈ ওইবা মীওইশিংগী মনুংদগীনি, ঐখোয়দা মসিবু লেমজদে, মরমদুনা য়াম্না থেংলক্কনু।' মতৌ অসুম্না ৰাফম পুম্নমক ৰারী শাও, খঙহল্লু। তৌইগুম্বসুং চীংন্বদি অসি অফবা ওইরোই মদুদি 'কনাগুম্বগা লোয়ন্না চৎলমগনি, করি তৌরমগনি?' অমসুং করিগুম্বদা নুমিদাং পুং ১২দা লাক্লগদি, মতমদুদসু মথংগী নুমিত্তা হায়য়ু মদুদি, 'ইবেম্মা, অসিগুম্না তৌরোইদবনি।' করিগুম্বা মহাকপু য়ুমদগী মপান্দা তান্থোক্লগদি মহাক্না কনাগীদা চৎকনি। মদুগী তংদাংবা খঙদে। কান্নবা করিদা ওইবগে? য়ামদনা অমাংবা ওইবা, মদুদা কান্নবা ওইদনা? য়ামদবা অমাংবা ওইবা, মদুনি কান্নবা ওইবা। মরমদুনা ঐহাক্না পুম্নমক্তা হায় মদুদি 'নুমিদাং থেংনা হল্লক্লবসু নুপীমচাশিংবু য়ুমদা চংহল্লু। মথোয়বু মপান্দা তান্থোক্কনু।' নত্রগদি মপান্দা তান্থোক্কনি, অসিগুম্বা শাউগন্বা ওইবা মীয়াম্নি! মতমসি ময়ামগা মান্নদবনি! কয়াদা অৰাবা ওইরিবা কালনি!! মদুগী মথক্তা মসিদি কলিয়ুগনি, মরমদুনা য়ুমদা ফমহন্দুনা মহাকপু জ্ঞান তাহল্লু।

**ৰাহং-হংলিবা :** হৌজিক মাংদা লৈরিবা কনাগুম্বনা ঐখোয়গী মথক্তা চীংন্বা থল্লগদি মদুগী সোল্যুসন ইশানা করম্না তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মহাক্না চীংন্বা থম্মী, অসিগুম্না খনগনু, অসিগুম্না ঐখোয়না জ্ঞান লৈবদু, মদুগী জ্ঞান্দু কাওথোকউ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্না ঐখোয়গী মথক্তা চীংন্বা ওইবা, মদু ওইরগদি ঐখোয়না হংগদৱা মদুদি করিগী চীংনরিবনো?

**দাদাশ্রী :** হংবদা নুংঙাইবা ওইরোই, অসিগুম্না হংগনু। ঐখোয়না খুদক্তা খঙগদবনি মদুদি ঐখোয়গী করিগুম্বা দোষনি, নত্রগদি মহাক্না চীংন্বা করিগী ফাওরিবা?

'অৱাবা নংলিবা মহাক্কী মরাল' মসিগী ৱাহৈ অসি খঙবগা সোল্যুসন ফংলে। চীংন্বা ওইরিবা মীওইদুনা ফুগৎলিব্রা নত্রগা মতুংদা চীংন্বা ওইরিবদুগী মথক্তা, মহাক্না ফুগৎলিব্রা? মসি য়েংউ।

## 11. লন-থুমবু অঙাংশিংদা কয়াম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** পুন্যাগী উদায়দগী দরকার ওইবদগী হেন্না লক্ষ্মী ফংবা ওইরগদি মতমদুদা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা অফবা থবক্তা খর্চ তৌ। অঙাংশিংগীদমক য়াম্না থমগনু। মখোয়বু লাইরিক তমহন্দুনা থবক থৌরমদা মাই ওনশিলহল্লু। থবক তৌরগদি, মতুংদা লক্ষ্মী হেন্না থমগনু। মসিখক খঙজিল্লু মদুদি ঐখোয়গা লোয়ন্না লাকপা মদুখৈ ঐখোয়গী।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদগী লোয়ন্না পুবা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** হৌজিক করিবু পুদুনা চৎকনি? লোয়ন্না লৈবখৈদুদি মদু পুম্নমক মসিদা খর্চ তৌদুনা লোয়শিল্লে। হৌজিক করিগুম্বা মোক্ষকা মরি লৈন্বা ঐহাক্কী নাক্তগী মসিদা লাক্তুনা ফংলগদি নুমিত হোংগনি। হৌজিকসু পুন্সি লৈরি, হৌজিকসু পুন্সি হোংদোকপা য়ারি, মীৎ-পাংথোকপদা ওইরে নোংঙান্বা।

মফমদুদা(মথংগী মপোক্তা)পুবদা করিবু কান্নবা ফংবগে? মসিদা অদোম্না খর্চ তৌবা, মদু পুম্নমক গটরদা চৎখ্রে, অদোমগী হারাও-নুংঙাইথোক্লবগীদমক, অদোম্না লৈন্নবগীদমক তৌরিবশিংদু মদু পুম্নমক গটরদা চৎখ্রে। শুপ্নতগী অতোপ্পশিংগীদমক করিগুম্বা তৌখিবা মদুখক অদোমগী ওবরড্রাফ্ট(তুংশিন্বা)নি।

মীওই অমনা ঐঙোন্দা ৱাহং হংখি মদুদি অঙাংশিংবু করিগুম্বা পীরোইদ্রা? ঐহাক্না হায়, 'অঙাংশিংদা পীয়ু, তৌইগুম্বসুং অদোমগী পাবুংনা পীবখৈদু, মদুখৈ পীয়ু।

মরক্তা করিগুম্বা তান্নখৈদু, মদু ঐখোয়না অপাম্বা মফমদুদা, করিগুম্বা অফবা থবক্তা থর্চ তৌ।'

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী উকিলশিংগী কানুনদসু অসুম্লনি মদুদি মপা-মবুবোক্কী প্রোপর্টী লৈবা, মদুবু অঙাংশিংবু শোয়দনা পীগদবনি অমসুং মশানা-তানশিন্বা লনদু মহাক্কী মপানা তৌনিংবদু তৌবা য়াই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌনিংবদু তৌ। ঐখোয়গী ইখুৎমক্লা তৌগদবনি। ঐখোয়গী লম্বীসি করি হায়বগে মদুদি নহাক্কী নশাগী পোৎ ওইরগদি, মদুবু তোঙাল্লা খায়দোক্তুনা থর্চ তৌ, মদু ওইরগদি মদু নহাক্কা লোয়ন্না লাক্কনি। মরমদি মসিদা 'জ্ঞান' ফংলবা মতুংদা হৌজিক মপোক অমা-অনীদি লেমহৌরি, মরমদুনা লোয়ন্নদি দরকার ওইগনিদনা? অতোপ্পা থুঙ্গংদা চৎপা মতমদা লোয়ন্না তল থরা পুবা ওই। মতমদুদা মসিদসু লোয়ন্না করিগুম্বা থরাদি পুগদবনিদনা?

মরমদুনা নচানুপাদি করিবু থক পীগদবগে, 'প্লেট' (য়ুম) অমা পীয়ু, ঐখোয়না লৈরিবদু। মদুসু লৈরগদি পীয়ু। মঙোন্দা হায়য়ু মদুদি, 'ইবুংঙো, ঐখোয়না লৈত্রবা কান্দা মদুগী নুমিত্তুদা মসি পুম্নমক নহাক্কী, মদুফাওবা মপু ঐখোয়গী!' অঙাও-অফৈ তৌরগদি নহাকপু নহাক্কী লোয়ন্বীগা লোয়ন্না মপান্দা তান্থোকপা তৌগনি। ঐখোয়না লৈরিবা ফাওবা নহাক্কী করিসু নত্তে, ঐখোয়না চৎখ্রবা মতুংদা পুম্নমক নহাক্কী।' বিল শেম্মু। অদোমগী পাবুংনা পীবদুখৈ অদোম্না মহাকপু পীগদবনি। মহাক্লা মদুখৈগী হক ওই। অরোইবা ফাওবা নুপামচাদুগী পুক্নীংদা অসিগুম্না লৈহল্লু মদুদি 'হৌজিক পাবুংগী মনাক্তা লিশিং ৫০সু লৈরি।' অদোমগী নাক্তদি লাক্ষ লৈরমগনি। মহাক্লা পুক্নীংদা থল্লি মদুদি লিশিং ৪০-৫০দি পীরক্কনি। মহাকপু অরোইবফাও মসিগী মীহৌবদা থম্মু। মহাক্লা মহাক্কী নুপীদা হায়বা মদুদি, 'চৎলু, পাবুংবু ফর্স্ট ক্লাস চাক পীচৌ, চা-অচাপোৎ পুরকউ।' অদোম্না মুক্তুনা লৈগদবা। হায়বদি অদোমগী পাবুংনা করিগুম্বা য়ুম পীবা ওইরগদি মদু মহাকপু পীয়ু।

কনাগুম্ববু করিগুম্বা লোয়ন্না পুবা য়াদে। ঐখোয়না চৎখ্রবা মতুংদা ঐখোয়গী হকচাংবু মৈ থাদোকই। মদু ওইরগদি অঙাংশিংগীদমক হেন্না থনমদুনা করি তৌগনি? অঙাংশিংগীদমক হেন্না থানল্লগদি অঙাংশিংনা করি তৌগনি? মখোয়না খনগনি মদুনি 'হৌজিক থবক-ইনখাং তৌন্নগী দরকার লৈত্রে।' অঙাংশিংদু য়ুথকপা-ওইবা ওইগনি। মরমদি মতুংদা মহাক্লা সঙ্গসু অসিগুম্বা ফংবা ওই। মসি য়ুথকপা ওইরিদনা পুম্নমক! হায়বদি নুপামচাবুদি ঐখোয়না ৱাখল-থন্দুনা চাং অমদা পীগদবনি। করিগুম্বা য়াম্না

পীরগদি ফত্তবদা শিজিন্নবা ওইগনি। মতম চুপ্পদা জোব(থবক)থক তৌদুনা লৈবা অসিগুম্বা তৌগদবনি। কান্নদবদা ফমদুনা লৈরগদি য়ু থক্কনিদনা?

করিগুম্বা বিজিনেজ (ব্যাপার) মহাক্না পাল্লগদি তৌহল্লু। করম্বা ব্যাপার পাম্বগে মদু হংদুনা, মহাক্না ব্যাপার পাম্বদু মদু তৌহল্লু। লিশিং ২৫-৩০ বেঙ্কতগী লোনদা পীহল্লু, মদু ওইরগদি মশা-মতোম্তা থিদুনা লৈম্বা অমসুং থরানা ঐখোয়গী নাক্তগী পীয়ু। মহাক্না দরকার ওইবদুদগী পৈশা তংকায় অমা ঐখোয়দগী পীগদবনি অমসুং তংথায় অমা বেঙ্গদগী লোন পীহল্লু। মসি লোন অসিগী মথোই নংনা থীয়ু, অসিগুন্না হায়য়ু। মথোই থিদুনা লৈম্বা অমসুং মদুগী নুপামচাদুনা জ্ঞানতাবা ওই মতুংদা।

হায়বদি নুপামচাবু নিয়মগা লোয়ন্না, মওং-চুন্না পীগদবা মদুখৈ মদুমখৈ পীদুনা, লেমহৌবা পুন্নমক মীয়ামগী নুংঙাইন্বগীদমক অফবা লম্বীদা থর্চ তৌ। মীয়ামবু করম্না নুংঙাইবা ফংহনগনি? মহাক্কী থম্মোয়বু ঈংথবা মতমদুদা! মদু ওইরগদি মদুগী লন-থুমদু অদোমগা লোয়ন্না লাক্কনি। অসিগুন্না কেস ওইনা লাক্তে তৌইগুম্বসুং ওবরড্রাফট (তুংশিন্বা)কী মওংদা ওইনা লাকই। পৈশাদি পুদুনা চৎপা য়াদেদনা! মসিদা অসিগুন্না ওবরড্রাফ্ট তৌ, মীয়ামবু পীজৌ, পুন্নমক্কী থম্মোয়বু ঈংথহন্বা পীয়ু। কনাগুম্বগী অৱাবা কোকহল্লু। মসি লম্বীনি মমাংদা ড্রাফ্ট থানবগী। পৈশাগী সদুপয়োগ (অফবদা শিজিন্নবা) তৌ। চীন্তা তৌগনু। চা-থকউ, চাবা-থকপদা লিকপা তৌগনু। মরমদুনা হায়গে মদুদি 'থর্চ তৌথোকউ অমসুং ওবরড্রাফ্ট লৌ।'

ঐহাক্না মহাক্কী মচানুপাশিংদা হায় মদুদি নহাক্কী পাবুংনা মসিগী লন-থুম পুন্নমকসি নহাক্কীদমক তুংশিনথি, খুদৈশেৎত্তুনা (লিক্না)। মদুদা হায়, 'অদোম ঐখোয়গী পাবুংবু থঙবা ওইদ্রে।' ঐহাক্না হংই, 'করম্না?' মদুদা হায়, 'করিগুম্বা মসিদগী পৈশা পুদুনা চৎপা য়ারগদি, মদু ওইরগদি ঐহাক্কী পাবুংদি মীয়ামদগী পৈশা-মথোইদা পুদুনা লুপা লাক্ষ ১০ পুথিদুনা চৎথিবা য়াবা অসিগুম্বা শুংশোয়-শোয়দবনি। মরমদুনা মসি ৱাফম অসি পুক্নীংদা থম্বা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে।' মদুগী নুপামচা অদুনা ঐহাকপু অসিগুন্না ভাপ তাহল্লম্মী অমসুং ঐহাক্না হায় মদুদি, 'হৌজিক ঐহাক্না অশেংবা ৱাফম থঙলে! ঐহাক্না থঙবা পাম্বাদু, মদু ঐহাক্না ফংলে।'

অমত্তা পোকচাবা মচানুপা ওইবা, মহাকপু লন-থুমগী মপু ওইহন্দুনা থুংশিন্নরে। হায়বা ওইরি মদুদি 'ইবুংঙো, মসি পুন্নমক নহাক্কী, হৌজিক্তি ঐখোয় অনীমক ধর্মদ্যান তৌগনি।' 'হৌজিক মসি সমপত্তি পুন্নমক মহাক্কী ওইবা ওই', অসিগুন্না ঙাংলগদি মাইচোপ্পা ওইগনি। মরমদি মঙোন্দা সমপত্তি পুন্নমক পীরগদি করি ওইগনি? মপানা সমপত্তি পুন্নমক অমত্তা পোকচাবা মচাদা পীরগদি মচানা

মমা–মপাবু মতম থরাদি লোয়ন্না থমগনি তৌইগুম্বসুং নোংমা মচানা হায়গনি, ‘অদোমদা কোক য়াওদে, অদোম মফম অমদা ফমদুনা লৈয়ু, মসিদা।’ হৌজিক মপাগী পূক্নীংদা অসিগুম্না ওইবা মদুদি ঐহাক্লা মহাক্কা লোয়ন্না খুৎপাই-থৌরিসি করিগী খুৎশিন্নখ্রিবা?! অসিগুম্না পচ্ছতাবা (থম্মোয়দা পেন্দবা) ওইরগদি, মদুগী মহুত্তা ঐখোয়না খুৎপাই-থৌরিদু ইশাগী নাক্তা থমলমগদবনি।

মপা অমনা মচানুপদা হায়রম্মী মদুদি, ‘সমপত্তি পুম্নমক নহাকপু পীগনি।’ মতমদুদা মহাক্লা হায় মদুদি, অদোমগী সমপত্তিবু ঐহাক্লা আশা থমখিদে। মদুবু অদোম্না পাম্বা মফমদুদা শিজিনৌ। অরোইবদা মহৌশানা মহৈ পীবদু মদু তোঙান্না ৱাফম্নি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী অসিগুম্বা লেংদবা ফিরেপ, মশাগী ওপীনিয়ন পীরিদনা! মরমদুনা মদু সর্টিফাইড ওইরে অমসুং হৌজিক্তি পামজবা–তৌনীংবা করিসু লৈবা ওইদ্রে।

## 12. মোহগী চৈন্দগী শিৰি মশিং–থিঙমদনা

**ৱাহং-হংলিবা :** অঙাংনা চাওরবা মতমদা, মতুংদা ঐখোয়গী লৈগদ্রা নত্রগা লৈরোইদ্রা মদুবু কনানা খঙবগে?

**দাদাশ্রী :** হোয়, ঐখোয়গী করিসু লৈবা ওইদে। মসি হকচাংসিসু ঐখোয়গী লৈবা ওইদ্রগদি! মসি হকচাংসিসু মতুংদা ঐখোয়দগী লৌবা ওইরি। মরমদুনা অতোপ্পগী পোৎ ঐখোয়গী নাক্তা নুমিৎ কয়াম্না লৈগনি?

অঙাংনা মোহ–লাকশিন্বদগী ‘পাপা, পাপা’ ঙাংলি, মদু ওইরগদি পাবুংনা য়াম্না হরাওবা ওই অমসুং ‘মম্মী মম্মী’ হায়রগদি মম্মীসু য়াম্না হরাওদুনা নুংশিত্তা পাইরি। পাবুংগী কোয়-চীংলগসু পাবুংদি করিসু ঙাংদে। মসিগী অপীকপা অঙাংদি থবক য়াম্না তৌই। করিগুম্বা পাপা–মম্মীগী মরক্তা খৎন্নবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মদুগী অঙাংদুনা ময়াইদা লৈদুনা সমাধান তৌবা ওই। খৎনা–চৈন্বদি অনম্বা মতমদা ওইদনা! মপুরোইবা-লোয়ন্বীগী মরক্তা য়েংলগদি ‘নং-নং, ঐ-ঐ’ তৌদুনত্তা লৈ, মতমদুদা মচানুপানা করম তৌনা সমাধান তৌবগে? অয়ুক্তা মহাক্লা চা থক্রবদি, খরা শাউরগদি, মদু ওইরগদি মদুগী নুপীদুনা অঙাংদা করি হায়গনি মদুদি, ইবুংঙো, চৎলু, পাপাদা হায়য়ু, ‘ঐগী মম্মীনা চা থকন্নবা কৌরি, পাপা চৎলসি।’ হৌজিক মচানুপানা মপাগী মনাক্তা চত্তুনা হায়, ‘পাপা, পাপা’ অমসুং মসি তারগা পুম্নমক কাওদুনা খুদক্তা চা থকন্নবা লাকই। মসিগুম্না পুম্নমক চখারি। মচানা ‘পাপা’ ঙাংবগা ওহো! খঙদেনে করম্বা মন্ত্রাবু হায়বগে। অরে, হৌজিক ফাওদি ঙাংলম্মী মদুদি ঐহাক্লা চা থক্লোই! অসিগুম্বনি মসি জগত!

মসিগী মালেম অসিদা কনাগুম্বা অমত্তনা কনাগুম্বগী, মচা ওইবা ওইদে। মালেম পুম্নমক্তগী অসিগুম্বা মচানুপা থিদুনা পুরকউ মদুদি মশাগী মপাগা লোয়ন্না পুং ৩ চুপ্পা থৎনবা অমসুং মতুংদা হায়বা মদুদি, 'হে খুরুমজনিংঙাই ওইরবা পাবুং', অদোম্না ঙল্লিবমখৈ চৈরবসু মদু ওইরবসু অদোম অমসুং ঐহাক্তি অমত্তনি।' অসিগুম্না ঙাংবদু থীরকউ? মসিদি পুংথায় অমা 'টেস্ট'তা লৌরগদি পোকথায়বা ওইগনি। নোংমৈগী গুলিদি পোকথায়বদা মতম চংই, তৌইগুম্বসুং মসিদি খুদক্তা পোকথায়বা ওই। থজিক্তং চৈবা হৌরগদি, মদুগী মমাংদা পোকথায়বা ওই নত্রগা পোকথায়দব্রা?

মচানা 'পাপা-পাপা' তৌবা মতমদা মদুবু অথাবা ফাওবা ওইগদবনি। করিগুম্বা অথুম্বা ওইরগদি মদুগী নুংঙাইবদু মথোই পুবা অসিগুম্না হায়গনি। মতুংদা মদু অৱাবগী মওংদা শিংদোক্কনি। মচানা চাউবা ওইরকান্দা, মতমদুদা অদোমদা হায়গনি মদুদি, 'অদোমদা কোক লৈতে।' মতমদুদা ঐখোয়না থল্লি মদুদি অসিগুন্না করিগী? অদোম্না পুখিবদু, মদু মরেপ লৌরি। মরমদুনা হান্নদগী চেকশিল্লু। ঐহাক্নদি পুদুনা নুংঙাইবা লৌন্নবগী ব্যাপার অদু তৌদ্রে। অহো! ইশাগী আত্মাদদি মশীং-থীঙমদ্রবা নুংঙাইবা লৈ! মদুবু থাদোক্তুনা মসিগী কীনিংঙাই ওইবা অমোৎপদা করিগী তাশিনগনি?

চহী হুমফুদ্রসুরবা হনুবী অমা লৈরম্মী। নোংমগী নুমিত্তা য়ুমদগী মপান থোক্লক্তুনা লাউরম্মী, 'মৈনা চাকপা ওইসনু মসি সংসারসিবু, অথাবা হু-গুম্বনি, ঐহাক্তি মসি সংসারসি থজিক্তং ফাও পাম্বা ওইদে! হে ভগৱান! নহাক্না ঐবু লৌশিন্বিরো।' মতমদুদা কনাগুম্বা নুপামচা অমা মফমদুদগী লানদুনা মহাক্না হায়রম্মী, 'করিগীনো ইবোক নুংতীগীদি য়াম্না ফৈ হায়রম্মী। নুংতীগী অথুম্বা অংগুরগুম্না মাল্লি অমসুং ঙসিনা অথাবগুম্না ওইরি?' মতমদুদা হায়রম্মী, 'ঐহাক্কী ইচানুপানা ঐগা লোয়ন্না থৎন-চৈনরি। মসি অহল ওইরবা মতমসিদা ঐঙোন্দা হায়রি, চৎথ্রো মসিদগী।'

অহান্বদা উপকারি থীবা মপান্দা চৎপা মথৌ তারম্মী অমসুং ঙসিদি উপকারি য়ুমদা ফমদুনা পোকপা ওইরি। মরমদুনা শান্তিদা মচানা করিগুম্বা নুংঙাইবা-অৱাবা পীবা, মদুবু লৌশিল্লু।

মহাবীর ভগৱানবুসু উপকারি ফংলমদে। চাওথৎপা মফমদা উপকারি ফংবা ওইদ্রগদি মহাক্না মতুংদা মাইল তরেৎ লাপ্না *অনার্য* (চাওথৎতবা মফমদা) ৱাখল থন্বা মতৌ তারম্মী, মদু নত্তবদা ঐখোয়দি য়ুমদা ফমদুনা উপকারি ফংলি। মচানা হায়রি, 'ঐহাক্না থেংবা ওইরগদি অদোম্না চগৎ-চগৎ ঙাংগনু। অদোম্না তুমগদবা

ওইরগদি তুম্মু তুমিন্না।' মপানা থল্লম্মী, 'হৌজিক তুমিন্না তুমলগে। মসি পুন্নমক ঐহাক্না খঙলমদে, নম্রগদি সংসার হৌহন্বা তৌরমলোই।' হৌজিক ওইথ্রবদু ওইথ্রে। ঐহাক্না মমাংদা অসিগুম্না খঙলমদে, মরমদুনা হৌখিরম্মী অমসুং মতুংদা চপ্পা ওইরি!

**ৱাহং-হংলিবা :** পামদবা ফংলগদি মদুবু আত্মাগীদমক উপয়োগতা লৌবা, অসিগুম্বা অর্থ ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** পামদবা ফংবদু আত্মাগীদমক কান্নবা থক্তা ওই। মদু আত্মাগী বিটামিন থক্নি। নমথবা লাকপগা খুদক্তা আত্মাদা লাকইদনা? হৌজিক করিগুম্বনা তাথীনা ঙাংলগদি মদুগী মতমদুদা মহাক্না সংসারদা লৈবা ওইদে অমসুং ইশাগী আত্মদা অমত্তা ওইবা ওই তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা আত্মাগী জ্ঞান ফংলগদি মহাক থক্না অসিগুম্বা তৌবা ঙম্মী।

**ৱাহং-হংলিবা :** অহল ওইরবা মতমদা ঐখোয়গী সেবা কনানা তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** সেবাগী আশা করিগী থমদোইবা? ঐখোয়বু অৱাবা পীদ্রবদি অফবনি। সেবাগী আশা থমগনু। করিগুম্বা ৫%দি অফবা ফংগনি, লেমহৌবা ৯৫%দি ওৎ-নৈগদবা, মদুগুম্বনি।

অরে! নুপামচাদি করি তৌবগে? নুপামচা অমনা মহাক্কী মপাদা অসিগুম্না হায় মদুদি 'অদোম্না ঐহাকপু ঐহাক্কী শরুক পীবিরো, নুংতীগী চগৎ-চগৎ ঙাংলি অসিগুম্না তৌবা য়ারোই।' মতমদুদা মহাক্কী মপানা হায়, 'নহাক্না ঐহাকপু অদুক্কী মতীক অৱাবা পীরি মদুদি ঐহাক্না নহাকপু করিগুম্বা শরুক অমত্তা পীরোই।'

'মসি ঐহাক্কী ইশাগী তানশিন্বনি, মরমদুনা ঐহাক্না নহাকপু মসি সমপত্তিদগী করিগুম্বা অমত্তা পীরোই।' মতমদুদা নুপামচানা হায়, 'মসি পুন্নমক ঐহাক্কী ইপুগীনি মরমদুনা ঐহাক্না কোর্টতা ক্লেম তৌগনি।' ঐনা কোর্টতা লানথেংনগনি তৌইগুম্বসুং লেম্নদি থারোই। হায়বদি তশেংবদি মসিগী অঙাংশিং ঐখোয়গী নত্তে।

করিগুম্বা মপানা মচাগা লোয়ন্না পুং১ থৎনরগদি, অচৌ-অচৌবা তাথিবা ৱাহৈ ঙাংলগদি, মতমদুদা মচানা করি হায়বগে? 'অদোম্না করি থনবগে?' ইমুং-মনুংগী ওইবা সমপত্তিগীদমক কোর্টতা ক্লেমসু তৌই। মতুংদা মদুগী মচাদুগীদমক চীন্তা তৌগদ্রা? মমতা থাদোকপগা চিন্তাসু থাদোক্লে। হৌজিক ঐহাক্না মদুগী ইচাদু পামদ্রে। চিন্তা ওইদনা, মদু মমতা ওইবশিংনা ওইবা ওই।

মহাক্কী মবায় নাবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি ১২রক হোসপীতালদা য়েংবা চৎপা ওই অমসুং মপাগী ওইবা কান্দা ৩লক থক য়েংবা চৎপা ওই। অসিগুম্না

নহাক্লা করম্বগী মথা-পোন্না তৌবগে? য়ুমদা লোয়ন্বীনা শোজৈ লৈবা ওইরি, মদুদি 'ঐহাক্কী ইবুংবু উনদুনা লাকউ!' হায়বদি নুপীনা হায়বগা মদুদি খুদক্তা চৎম্বা তৌরি! অসিগুম্না নুপীগী মথা-পোল্লি জগত।

অসিগুম্নদি মচা অফবা ওই, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মহাক্লা গুরু(লোয়ন্বী) ফংগদৌবা ওইদ্রগদি। তৌইগুম্বসুং গুরু ফংদনদি লৈতেদনা! ঐহাক্লা করি হায়বা পাম্বগে মদুদি মতুংদা গুরুদু অতোপ্পা লৈবাক্কী ওইরগসু নত্রগা ইন্দিয়ান ওইরগসু, কন্ট্রোল ঐখোয়গী খুত্তা লৈতে। মরমদুনা থৌরিদু নিয়মগী মতুং ইন্না ইশাগী খুত্তা থমগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মমাংগী মপোক্তা কনাগুম্বগা লোয়ন্না য়েক্লখিবা লৈরগদি, মদু ওইরগদি মদু করিগুম্বা মপোক অমদা মহাক্কা থেংনমীন্নদুনা শিংদোকপা মথৌ তাইদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্না নত্তে। অসুম্না লমন-শিংদোকপদু ওইথোক্তে। লমন-খুমগে থন্বগা মনুংদা চান্নবা-য়েংথিন্বা ফাওবা ওই। মমাংগী মপোক্তা মচাগা লোয়ন্না মলোম(য়েক্লবা) থমথ্রবদি ঐখোয়না থল্লি মদুদি করম্বা মপোক্তা লোয়বা ওইগনি? মতৌ অসুম্না মতুংদা করম্না থেংনগনি? মদুগী মচাদুদি মসিগী মপোক্তা হৌদোং ওইদুনা লাক্কনি। অদোম্না মহাকপু শঙ্গোম পীরবসু, মদু ওইরগসু মহাক্লা অদোমগী মাইদা খুজিন্না থোৎকনি! অসিগুম্বনি মসি পুন্নমক! অসিগুম্না অদোমগী লমন-খুন্নবা লেপখিবদু শিংদোক্লি। মুলহন্বা অসি মতমগী নিয়মনি মরমদুনা মতম থরাদা হিসাব লোইবা ওই। কনাগুম্বদি লমন-খুন্নবা ভাৱদগী থেংন্বা ওইরি, অসিগুম্বা মচা ফংলগদি লমন-খুন্নবা ভাৱদগী ঐখোয়গী থাও-শুমদোক্কনি। ভাপ তারব্রা? য়েকন্বা-ভাৱদগী লাক্লগদি অসিগুম্না ওইবসু য়াই নত্রগা ওইদবসু য়াই?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী ইচানুপী অহুম লৈ, মখোয়গী ঐহাক্লা চীন্তা লৈবা ওইরি। মখোয়গী লাক্কদৌবা মতমগীদমক?

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়না লাক্কদৌবা মতমগীদমক ৱাখল থন্বা মদুগী মহুত্তা ঙসিগী সেফসাইড(তেক্তা-কাইদবা) তৌ, নুংতীগী সেফসাইড তৌবনা ফৈ। লাক্কদৌবা মতমগী ৱাখল থল্লিদনা, মদুগী ৱাখলদু করিগুম্বা মওং অমত্তদা 'হেল্পিং'(মতেং) ওইদে, ওন্নবদা অমাংবা ওই। মদুগী মহুত্তা নুংতিগী সেফসাইড তৌদুনা লৈরগদি মসিনা খ্বাইদগী ফবা লায়েংনি।

অদোম্না নুপামচাশিং-নুপীমচাশিংগী অহন ওইনা, ট্রস্টীদৌনা লৈগদবনি। মখোয়গী লুহোংবগী চীন্তা তৌরোইদবনি। নচানুপীনা মশাগী হিসাব পুরক্কুনা লাকই। নচানুপীগী মতাংদা চীন্তা অদোম্না তৌরোইদবনি। নুপীমচাগী অদোম য়োক-থাকপনি।

নুপীমচানা মশাগীদমক নুপামচাসু পুরক্তুনা লাকই। ঐখোয়না কনাগুম্বদা হায়বগী মখৌ তাদে মদুদি ঐখোয়গী ইচানুপী লৈ, মহাক্কীদমক নুপামচাবু পোকউ। করিগুম্বা অসিগুম্না হায়বগী মখৌ তাব্রা? হায়বদি মশাগী পুন্নমক পুদুনা লাকপা ওইরি। মতমদুদা মপানা হায়গনি, 'মহাক চহী ২৫ শুরে, হৌজিক ফাওবা মহাক্কী মফম লেপত্রি, মসিগুম্বনি-মদুগুম্বনি,' অসিগুম্না নুমিৎ খুদিং শক্তুনা লৈ। অরে! মফমদুদা নুপা চহী ২৭কী ওইরে তৌইগুম্বসুং নহাক্কা ফংবা ওইদ্রি, করিগী লাওরিবনো? তুম্মু তুমিন্না! মদুগী নুপীমচানা মশাগী টাইমিগ (মতম) পুন্নমক সেট তৌদুনা লাক্লি।

চীন্তা তৌবদগীদি ওবস্ত্রকতিপ(অথিংবা) কর্ম ওইবা ওই। মদুগী থবক্তু শাংথদুনা লৈ। ঐখোয়দা কনাগুম্বনা তাক্লকপা মদুদি মদুগী মফমদুদা নুপামচা অমা লৈ, মদু ওইরগদি ঐখোয়না হোৎনগনি। চিন্তা তৌন্বগী ভগৱান্না 'তৌগনু' হায়রি। চিন্তা তৌবদগীদি অথিংবা অমা হেন্না তারি অমসুং বীতরাগ ভগৱান্না করি হায়বগে হায়বদা 'অদোম্না চিন্তা তৌরগদি অদোম মপু ওইরে? অদোম্না মালেম অসিবু চলাইব্রা?' মসি অসিগুম্না য়েংলগদি থঙবা ওইগনি মদুদি ঐখোয়দি খোংহাম্নবসু মশাগী ওইজবা শক্তি লৈতে। করিগুম্বা থিংলগদি ডাক্টর কৌবা দরকার ওই। মতমদুফাও অসিগুম্না মান্বা ওই মদুদি মসিগী শক্তি অসি ঐহাক্কীনি, তৌইগুম্বসুং মসিগী শক্তি ঐহাক্কী নত্তে। মসি শক্তি কনাগী মথা পোন্বগে মসি পুন্নমক থঙবা মখৌ তাই।

মসিদি অরোইবা মতমদা ফমুংদা তাদুনা লৈবা, মতমদুদসু মচানুপী অতোম্বীগী চিন্তা তৌবা ওই মদুদি, মহাক্কী লুহোংগদবা লৈহৌরে। অসিগুম্বা চিন্তা তৌদুনা চিন্তাদা শিরবদি মতুংদা শা-ঙাগী মপোক্তা চৎপা ওই। শা-ঙাগী মপোক অৱাবনা পীক-থল্লি, তৌইগুম্বসুং মীওইবগী মপোক ফংদুনসু চুন্না লৈত্রগদি মতমদুদা করি ওইগনি?

## 13. য়াইফৰবনি অৱাবা পোৎলুম্না পুনশিন্দ্রিবদু...

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা নুমিত্তা চিন্তা তৌব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** চিন্তা য়াম্না তৌদে, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বদা অসিগুম্না মান্বা ওই মদুদি, য়েংঙুবদদি পুন্নমক লৈ তৌইগুম্বসুং অঙাংদি লৈতে।

**দাদাশ্রী :** ওহোহো! হায়বদি চান্নবা কানাসু লৈতে। মসি পুন্নমক লৈরি মদু ওইজরবসু, চান্নবগী পুন্নমক লৈরি তৌইগুম্বসুং চান্নবা কনাসু লৈত্রগদি মদু মতুংদা চিন্তা (অৱাবা) নিদনা?

করিগুম্বা মপোক্তা য়াম্না পুন্য লৈবা ওইরগদি, মতমদুদা অঙাং লৈতবা ওই। মরমদি অঙাং লৈবা-লৈতবা পুন্নমক ঐখোয়গী কর্মগী খাতা(বোইদা) লেমহৌবগী

হিসাবনি। মসিগী মপোক অসিদা খ্বাইদগী পুন্যা লৈবনি মদুদি নহাক্না অঙাং লৈতে। অসিগুম্বা মীওই য়াম্না পুন্যা লৈবা কৌবা ওই। ইবুংঙো, নহাকপু কনানা অসিগুন্না তমবীবগে? মদুদা হায়, 'ঐহাক্কী নুপীনা নুংতিগী চগৎ-চগৎ ঙাংদুনা লৈ।' ঐহাক্না হায়, 'ঐ লাক্কনি মদুদা।' মতুংদা মহাক্কী লোয়ন্বীবু জ্ঞান তাহন্বা কান্দা জ্ঞান তারে। ঐহাক্না হায় মদুদি য়েংউ, মহাক্তি করিসু অৱাবা ওইদে। নহাক্কী একাউন বোইদা অইবা লৈতে, য়াম্না ফৈদনা, নত্রনে? মরমদুনা খ্বাইদগী নুংঙাইবনি অদোম?

মচা-মসু অমত্তা লৈত্রগদি অমসুং মচানুপা পোকপা ওইরগদি মদুগী নুপামচাদুনা মপাবু য়াম্না হরাওহন্বা ওইহল্লি, মহাকপু য়াম্না নুংঙাইহল্লি। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মহাক্না চৎখ্রবদি, মতমদুদা কপহন্বসু মদুগুম্না ওই। মরমদুনা ঐখোয়না মসি মথে থঙগদবনি মদুদি মহাক্না লাক্লি, মদু ওইরগদি চৎপা মতমদা করি-করি থোক্কনি? মরমদুনা ঙসিদগী হরাওগনু, মদু ওইরগদি মতুংদা অৱাবা লাক্রেদনা!

অঙাংদি ঐখোয়গী নুংশিন্বা-য়েংথিন্বগী হিসাব ওইবা ওই। পৈশাগী হিসাব নত্তে, নুংশিন্বা-য়েংথিন্বগী লোন(মথোই)গী য়ানা-চে নি। নুংশিন্বা-য়েংথিন্বগী হিসাব শিংদোক্লব গীদমক মসি অঙাংনা মপাগী থাও-শুমদোক্লি, চক্কিদা তকথায়দুনা। শ্রেণিক নিংথৌগীসু মচানুপা লৈরম্মী অমসুং মহাক্না নিংথৌবু নুংতিগী য়ৈরম্মী, জেলদসু থমখিরম্মী।

হায়নৈ মদুদি ঐহাক্কী অঙাং লৈতে। অঙাংশিংগী করি তৌগনি? অসিগুম্বা অঙাং ওইরগদি মদুদি অৱাবা পীবা মখোয় করি কান্নবগে? মদুগী মহুত্তদি অঙাং লৈতবা মদুনা ফৈ অমসুং করিগুম্বা মপোক্তা নহাক্না অঙাং লৈখিদবগে? হৌজিক মসি মীওই মপোক য়াম্না তাংনা ফংই, মদু ওইরগদি ইবুংঙো, চুম্না শিয়ুদনা! অমসুং করিগুম্বা মোক্ষকীদমক থুৎলাই থীদোকউ অমসুং ইশাগী থবক লোয়শিনহৌরো?

**ৱাহং-হংলিবা :** মমাংগী চহীদা মহাক্কী অঙাং অমা লৈখিদ্রেদনা, মতমদুদা হায় মদুদি মহাক্না য়াম্না অৱাবা ওইখি অমসুং মেনতেল্লি মওং ওইনা য়াম্না থাংবা ওইখি। মসিদগী ঐখোয়না অসিগুম্না থঙনিংবা ফাওই মদুদি মমাংগী মপোক্তা ঐখোয়না করি তৌবা ওইরমগনি, মদুদি মদুগী মরম্না অসিগুম্বা থোক্লিবা?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি মদুদি মহাক্কী হিসাব লৈবখৈদু মদুখক ঐখোয়গা লোয়ন্না মদু লৈ, মতুংদা হিসাব লোইরবা মতুংদা ঐখোয়গী একাউন বোইদগী তোঙান-তাখিবা ওই। মসিখক মসিগী নিয়মনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বগী অঙাং পোক্লবা মতুংদা খুদক্তা শিরবদি, মতমদুদা মহাক্কী মদুখক লৌথোক-লৌশিন মরি ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** মমা-মপাগা লোয়ন্না নুংশিন্বা-য়েংথিন্বগী হিসাব লৈবখেদু, মদুকৈ লোইশিল্লে, পরিণাম শক্তমদা মমা-মপাবু কপহন্দুনা চৎলি, য়াম্না কপহল্লি, মকোকসু কায়হল্লি। মচানা ডাক্টরগী খর্চসু তৌহল্লি, পুন্নমক তৌহন্দুনা চৎখিবা ওই!

অঙাংশিংগী শিখুবা মতুংদা মহাক্কীদমক চিন্তা তৌবদগী মহাকপু অৱাবা ময়োক্লবা মথৌ তাই। ঐখোয়গী মীয়াম্না অজ্ঞান্না (জ্ঞান লৈতবনা) মরম ওইদুনা অসিগুম্বা পুন্নমক তৌরি। মরমদুনা অদোম্না তশেংবা মওংদা খঙদুনা শান্তিগা লোয়ন্না লৈগদবনি। অৱোইবদা মরম লৈতনা কোক-শাবা তৌরগদি মদুগী করি অর্থনো? অঙাং করম কান্দা শিদবগে? মসিদি সংসারগী ওইবা মথোই পুবগী য়ানা-চেনি। হিসাবকী মরিনি। ঐহাক্কীসু অঙাংনুপা-অঙাংনুপী লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং মথোয় শিখরে। গেস্ট (মীতোপ) লাক্লম্মী মদুগী গেস্ট চৎখ্রে, মথোয় ঐখোয়গী কদায়দা ওইবগে? ঐখোয়সু নোংমদি চৎলোইদ্রনে? ঐখোয়দি হিংলিবশিং মথোয়বু শান্তি পীগনি। চৎখ্রবা মদুদি চৎখ্রে। মহাকপু নিংশিংবসু থাদোক্লো। মসিদা হিংলিবা, ঐখোয়গী মথা-তাংনা হিংলিবা, মথোয়দা শান্তি পীবা মদুমখৈ ঐখোয়গী থৌদাংনি। মথোয়দি চৎখ্রবদুবু নিংশিংলি অমসুং মসিদা লৈরিবশিংবু শান্তি পীবা ঙমদে, মসিবু করিনো? হায়বদি অদোম্না থৌদাং পুন্নমক হিক্তোক্লি। অদোম্না অসিগুম্না মানদব্রা? চৎখ্রবা মদুদি চৎখ্রে। ফুরিৎখাওদগী লুপা লাক্ষ তাহৌরগদি অমসুং মতুংদা খুত্তা ফংদ্রগদি, মতমদুদা ঐখোয়না করি তৌগনি? ঐখোয়না কোক থুগায়গদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু কাওথোক্কদবনি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, হায়বদি মসি পুন্নমক খঙদবদগীনি। তশেংবদদি কনাগুম্বা অমত্তা মপা-মচা নত্তে। মচানা শিবা মতমদা চিন্তা তৌবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে। তশেংবদা সংসারদা চিন্তা তৌবা য়াবা ওইরগদি মদু মমা-মপাগী শিবা ওইবা, মতমদুদা পূক্লীংদা চিন্তা ওইগদবনি। মচানুপা শিবা ওইরগদি মচানুপাগা লোয়ন্না ঐখোয়গী করি মরি লৈবগে? মমা-মপানদি ঐখোয়দা উপকার তৌখি। ইমানদি ঐখোয়বু থা ৯ পূকনুংদা থম্মী, মতুংদা চাউন্বা য়োকই। মপানা লাইরিক তমন্নবা ফীস পীরি অমসুং অতোপ্পা ময়াম অমসু পী।

অদোম্না ঐহাক্কী ৱাফমসি জ্ঞান তাব্রা? মরমদুনা করিগুম্বা নিংশিংলবদি, মতমদুদা মসি ঙাংউ মদুদি ‘হে দাদা ভগৱান, মসি অঙাংসি অদোমদা কৎথোকচারি!’ মসিনা অদোমবু সমাধান ওইগনি। অদোমগী ইচাবু নিংশিংদুনা মহাক্কী আত্মাবু য়াইফন্বা অসিগুম্না পুক্লীংদা হায়দুনা লৈয়ু, মীৎতা পী তাহনগনু। অদোমদি জৈন থিয়োরি (সিদ্ধান্ত) খঙবা ওইবা মীওইনি। অদোমদি খঙইদনা মদুদি কনাগুম্বগী শিরবা মতুংদা অসিগুম্বা ভাৱনা তৌগদবনি মদুদি, ‘মহাক্কী আত্মাগী য়াইফবা ওইবা।

হে ক্রুপালুদেব, মহাক্কী আত্মাবু য়াইফবা তৌহনবীয়ু।’ মদুগী নত্তবদা ঐখোয়না পূক্নীংদগী শোন্থবা ওইরগদি মদুদি অফবা নত্তে। ইশাগী মীওইবু অৱাবদা তাহন্বা মসি ঐখোয়গী থবক নত্তে। অদোমদি জ্ঞানতবনি, ৱাখল লৈবা অমসুং সংস্কারি মীওইনি, মরমদুনা শিথ্রবা নুপামচাদু নিংশিং-নিংশিংবা মতমদা, মতমদুদা অসিগুম্না হায়য়ু মদুদি, ‘মহাক্কী আত্মাবু য়াইফবা ওইয়ু। হে বীতরাগ ভগৱান, মহাক্কী আত্মাগী য়াইফরো।’ অসিগুম্না ঙাংদুনা লৈয়ু। ক্রুপালুদেবকী মমীং লৌরসু, দাদা ভগৱান হায়রগসু অদোমগী থবক ওইগনি। মরমদি দাদা ভগৱান অমসুং ক্রুপালুদেব আত্মাশক্তমদগী অমত্তনি। হকচাংদগী তোঙান্না উই। মীৎতগী তোঙান্না উই, তৌইগুম্বসুং তশেংবদা অমত্তনি। মরমদুনা মহাবীর ভগৱান মমীং পীরগসু, মদুখক্তি। ‘মহাক্কী আত্মাবু য়াইফবা ওইয়ু’ মসিখক ভাৱনা লেপ্প-নাইদনা ঐখোয়না থমগদবনি। ঐখোয়না মতম চুপ্পদা লৈমিন্নরিবা, লোয়ন্না চামিন্নবা-থকমীন্নবা, মদু ওইরগদি ঐহাক্না মহাক্কী করম্না য়াইফবা ওইগনি অসিগুম্বা ভাৱনা তৌদুনা লৈরি। ঐখোয়না অতোপ্পগীদমক অফবা ভাৱনা তৌরি, মদু ওইরগদি মহাক্তি ঐখোয়গী ইশাগী মীওইনি, মহাক্কীদমক করিগীদমক ভাৱনা তৌরোই?

ঐহাক্না লাইরিকশিংদা ইরি মদুদি নহাক্না ‘কল্প’গী অরোইবা ফাও লমমুক্নবা মথৌ তাই। মদুগী মমীং ‘কল্পান্ত’। কল্পান্তগী অর্থদি কনাগুম্বা অমত্তনা তৌদ্রিদনা? অদোম্না ঙসি অহান্বা ওইনা তাইদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, অহান্বা ওইনা তাই।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি মসি ‘কল্প’গী অরোইবা ফাও লম্মুকনগদবা ওই অমসুং মীয়াম্না করি তৌবগে? য়াম্না কল্পান্ত তৌদুনা লৈ। অরে ইবুংঙো, কল্পান্তগী অর্থদি হংউ মদুদি কল্পান্ত হায়বদি করিনো? কল্পান্ততি কনাগুম্বা মীওই থরা থক্না তৌই। কল্পান্ততি কনাগুম্বা অমত্তা পোকচবা মচানুপা লৈবা, মহাক্কী থঙহৌদনা শিবা ওইরগদি মদুগী ফিবমদুদা কল্পান্ত ওইবা য়াই।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী অদোমগী অঙাং কয়ানো?

**দাদাশ্রী :** নুপামচা অমা অমসুং নুপীমচা অমা লৈরম্মী। 1928 নুপামচা পোকপা মতমদুদা ঐহাক্না ইমান্নবশিংবু পেড়ে(অথুম-অহাও)পীরম্মী। মতুংদা 1931দা শিখরে। মতমদুদা ঐহাক্না মতুংদা পুন্নমকপু পেড়ে পীজরম্মী। অহান্বদদি পুন্নমক্না অসিগুম্না থল্লম্মী মদুদি অনীসুবা মচানুপা পোক্লমগনি, মরমদুনা পেড়ে পীরিবনি। পেড়ে চারিফাও মতমদুফাও ঐহাক্না মরম তাক্লমদে। চারবা মতুংদা ঐহাক্না পুন্নমক্তা হায়রম্মী, ‘মহাক ‘গেস্ট’ ওইনা লাক্লম্মীদনা, মহাক চৎখ্রে!’ মহাক্না ইকায়খুম্নবগা লোয়ন্না লাকলম্মী, মদুনা ঐহাক্না ইকায়খুম্নবগা লোয়ন্না বিদাই পীরি। মরমদুনা মসি

ইকায়খুম্নবা তৌরিবনি। মসিদা পুন্নমক্কা ঐহাকপু চৈরম্মী। অরে, চৈগনু, ইকায়খুম্নবগা লোয়ন্না বিদাই পীগদবনি।

মতুংদা 'নুপীমচা' লাক্লম্মী। মহাকপুসু ইকায়খুম্নবগা লোয়ন্না কৌরম্মী অমসুং ইকায়খুম্নবা লোয়ন্না বিদাই তৌথি। মসিগী মালেম অসিদা লাক্লিবা পুন্নমক, মথোয় পুন্নমক চৎথি। মদুগী মতুংদদি য়ুমদা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তা লৈত্রে, ঐহাক অমসুং হীরাবা( দাদাজীগী ধর্মলোয়ন্নী ) অনীথক্কি।

(1958তা) জ্ঞান ওইদ্রিঙৈ মমাংদা হীরাবানা হায়রম্মী, 'অঙাংশিখ্রে অমসুং হৌজিক ঐখোয়গী অঙাং লৈত্রে, করি তৌগনি ঐখোয়? হনুববা মতমদা সেবা কননা তৌগনি?' মহাক্না চম্মনবা ফাওরম্মী! চম্মন্বা ফাওদব্রনে? মতমদুদা ঐহাক্না মহাকপু জ্ঞান তাহল্লম্মী, 'হৌজিক্কানগী অঙাংসি অদোমগী দম( শক্তি ) পুন্নমক লৌথোক্কনি। অঙাংনা য়ু থক্কুনা লাক্লগদি, মতমদুদা অদোম্না পামগদ্রা?' মদুদা মহাক্না হায়রম্মী, 'নত্তে, মদুদি পাম্বা ওইদে।' মদুদা ঐহাক্না হায়, 'মহাক লাক্লম্মী মহাক্না চৎখ্রে, মরমদুনা ঐহাক্না পেড়ে পীজরি।' মদুগী মতুংদা মহাক্না মশাদা অনুভাব ওইরবা কান্দা, মতমদুদা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, 'পুন্নমক্কী অঙাংনা য়াম্না অৱাবা পীরি।' মতমদুদা ঐহাক্না হায়, 'ঐহাক্তি হান্না হায়রম্মী, তৌইগুম্বসুং অদোম্না য়ারমদে।'

অতোপ্পগী ওইবা, মদু করিগুম্বদা ঐখোয়গী ওইবা য়াব্রা? মরম লৈতনা হায়-হায় তৌবা। মসি হকচাংসি ঐখোয়গী নত্তে, মদুগী হকচাংগী মখোয় মরি-মতা! মসিগী হকচাংসি ঐখোয়গী নত্তে অমসুং মদুগী ঐখোয়গী নত্তবা হকচাংদুগী মসিগী লন-থুম পুন্নমক। কৈদৌঙৈদা ঐখোয়গী ওইরমগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** করি তৌগনি? অমত্তা পোকচবা ইচানুপানি। মহাক্না ঐখোয়দগী তোঙান লৈখ্রে।

**দাদাশ্রী :** মদুদি অহুম ওইরগসু, মদু ওইরবসু তোঙান্না তাবা ওই অমসুং করিগুম্বা মখোয় তোঙান্না তাদ্রগদি ঐখোয়না চৎপা মথৌ তাগনি। মতুংদা পুন্নমক্না পুন্না লৈমিন্নবা ওইরগসু নোংমদি ঐখোয়না চৎপা মথৌ তাইদনা পুন্নমকপু থাদোক্কুনা। থাদোক্কুনা চৎপা মথৌ তাদব্রা? মদু ওইরগদি মতুংদা হায়-হায় করিগীদমক? মমাং-মপোক্কী অঙাংশিং কদায়দা চৎখ্রে? মমাং-মপোক্কী অঙাং কদায়দা লৈবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি ইশ্বোরনা খঙলমগনি!

**দাদাশ্রী :** সে! মমাংগী-মপোক্কী অঙাংশিংসু খঙবা ওইদে, হন্দক মপোক্কী অঙাংশিংগীদমক অসিগুম্না ওইরি। মসি পুন্নমক্কী করম কান্দা সোল্যুসন লাক্কনি? মোক্ষ চৎনবগী ৱারি তৌ, নত্রগদি কান্নদবদা অনেম্বা মপোক্তা চত্তুনা লৈগনি। অৱাবশিংদগী করিগুম্বা অতন্বা ফাওরগদি, মতমদুদা মহাকপু করম্বা গতি ওইগনি?

মসিগী মীওইবগী গতিদগী করম্বা গতিদা চৎপা ওইগনি? শা-ঙাগী গতি, য়াম্না ফত্তবা থবক তৌরগদি নার্কগতিদসু চৎপা য়াই। নর্ক গতি-শাঙাগী গাতি পামব্রা?

মপোক খুদিংদা য়াম্না শাথিনা চৈথি, তৌইগুম্বসুং মমাংদা চাথিবা চৈনাদু কাউবা ওই অমসুং অনৌবা চৈনা চাদুনতা লৈরি। মমাংগী মপোক্কী অঙাংশিং থাদোক্লম্মী অমসুং অনৌবা, মসিগী মপোক্কী অঙাংশিংবু থবাক্তা কোনশিল্লি।

## 14. মরি, রিলেটিব নত্রগা রিয়ল?

মসিগী রিলেটিবসি মরিনি! চেকশিন-চেকশিন্না থবক লৌগদবনি। মসি রিলেটিব মরিনি, মরমদুনা অদোম্না রিলেটিব থল্লিবমথৈ মদুথৈ লৈগনি। অদোম্না থম্বদুগুম্না মদুগুম্না লৈগনি, মদুগী মমীং ব্যাবহারনি।

অদোম্না থল্লি মদুদি ইচানুপাসি ঐগীনি, মরমদুনা কদায়দা চৎকনি? অরে! অদোমগী ইচানুপানি, তৌইগুম্বসুং ঙহাক্কী মনুংদা ময়োক্তা লৈবা ওইগনি। কনাগুম্বা আত্মা মপা-মচা ওইবা ওইদে। মসিদি অমগা-অমগা পীবা-লৌবগী হিসাবনি। য়ুমদা চত্তুনা অসিগুম্না হায়গনু মদুদি অদোম ঐগী ইপা নত্তে। মদুগুম্নদি মহাক ব্যাবহারদগীদি, মপানিদনা!

সংসারদা ড্রামেটিক ওইনা লৈগদবনি। 'লাকপীয়ু ইচন-ইবেম্মা' লাকউ ইবেম্মা,' অসিগুম্না, মসি পুন্নমক *সুপরফল্যুএস* (মথক-মথক্তগী) ব্যাবহার তৌগদবনি। মতমদুদা অজ্ঞানীনা করি তৌবগে মদুদি মচানুপীবু তমপাক্তা ফমহল্লি, মচানুপীসু মদুদা শাউবা ওই মদু নত্তবদা জ্ঞানীপুরুষ ব্যাবহারদা সুপরফল্যুএস লৈবা ওই। মরমদুনা পুন্নমক মহাক্কী মথক্তা হরাওবা ওইরি, মরমদি মীয়াম্না সুপরফল্যুএস ব্যাবহার পাম্বা ওই। হেন্না-অশোন্বা মীয়ামশিংনা পাম্বা ওইদে। মরমদুনা ঐখোয়নসু সুপরফল্যুএস লৈগদবনি। মসি অৱাবা পুন্নমক্তা খুৎ-থিংজিনগদবা নত্তে।

জ্ঞানীনা করি থন্বগে? মচানুপীগী লুহোংবা ওই, মদুসু ব্যাবহারনি অমসুং তোল্লবা মচানুপীনা লুখ্রা ওই, মদুসু ব্যাবহারনি। মসি 'রিয়ল' নত্তে। মসি অনীমকসি ব্যাবহারনি, রিলেটিবনি অমসুং কনাগুম্বদগী হোংদোকহন্বা ঙমদে অসিগুম্বনি! হৌজিক মসি মীয়াম্না করি তৌবগে? ময়ানুপা শিরবদি, মদুগী মতুংদা কোক-য়ৈশিন্দুনা থুগায়রি, মতমদুদা ওন্ন-তৈন্বদা ডাক্টর কৌবা মথৌ তাই। ওন্না-তৈন্বদা মদুদি নুংশিন্বা-য়েংথিন্বগী মথা পোল্লিদনা! ব্যাবহার, ব্যাবহারনি অসিগুম্না খঙবদা লাক্ত্রি মরমদুননি!

অঙাংশিংবু চৈবা মথৌ তারবদি, লোয়ন্নীবু ৱাহৈ অনী হায়বা মথৌ তারবদি মদু ওইরগদি নাটক্কী লোন্দা, ঈংনা লৈদুনা শাউবা তৌ। নাটক্কী লোন হায়বদি করিনো ঈংনা থম্মোয়দগী শাউবা তৌ। মদুবু কৌই নাটক!

## 15. মদুদি লৌবা-পীবনি, মরিদি নত্তে

নুপী-অঙাং করিগুম্বা ঐখোয়গী ওইরমলগদি, মতমদুদা মসি হকচাংবু অৱাবা ময়াম অমা ময়োক্নরবসু মদুদগী থরা ৱাইফনা লৌরমগনি, 'অর্ধাংগীনি'(শরুক তংখায়) কৌইদনা! পেরালাইশিস ওইবা ওইরগদি মচানুপানা লৌগদ্রা? কনাগুম্বা অমত্তনা লৌবা ওইদে। মসিদি হিসাব পুম্বনি! মপাবুংগী মনাক্তগী নহাক্কী নীগদবা হিসাব মদুখৈ, মদুখৈ অদোম্না ফংলি।

নুপামচা অমবু মহাক্কী মমানা, করিগুম্বা অশোয়বা তৌদ্রগসু ফুদুনা লৈরম্মী অমসুং নুপামচা অমনা য়াম্না লমহেন্বা ওইরম্মী, মদু ওইজরবসু মহাকপু নুংশিনা লোইনরম্মী। মচানুপা ৫ মদুগী মমাগীনি তৌইগুম্বসুং ৫গী মথক্তা তোঙান-তোঙান্বা শাজৎলোন ওইরি, মসিগী মরম করিনো?

**ৱাহং-হংলিবা :** মখোয়গী খুদিংগী কর্মগী উদয় তোঙাল্লমগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুদি হিসাব থকপু শিংদোক্লি। মমানা নুপামচা ৫শিংগী মথক্তা চপ-মান্নবা ভাৱ থমগদবনি, তৌইগুম্বসুং করম্না লৈগনি? অমসুং মতুংদা নুপামচাশিংনা হায়রি, ঐহাক্কী ইমানা মহাক্কী পক্ষ(মাইগৈদা)তা লৈ। অসিগুম্না লাও-খোংলি। মসি মালেম অসিদা অসিগুম্বা থৎন্বা লৈরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরদি নুপামচাদুগী মথক্তা মদুগী মমাদুনা অসিগুম্বা য়েংথিন্বগী ভাৱ করিগী ওইরিবনো?

**দাদাশ্রী :** মদু মহাক্কী করিগুম্বা মমাং-মপোক্কী য়েক্নবনি। অতোপ্পা নুপামচাগী মথক্তা মমাং মপোক্কী নুংশিন্বনি। মরমদুনা নুংশিবদু পীরি। মীয়াম্না নিয়ায় থিরি মদুদি নুপামচা ৫শিংদু মহাক্কীদমক চপ-মান্নদ্রিবা করিগীনো?

নুপামচানা থরাদি মশাগী মমা-মপাগী সেবা তৌই, অসিগুম্না সেবা তৌই মদুদি চাবা-থকপসু কাওবা ওই। পুম্নমক্কী ওইনা অসিগুম্না নত্তে। ঐখোয়না ফংলিবদু পুম্নমক ঐখোয়গী হিসাবনি। ইশাগী দোষকী মরম্না ঐখোয়না লৈমিন্নরি। মসি কলিয়ুগসিদা পুম্নমক অখোয়বা থেংন্বা ওইরি। মচানা অফবা ওইরগদি ঙাই-শেন অখোয়বা ফংই অমসুং মহাক্না থৎন্বা তৌদুনা লৈ। মমৌনুপী থৎনগন্বা ফংই অমসুং থৎন্দুনা লৈ। কনাগুম্বা অমা নত্রগা অমা ফংবা ওই অমসুং য়ুমদা থৎনা-চৈন্বা চৎথদুনা লৈ লেপ্পা-নাইদনা।

**ৱাহং-হংলিবা :** 'উপাল-ৱাপালশিংদসু থৱাই লৈরি' অসিগুম্না হায়রি। হৌজিক হৈনৌগী পাম্বী ওইরগদি, মদুগী ঊদুগী লৈরিবা হৈনৌ, মদুগী হৈনৌ পুম্নমক্কী মহাও অমথক ওই, মসি নত্তবদা মসি মীওইবশিংদা অঙাং ৫ লৈবা মদু ওইরগদি অঙাং ৫শিংদুগী ৱাখল-ৱাঙাং-শাজৎ তোঙান-তোঙাল্লি, অসিগুম্না করিগী?

**দাদাশ্রী :** হৈনৌশিংদসু তোঙান-তোঙান্বা মহাও ওইবা ওই, অদোমগী থঙন্বগী শক্তি লৈতে, তৌইগুম্বসুং হৈনৌ খুদিংমক্কী তোঙান-তোঙান্বা মহাও, মনা খুদিংদসু থেৎন্বা ওই। চপ-মান্ননা উই, চপ-মান্নবা মখলগী মনম ওই, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা থরাদি থেৎন্বা ওই। মরমদি মসি সাংসারগী নিয়মদি অসিগুম্বনি মদুদি 'স্পেস' (মফম) হোংদোকপদগী থেৎন্বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসুম্না হায়নৈদনা মদুদি মসিদা ইমুং-মনুং লৈরিবশিংসি, মথোয় শাগৈ-নাতৈগী অমগী হৌনা-লোনচৎ তগী পুনবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদু পুম্নমক ঐথোয়গী থঙনা চান্নবা থক্তা ওই। ঐথোয়গী সর্কল, পুম্নমক পুন্না লৈমিন্নবা ওইবা, চপ-মান্নবা গুণ ওইবা, মরমদুনা নুংশিন্বা-য়েংথিন্বগী মরম্না মফমদুদা পোকপা ওই অমসুং হিসাব শিংদোক্লবগী পুন্বা ওই। তশেংবদদি মীৎতগী অসিগুম্না উরি, তৌইগুম্বসুং মদু শোয়বদগীনি মসি নত্তবদা জ্ঞানদদি অসিগুম্বা নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি পোকপা ওইগদৌরিবসি, মহাক্না মশাগী কর্মদগী পোকপা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** শুংশোয়-শোয়দনা। মহাক্না ঙৌরবসু নত্রগা মুরবসু নত্রগা নেম্লবসু নত্রগা ৱাংল্বসু, মদু মহাক্কী কর্মদগীনি। মসিদি মীয়াম্না মসিগী মীত্তগী য়েংলি মদুদি মচাগী মানাতোন্দি একজেক্ট মদুগুম্না মাল্লি, মরমদুনা মপাগী গুণ থক মচাদা লাক্লি। মদু ওইরগদি মপাদু সাংসারদা কৃষ্ণ ভগৱান ওইরগদি, মচাসু কৃষ্ণ ভগৱান ওইখ্রব্রা? অসিগুম্নদি কৃষ্ণ ভগৱান কয়া-কয়া ওইখ্রে। প্রগত পুরুষ পুম্নমক কৃষ্ণ ভগৱান হায়না কৌরি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মচা অমত্তা কৃষ্ণ ভগৱান ওইখ্রব্রা? হায়বদি মসিদি থঙদবগী ৱাফম্নি!!

করিগুম্বা মপাগী মগুণ মচাদা লাক্লগদি, মতমদুদসু মচা পুম্নমক্তা চপ-মান্ননা লাকপা ওইগদবনি। মসিদি মপাগী মমাং মপোক্কী থঙন্বশিংনি, শুপ্পতগী মহাক্কী গুণ থক মান্নরি। অদোমগী থঙন্বশিং পুম্নমক করম্না তৌবগে? অদোমগী বুদ্ধিগা মান্নব্রা, অদোমগী ৱাখলগা মান্নব্রা। অদোমগা মান্নবা পুম্নমক, মথোয় মসি মপোকসিদা মচা ওইগনি? হায়বদি মহাক্কী গুণ অদোমগা মান্নবা ওই, তৌইগুম্বসুং তশেংবদদি মহাক্কী মশাগী গুণ থক্তবু পাইবা ওই। সাইন্টিসশিংনা (বৈজ্ঞানিক) অসিগুম্না মাল্লি মদুদি মসিগী গুণসি পরমাণুদগী লাকই তৌইগুম্বসুং মহাক্তি মশাগী গুণ থকপু পাইবা ওই।

মতুংদা কনাগুম্বা ফত্তবা, মতীক চাদবা ওইরগদি য়ু থকপসু ওইবা ওই। মরমদি সঙয়োগ মহাক্না তুংশিন-তুংশিনখিবদু, মদুগুম্না ওই। কনাগুম্বনা মপা-মমাগী লম-থুম য়েন্থোক্লবদা করিসু ফংদে। হায়বদি মমা-মপাগী লন-থুমসিদি শুপ্পতগী উৎপথক্তনি। মসি নত্তবদা, মমাংগী-মপোক্তা মহাক্কী থঙনবশিং ওইবদু, মখোয় থক লাক্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি হিসাব শিংদোক্কদবদু, ঋণানুবনধ (মমাং-মপোক্কী হৈসাব) শিংদোক্কদবদু, মদুগী হিসাব শিংদোক্লবা মতুংদা লোয়বা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদু পুম্নমক শিংদোকপা ওইরি। মরমদুনা ঐহাক্না মসিদা মসি বিজ্ঞান হাংদোকপা ওইরি মদুদি অরে! মদুদা মপাগী করি দোষনো? নং শাউগন্বা, নংগী নপা শাউগন্বা, তৌইগুম্বসুং মসি নহাক্কী ননাওনুপাদি করিগী ইংলিবনো? করিগুম্বা নঙোন্দা নহাক্কী পাবুংগী গুণ লাকপা ওইরগদি মদু ওইরগদি নহাক্কী মসি ননাওনুপা ঈংতপ্লিবা করিগীনো? মসি পুম্নমক থঙবা ওইদে, মরমদুনা মীয়াম্না মরম লৈতনা প্রোব্লেম ওইরি অমসুং মপানদগী উবদু, মদু থক অচুম্বনি লৌরি। ৱাফমসি লুথনা থঙবা দরকার ওই। মসি ঐহাক্না ফোংদোক্লিবা মসি থক্তা নত্তে, মসিদি য়াম্না অরুবা ৱাফম্নি! মসিদি হিসাবতগী লৌবা ওই অমসুং শিংদোকপসু ওইরি!

আত্মা কনাগুম্বগী মচা ওইদে অমসুং কনাগুম্বগী মপাসু ওইদে। আত্মা কনাগুম্বগী লোয়ন্বীসু ওইদে, কনাগুম্বগী মপুরোইবসু ওইদে। মসি পুম্নমক রুণানুবনধনি। কর্মগী উদয়দগী পুন্বা ওইরি। হৌজিক (মসি মপোকসিদা) মীয়াম্না মসিগী *প্রতীথি* (মশাদা ফাওবা) ওইবা ওইরি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়নসু মসি *প্রতীতি* ফাওবা ওইরি অমসুং মসি প্রতীতি ওইবা থক্লি মসিথক, তশেংবদদি উবসু ওইদে। তাশেংবা ওইবা ওইরগদি কনাগুম্বা অমত্তা থৎনরোই। মসিদি পুং ১ থক্তদা প্রোব্লেম ওইবা ওই, মোৎ থেৎন্বা ওই, মতমদুদা থৎন্বা ওইরি নত্রগা থৎন্দব্রনে? 'ঐগী-নংগী' তৌবা ওইরি নত্রগা তৌদব্রনে?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌই।

**দাদাশ্রী :** মরমদুনা ইশাদা ফাওবা থক্তনি, 'একজেক্ট' (তশেংবা) নত্তে। কলিয়ুগতা আসা থমগনু। কলিয়ুগ্তা আত্মাগী য়াইফবা ওইন্বা মদুগুম্না তৌ, নত্রগদি মতমসি য়াম্না তমথিনিংঙাই ওইবা লাক্লি, মাংদা য়াম্না খুদোকথিনিংঙাই ওইবা তমথিবা মতম লাক্লি। হৌজিক চহী ১০০০ অফবা ওইগনি, তৌইগুম্বসুং মদুগী মতুংদা তমথিনিংঙাই ওইবা মতম লাক্কদৌরি। মতুংদা করম কান্দা তানজা ফংগনি? মরমদুনা ঐখোয়না আত্মাগীদমক করিগুম্বা থরা তৌহৌরো।

# অঙাংশিংনা মমা-মপাগী মথক্তা ব্যাবহার

## (অনীসুবা শরুক)

## 16. 'টীনেজর্স' (ইনখৎলক্লিবা চহীশিং) গা লোয়ন্না 'দাদাশ্রী'

**ৱাহং-হংলিবা :** আদর্শ বিদ্যার্থী(ছাত্র)গী পুন্সিদা করম-করম্বা লক্ষ্মণশিংগী দরকার ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** ছাত্র না য়ুমদা লৈরিবা মীওই পুম্ববু, মথোয় পুন্নমকপু নুংঙাইহন্বগী মথৌ তাই অমসুং মতুংদা স্কুলদা লোয়নরিবা মীওইশিংগা, ঐখোয়গী ওজাশিং, মথোয় পুন্নমকপু হরাও হন্বগী মথৌ তাই। ঐখোয়না চৎপা মফমদুদা, মদুদা পুন্নমকপু হরাও-হনগদবনি অমসুং ইশাগী লাইরিক্তসু ৱাখল চংগদবনি।

**দাদাশ্রী :** অদোম্না করিগুম্বদা জীব তীন-কাং হাৎপ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** কদায়দা হাৎপগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** লৈকোন্দা, মনিংগী অহাংবদা।

**দাদাশ্রী :** করম্বা তীন-কাংনো? কোক্রোচ অসিনচীংবা?

**ৱাহং-হংলিবা :** পুন্নমকপু হাৎলম্মী।

**দাদাশ্রী :** মীওইবগী অঙাংবু হাৎতোকপ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হাৎতে।

**দাদাশ্রী :** কনাগুম্বগী অঙাংবু হাৎতব্রা? মসিদা কনাগুম্বগী অঙাং ওইরগদি হাৎপা য়াদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** য়াদে।

**দাদাশ্রী :** অসুম্না করিগী? হৌজিক নহাক্না মদুগী হাৎলিবা জীবদু, অদুগুম্না নহাক্না অমা শাদুনা ঐঙোন্দা পীগদ্রা? লুপা লাক্ষ অমা মনা-মথুম পীগনি। করিগুম্বা কনাগুম্বা জীব অমবু শাদুনা পীরগদি, মদু ওইরগদি মহাকপু লুপা লাক্ষ ১গী ইনম পীগনি। নহাক্না শেমগদ্রা? শেম্বা য়ারোইদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** য়ারোই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মতুংদা ঐখোয়না করম্না হৎকনি? মসি মালেম অসিদা করিগুম্বা জীব অমা শেম্বা য়াব্রা? মসি সাইন্টিস্টনা শেম্বা ঙমব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঙমদে।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মতুংদা শেম্বা ঙমদবা, মদুবু ঐখোয়না হাৎপা য়াদে। মসি চৌক্রিসি শাবা ওই, মসিগী পোৎ পুম্নমক অসি শাবা ওইরি, মদুদি মাংহন্বা য়াই। নহাক্না জ্ঞান তারব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** হৌজিক করি তৌগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্ববু হাৎরলোই।

**দাদাশ্রী :** মদুগী জিবদুবু শিবগী অকীবা লৈব্রা? ঐখোয়না হাৎন্বা চংশিন্বদা চেনব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি করম্না হাৎপা য়াবগে? অমসুং মসিগী গেহু, বাজরা গুম্বসিদি কীবা ওইদে, মখোয়দি প্রোব্লেম ওইদে, করি হায়বগে? গেহু, বাজরা, খোংদ্রুম মসি পুম্নমকসি চেনব্রা? ঐখোয়না থাং পুদুনা লাক্লগদি খোংদ্রুম্না চেনব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** চেন্দে।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মদুগী ইঞ্জাং খোংদুনা চাবা য়াই। নহাক্না শিবগী অকীবা ফাওব্রা নত্রগা ফাওদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** ফাওই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মসিগুম্না মহাক্লসু ফাওই।

*অগহক্ক* (মশাগী হক্কী নত্তবা)গী অকুৎপসি য়াম্না লুখবনি! মতুংদা অমুক-হন্না মথক্তা লাকপা ঙমদে। হৌজিক্তি নহাগী মতমনি, হনুবা লাক্কদবা ওইরগদি, মহাকপু ঐহাক্না করিসু হায়দে। মসি অকীবগী সিগ্নল নহাকপু উৎলি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, হোয়, পুদুনা চৎরোই, অতোপ্পগী লোয়ন্বী পুদুনা চৎরোই?

**দাদাশ্রী :** হোয়, ফারে। পুরগা চৎন্বগী ৱাখলসু থমগনু কনাগুম্বগী নুপীগী মথক্তা *আকর্ষণ* (এট্রেকসন)ওইরগসু 'হে দাদা ভগৱান! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু' হায়য়ু।

অঙাংশিংগীদমক মমা-মপানা করি তৌগদবগে? অঙাংনা মপান্দা করিগুম্বা *মান* (ইকায়খুম্নবা) থিদন্বা অসিগুম্না থম্মু। মখোয় ইকায়খুম্নবগী মবুক লাম্বা ওইদন্বা অমসুং মপান্দা ইকায়খুম্নবা হোটেলশিংদা ইকায়খুম্নবা চাবা চৎতন্বা। মসিগীদমক করি তৌগনি? য়ুমদা লাক্লগদি অসিগুম্না কৌবীয়ু, 'ইবুংঙো, নহাক্তি য়াম্না হায়বা ইন্বনি, অসিগুম্বনি, মদুগুম্বনি,' মহাকপু ইকায়কুম্নবা থরা পীয়ু হায়বদি মহাক্কা লোয়ন্না ফ্রেন্ডশিপ (মরুপ) কুম্না ভাৱ থমগদবনি। মহাক্কা লোয়ন্না ফমদুনা মহাক্কী মকোক্তা খুৎনা নান্থদুনা অমসুং হায়য়ু, 'ইবুংঙো, চৎশি ঐখোয় চাক-চারসি, ঐখোয়না পুন্না চা-থকসি' অসিগুম্না ওইগদবনি। মতমদুদা মহাক্লা মপান্দা নুংশিবা থিরোই। ঐহাক্তি চহী ৫গী অঙাং ওইরগদি, মহাক্কা লোয়নসু নুংশিবা থম্মী। মহাক্কা লোয়ন্না ফ্রেন্ডশিপ থম্মী।

**ৱাহং-হংলিবা :** পাপা নত্রগা মম্মীনা ঐঙোন্দা শাউরবা কান্দা করি তৌগনি।

**দাদাশ্রী :** 'জয় সচ্চিদানন্দ, জয় সচ্চিদানন্দ' হায়উ। অসিগুম্না হায়রগদি, মদু ওইরগদি মহাক্লা ঈংথবা ওইগনি।

পাপানা, মম্মীগা লোয়ন্না থৎন্বা হৌরগদি, মতমদুদা অঙাং পুম্নমক্লা 'সচ্চিদানন্দ, সচ্চিদানন্দ' হায়রগদি মসিদগী পুম্নমক লেপ্লগনি। অনীমক ইকায়বা ওইগনি উপায় লৈত্রবা! অকীবগী অলার্ম না চীংলগদি খুদক্তা লেপ্পা ওই।

হৌজিক য়ুমগী মীওই পুম্নমকপু নহাক্কী মরম্না নুংঙাইবা ওইসনু, মসিগুম্না থম্মু। নহাক্লা মহাক্কী মরমদগী অৱাবা ওইরগদি মদুদা *সমভাৱ*দগী লোইশিন্বা তৌ অমসুং নঙোন্দগী মখোয় পুম্নমকপু নুংঙাইবা ওইবা মসিগুম্না থম্মু। মতুংদা মখোয়শিংগী নুংশিবদু য়েংউ নহাক, করম্বা নুংশিবনো? মসি নংনা নুংশিবা ব্রেকডাউন তৌদুনা (য়েৎথায়দুনা) থুগায়রি। মখোয়গী নুংশিবা ওইবা অমসুং মদুদা নহাক্লা নুং থাদদুনা লৈরগদি মদু ওইরগদি নুংশিবা পুম্নমক মাংবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অহল ওইরবশিং থক্লা করিগী হেন্না শাউবা ওইরিবনো?

**দাদাশ্রী :** মসিদি গাড়ীসি মখোল থোকপা ওইরে, গাড়ী অমন্বা ওইরা কান্দা নুংতীগী শাউবা ওই। করিগুম্বা অনৌবা গাড়ী ওইরগদি শাবা ওইদে। মরমদুনা অহন ওইরবা তোল্লবশিংবু করি.. (অহন ওইবনা মরম ওইদুনা অনৌবা চরোনশিংগা লোয়ন্না এডজস্টমেন্ট লৌবা ঙমদে অমসুং থেংগায়ন্বা ওই।)

গাড়ীদু শাবা ওইরগদি মদুবু ঐখোয়না ঈংথহন্বা মথৌ তাদব্রা? মপান্দা কনাগুম্বগা লোয়ন্না করিগুম্বা য়ানদবা থোক্লগদি, লম্বীদা পুলিস ওইবশিংগা লোয়ন্না, মতমদুদা মাইথোং ইমোশনল ওইরগদি, মতমদুদা অদোম্না মায়থোংদু য়েংলগদি করি হায়গনি? 'অদোমগী মায়থোং য়েংউ-য়েংউবা মতমদা শাউদুনত্তা লৈ, অনম্বা মতমদা

শাউদুনা।' অসিগুম্না ঙাংলোইদবনি। ঐখোয়না থঙগদবনি মদুদি করিগুম্বা অৱাবদা লৈরি। মরমদুনা মতুংদা মশা-মতোম্তা গাড়ীবু ঈংথন্বগীদমক লেপহন্দুনা থম্মীদনা!

অহন ওইবশিংগী সেবা তৌবদি খ্বাইদগী অচৌবা ধর্মনি। নহা ওইবশিংগী ধর্ম করিনো? মদুদা হায়, অহন ওইবশিংগী সেবা তৌবা। অমন্বা গাড়ীবু ইন্দুনা পুবা অমসুং ঐখোয়না হনুরবা কান্দা, মতমদুদা ঐখোয়সু ইনবীন্বা ফংগনি। মসিদি পীরগা লৌবনি। ঐখোয়না অহলশিংগী সেবা তৌরগদি ঐখোয়গী সেবা তৌবা ওইবা নহা লাক্কুনা লৈগনি অমসুং ঐখোয়না অহলশিংবু কীহন্দুনা তৌরগদি কীহন্বা ওইবা লাক্কুনা লৈগনি। মতুংদা অদোম্না তৌনিংবদু, তৌবদা অথিংবা লৈতে।

## 17. লোয়ন্বীগী সেলেক্সন

য়োজনা শেমদুনা লৈবদু, মদুদা করিগুম্বা অহোংবা অমত্তা ওইগদবা লৈতে! লুহোংন্নবগী য়োজনা তৌখিবদু অমসুং হৌজিক ঐখোয়না লেপ্লবদি মদুদি ঐহাক্না লুহোংলোয় মদু ওইরগদি অর্থ লৈতবা ৱাফম্নি। মদুদা অদোমগী করিসু চৎপা য়ারোই অমসুং লুহোংবদি হোংবা মথৌ তাগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিগী মপোক অসিদা ঐখোয়না ভাৱনা তৌখিবদু, মদু মথংগী মপোক্তা মহৈ য়ানগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মসি মপোক্তা ভাৱনা তৌরগদি মথংগী মপোক্তা মহৈ লোকপা ওই! তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি মদুদগী নান্থোকপা ঙমদে! হৌজিক-হৌজিকমক মদুদা কনাগুম্বনা চলাইবা য়াদেদনা! ভগৱানসু থিংন্বা চৎলি মদুদি লুহোংগনু, মতমদুদা ভগৱানগীসু মদুদা ওইথোকপা ওইরোই! মমাংগী মপোক্তা লুহোংন্বগী য়োজনা তৌবা ওইদ্রগদি, মরমদুনা লুহোংবগী সনয়োগ লাকপা ওইদে। য়োজনা তৌখিবদু মদুথক লাক্কনি।

মদুগুম্না থোং-হামদনদি কনাগুম্বনা য়াদেদবা, মদুগুম্না লুহোংদনা চৎপা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে! নহাক্কী পূৰ্ক্নীং লুহোংনিংদবা, ওইরগদি প্রোব্লেম ওইদে। তৌইগুম্বসুং পূৰ্ক্নীংনা লুহোংবা ওইবা, মদুদা লুহোংদনদি তৌদবা য়াদবা অমসুং কনাগুম্বগী মতেং য়াওদনা মীওইবনা হিংবা ঙমদে। মতেং-য়াওদনা কনানা লৈবা ঙম্বগে? 'জ্ঞানীপুরুজ' থক্লা। অতোপ্পা কনাগুম্বনা লৈতবা মফমদুদা, মদুদসু। মরমদি মশামক *নিরালম্ব* (মতেং- য়াওদবা) ওইবা ওইরি। কনাগুম্বা *ঐলম্বন* (মতেং)গী মহাক্না দরকার ওইদে।

মীওইবা তোল্লবনা মতেং-য়াওদনা হিংবা ঙমদে। লুপা লাক্ষ ২০গী অচাউবা বঙ্গলো ওইবা অমসুং নুমিদাংদা মতোম্তা তুম্নন্বা হায়রগদি? মহাক্না মতেং পামই।

মীওইবশিংনা মতেং দরকার ওই, মরমদুনা লুহোংবা ওইদনা! লুহোংবগী নিয়ম করিসু লান্বা ওইদে। মসিদি মহৌশাগী নিয়মনি।

মরমদুনা লুহোংবদা *সহজ*(ইচম-চম্না)হোৎনবা তৌ, পূক্নীংদা ভাৰ থম্মু মদুদি অফবা মফমদা লুহোংগনি, মতুংদা মদুগী স্টেশন লাকপা মতমদা কুমথৌ। স্টেশন লাকপা ওইদ্রিঙৈদা কোয়চেন–চেন্বা ওইরগদি করি ওইগনি? নহাক্না হান্না কোয়চেন–চেনগদ্রা?

**ৱাহং–হংলিবা :** নত্তে, স্টেশন লাকপা মতমদা।

**দাদাশ্রী :** হোয়, স্টেশন্না ঐখোয়গী দরকার ওই অমসুং ঐখোয়না স্টেশন দরকার ওই। 'ঐহাক'(দাদাজীবু)ইতোম্বনা স্টেশনগী দরকার ওইদে। স্টেশননা ঐহাক্কী দরকার ওইব্রা নত্রগা ওইদব্রা?

**ৱাহং–হংলিবা :** অদোমগী সঙঘদা পুল্লিবা পাখঙ–লৈশাশিংনা লুহোংবগীদমক য়াদবা ওই, মদুদা অদোম্না মখোয়দা মতোম্তা ঙাইরিঙৈ করি উপদেশ পীবগে?

**দাদাশ্রী :** ঐহাক্না মতোম্তা ঙাইরিঙৈ মতমদা মখোয়বু লুহোংনবা হায়বা ওই মদুদি ইবুংঙো, অদোম লুহোংলগদি নুপীমচা থরা–য়াম্না মফম লেপ্লগনি। ঐহাক্তি অদোম্না লুহোংদুনা লাক্লগসু করিগুম্বা নুংঙাইতবা লৈতে। মসি ঐখোয়গী মোক্ষকী লম্বীসিদি লুহোংলবা মীওইশিংগী দমক্নি। ঐহাক্তি মখোয়দা হায়বা ওই মদুদি লুহোংলগদি নুপীশিং হন্থবা ওই অমসুং লুহোংবদগী মসিদা মোক্ষ লেপ্পা–ওইবা মদুগুম্বা নত্তে।

তৌইগুম্বসুং মখোয়না করি থিজিন্বগে মদুদি লুহোংবদগী অৱাবা য়াম্না লৈবা ওই। মখোয়না হায়, 'ঐখোয়না ঐখোয়গী ইমা–ইপাগী নুংঙাইবা(!)উবা ওই। মরমদুনা মদুগী নুংঙাইবদু(!)ঐখোয়না পাম্বা ওইদে।' হায়বদি মখোয়না থক্না মমা–মপাগী নুংঙাইবগী খুদম পীবা ওই। হৌজিক কান্দি মমা–মপাগী থৎন–চৈন্বদু অঙাংনা য়ুমদা উবা ওই অমসুং মখোয়দগী অতন্বা ফাওরে।

নুপামচাদা প্রেশর পীগনু নত্রগদি অদোমগী কোক্তা মথক্তা লাক্কনি মদুদি ঐহাক্কী ইপানা শোয়হল্লি। মহাক্না চলাইবা হৈতে মদুদগী শোয়বা ওই অমসুং মমীং ঐহাক্কী লাকই।

মহাকপু কৌদুনা হায়য়ু, 'ঐহাক্না নুপীমচাদু য়াই, হৌজিক নহাক্না পাম্লগদি হায়য়ু অমসুং পামদ্রগদি, মদু ওইরগদি ঐনা তোক্কনি।' মতমদুদা করিগুম্বা মহাক্না হায়বা, 'ঐহাক্না পামদে,' মদু ওইরগদি মদুবু তোকলো। নুপামচাগী মনাক্তা সাইন(শোয়) তৌহনগদবনি, নত্রগদি নুপামচানা ময়োক্তা ওইগনি।

**ৱাহং–হংলিবা :** মসিগী লব মেরিএসসি পাপনি হায়না লৌনব্রা?

**দাদাশ্রী :** লৌদে, টেমপারেরী লব-মেরিএস ওইরগদি পাপ লৌগনি। পরমানেন্ট লব-মেরিএস ওইরগদি নত্তে। হায়বদি লাইফ লোং লব-মেরিএস ওইরগদি কায়বা ওইদে। টেমপারেরী লব-মেরীস হায়বদি চহী ১-২গীদমক। লুহোংগদৌবা ওইরগদি অমখকপু লুহোংবা ওইগদবনি। লোয়ন্বী নত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বগা ফ্রেন্ডশিপ য়াম্না তৌবা ওইরোইদবনি নত্রগদি নর্কতা চৎপা তাগনি।

অহান্বদা পাবুংনা হায়বা মতমদুদা মদুদি, 'মসিগী *লফরা* (সমাম্না য়াদবা নুংশিন্বা মরি) করিগী তৌবা ওইরিবনো?' মতমদুদা মচানুপানা অচুম-অরান ঙাংবা ওইরম্মী। মরমদুনা মহাক্কী মপানা খল্লি মদুদি 'মহাক্না মশা-মতোম্তা অনুভাব ওইজসনু! ঐহাক্কী অনুভাব লৌন্নবগী য়াবা ওইদে। মদু ওইরগদি মহাকপু মশাগী অনুভাব ওইজসনু।' মহাক্না নুপীদুবু অতোপ্পগা লোয়ন্না উগনিদনা! মতমদুদা অনুভাব ওইগনি! মতমদুদা পেন্দবা ফাওগনি মদুদি পাবুংনা হায়রম্মী, মদুগী ৱাফমদু অচুম্বনি। মসিদি *লফরা* (নমথাক ঙাক্তা)নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মোহ অমসুং নুংশিবগী খেৎন্বা করিনো?

**দাদাশ্রী :** মসি মৈরান্বী লৈদনা। মৈরান্বীনা মৈগী মতুংদা ইন্দুনা 'মশা-মতোম্তা মৈদা শিজৈদনা?' মহাক্না মহাক্কী পুন্সি লোইশিন্বা ওই। মসি 'মোহ' কৌবা ওই। মসি নত্তবদা নুংশিবদি মতম চুপ্পদা অরেপ্পা ওই, য়েংউ মদুদসু অশোন্বগী মৈচাক খরাদি লৈ। মোহ ওইবা অদুদি, মদুদি অরেপ্পা ওইদে।

মসিদা থা ১২ ফাওবা মমায়দা নাই-পোল্লগদি, মদু ওইরগদি মমায় ফাওবা য়েংবা ওইদে, মোহ(এটেস্মেন্ট) মাংবা ওই। করিগুম্বা অশেংবা নুংশিবা ওইরগদি নাই অমখক নত্তনা, অনী পোল্লগসু নুংশিবা মাংলোই। মরমদুনা অসিগুম্বা নুংশিবদু খিদোকউ। নত্রগদি লুহোংগনু। নত্রগদি ফাজিন্বা ওইগনি। মহাক্না পৈদুনা শাউবা মতমদা হায়গনি, 'ঐহাক্না মাগী মমায়দু য়েংবা পামদে।' য়েংখিবা মতমদুদি পাম্বা ওইখি, মরমদুনা নহাক্না পামখিরম্মী অমসুং হৌজিক মসিবু পামদব্রা? মসিদি থুন্না ঙাংলিবমখৈ, মতমদুফাও পাম্বা ওই অমসুং অখাবা ঙাংলগদি হায়গনি, 'ঐহাক্না নহাক্কা লোয়ন্বা পামদে।'

**ৱাহং-হংলিবা :** 'ডেটিঙ্গ' তৌবা হৌবা ওইরগদি, হৌজিক মদুবু করম্না খিংগনি?

**দাদাশ্রী :** খিংউ। হৌজিকমক লেপ্পু মদুদি মসি খিংগনি। ঐহাক্না হায়রগদি মদুদি মসিদা নহাক নমথাক তৌরি, মদু ওইরগদি নমথাক তৌরিবদু খিংউ। নহৌন্না নমথাক তৌবা খিংউ। মীৎকপ থোকপা মতমদুদা নোংঙাল্লে। খঙবা মতমদুদগী মদুদি মসি শোয়বা ওইরি মদু ওইরগদি খিংজিনগদেবনি।

ৱাইল্ড লাইফ (অসংস্কার পুন্সি)ওইবা ওইরোইদবনি, ইন্ডিয়ন লাইফ(সংস্কার পুন্সি) ওইগদবনি।

অদোম্না ফবা ওইরগদি অদোমগী লোয়ন্বীসু অফবা ফংগনি। মদুনি 'ব্যাবস্থিত,' একজেক্ট ওইনা থোকপদু।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বী নুপী অমা ওইরগসু য়াগনি। ঐদি কলর–বলরদা লৌদে। অফবা নুপী ওইরগদি, অমেরিকান ওইরগসু নত্রগা ইন্ডিয়ন, মদু ওইরগসু কায়বা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বনিদনা, মসি অমেরিকানগী হৈনৌশিং অমসুং ঐখোয়গী হৈনৌশিংগা খেৎন্বা ওই, মসি নহাক্না খঙবা ঙমদে? করি খেৎন্বা ওইবগে ঐখোয়গী হৈনৌশিংগা?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গীদি থুম্বা ওই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুগী মতুংদা য়েংউ। মদুগী অথুম্বদু মহাওদি তংউ, ঐখোয়গী ইন্ডিয়নগী।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক ফাওবদি মহাও তংদ্রি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং মসিদা লাংদা-থুহনগনু! অমেরীকন দা লাংদা-থুহনগদবা মদুগুম্বা নত্তে। য়েংউ, নহাক্কী মম্মী অমসুং পাপাদু নহাক্না ঊইদনা? মখোয় অনীদা করিগুম্বদা মোৎ-খেৎন্বা ওইব্রা নত্রগা ওইদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মোৎতি খেৎন্বা ওই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মদুগী মতমদা নহাক্কী মম্মী য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিব্রা করিগুম্বদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** চৎতে, চৎতে।

**দাদাশ্রী :** অমসুং মদুগী অমেরিকানদি 'য়ু য়ু' তৌদুনা অসুম্না নোংমৈ উৎতুনা চৎখিবা ওই অমসুং মসিদি পুন্সি চুপ্পা লৈরি। মরমদুনা ঐহাক্না নহাকপু খঙহল্লি মদুদি ইবুংঙো, অসিগুম্না তৌগনু, মশোমদা মায় লৈরবা মতুংদা পেন্দবা ফাওগনি। মসি ইন্ডিয়নদি লোয়বা ফাওবা লোয়ন্না লৈ, হোয় নুমিদাংদা থৎন্দুনা অয়ুক ফাওবা রিপেয়র ওইবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ৱাফমসি অচুম্বনি।

**দাদাশ্রী :** মরমদুনা হৌজিক লেপ্পা ওইয়ু মদুদি ঐহাক্না ভারতীয় নুপীমচাশিংগা লোয়ন্না লুহোংগনি। ইন্ডিয়নদা নহাক্না পামলিবদু মদু, ব্রাহ্মণ, জৈন নহাক্না পাম্বদু, মদুদা কায়বা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** ইশাগী জাৎ (কময়ুনীটী) দা লুহোংবগী করি কান্নবা লৈবগে, মদু খরা তাকপীয়ু।

**দাদাশ্রী :** ইশাগী কময়ুনীটীগী লোয়ন্বী ওইরগদি অদোমগী স্বভাৱ কী চান্নবা ওইগনি। কনসার (গেহু, ঘীগী অথুম্বা) হাপ্পা ওইরগদি অদোম্না ঘী হেন্না পাম্মী। করিগুম্বা কনাগুম্বা জাতিগী নুপী পুরক্লবদি, মদু ওইরগদি মহাক্না হাপ্পা ওইরোই, অসিগুম্না থুৎ-নেমথনা হাপ্পা থক্তদা মহাক্কী মখুৎতু নাগনি। মরমদুনা মহাক্কী থেৎন্বা স্বভাৱকা লোয়ন্না নুমিৎ চুপ্পা থেংগায়ন্বা ওইগনি অমসুং ঐখোয়গী ওইবশিংদি অসিগুম্না করিসু তৌরোই। খঙলব্রা? মদুগী অতোপ্পদুদি লোন ঙাংলগদি, মদু ওইরগদি মহাকসু য়াম্না শেম-শাবগা লোয়ন্না ঙাংই অমসুং ঐখোয়গী দোষ পুথোকই মদুদি 'নহাক্না ঙাংবা হৈতে।' মদুগা চাংদম্নবদা ঐখোয়গীদি অফবনি করিসু ঙাংলোই, চৈবদি চৈরোইদনা।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায়বা ওই মদুদি ঐখোয়গী জাতি ওইরগদি মদুদা থৎন্বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী জাতিগী ওইরগদি, মদুদসু থৎন্বা থোকই, মসিগী করি মরমনো?

**দাদাশ্রী :** থৎন্বা থোকপা ওই তৌইগুম্বসুং মদুগী সমাধান ওইবা ওই। মহাক্না লোয়ন্না নুমিৎ চুপ্পা নুংঙাইবা ওই অমসুং অতোপ্পগা লোয়ন্নদি নুংঙাইবা ওইদে। পুং অমা পাম্বা ওই অমসুং মতুংদা তল্লকপা ওই। মহাক্না লাকপগা তল্লকপা ওই। ইশাগী জাৎকী ওইরগদি পাম্বা ওই, নত্রগদি পাম্বা ওইদে। মখোয় পুম্বা পেন্দবা ফাওরিদনা, মখোয়গী খুদম হায়রিবনি। মখোয় মীয়াম পুন্নমক য়াম্না শাথিনা লাং-থুখিরম্মী। হৌজিক্তি ইন্টর-কাস্ট মেরিএজ তৌবদা কায়দে, অহান্বদা খরা ৱারম্মী।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী খুত্তা কদায়দা লৈবগে? ঐখোয়গী খুত্তা লৈতেদনা, অমেরিকান লোয়ন্বী লাক্কদ্রা নত্রগা লাক্লোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** খুত্তা লৈতে, মদু ওইজরবসু অসিগুম্না উশিন্নদবা হেক্তা তৌবা য়াব্রা? হায়বগী মথৌ তাইদনা, 'এ! মদুগী অমেরিকান নুপীগা লোয়ন্না নহাক্না চৎকনু! ঐখোয়গী থবক নত্তে।' অসিগুম্না হায়দুনা লৈবা কান্দা মশা-মতোম্তা থক ফাওবা ওইগনি। নত্রগদি মহাক্না থনগনি মদুদি মহাক্কা লোয়ন্না চৎকে, মদুগুম্না মহাক্কা লোয়ন্নসু চৎলি। হায়বদা করি কায়বগে? করিগুম্বা মফম ফৎত্রবদি, মতমদুদা মফমদুদা বোর্ড থেৎলি, 'বিৱের ওফ থীবস' (হুরান্বশিংদগী চেকশিল্লু) অসিগুম্না করিগী তৌরিবনো? মদুদি কনাগুম্বনা চেকশিনগদবা ওইরগদি মহাক্না চেকশিন্নবা। মসি ৱাহৈসি, কান্নব্রা নত্রগা কান্নদব্রা?

মপাগী মায়গেদা শাগে-নাতে কৌবা ওই অমসুং মমাগী মায়গেবু জাতি কৌই। জাতি-শাগেগী য়ানশিন্নবা ওইরগদি সংস্কার লাকপা ওই। জাতি থক ওইরগদি অমসুং শাগে ওইদ্রগদি মতমদুদসু সংস্কার ওইবা ওইদে। শাগে থক ওইরগদি, জাতি ওইদ্রগদি মতমদুদসু সংস্কার ওইবা ওইদে। জাতি অমসুং শাগে অনীমক্কী য়ানশিন্নবা, একজেক্টনেস ওইবা মতমদা সংস্কারি মীওই পোকপা ওই। মসি মায়গে অনীসি পুন্বা ওইরগদি ৱাফমদু মমাং চংশিল্লু, অতোপ্পা ৱাফমদা নুংঙাইবা ওইদে।

হায়বদি মমানা জাতি ৱাংবা ওইগদবনি অমসুং মপানা শাগে ৱাংবা ওইগদবনি। মথোয়গী মচাশিং য়াম্না ৱাংবা ওইগনি। জাতিদা ফত্তবা গুণ লৈতবা অমসুং মপাদা শাগে অৱাংবা প্রজাগী গুণ লৈবা ওই। শাগে ৱাংবশিংনা ঈংতপ্পা অতোপ্পশিংগীদমক কৎথোকপা ওই। মীয়ামগীদমক কৎথোকপা ওই, য়াম্না ৱাংবা শাগে কনানো? নাকন অনীমক্তগী অমাংবা থাংবা-ওইবা। লাকপা মতমদসু থর্চ তৌবা অমসুং চৎথিবা মতমদসু থর্চ তৌবা। নত্রগদি সংসারগী মীয়াম্না করম্না শাগে ৱাংবগে? লৌবা মতমদা মপুংফানা লৌই তৌইগুম্বসুং পীবা মতমদা থরা হেন্না পী, তোল্লা অমা হেন্না পী। মীয়াম্না তোল্লা 40পীরবদি, তৌইগুম্বসুং মশামক্না তোল্লা 41 পী। ডবল শাগে ৱাংবা কনানো? মশামক্না 39 তোল্লা লৌবা ওই, তোল্লা অমা হন্থনা লৌই অমসুং পীবা মতমদা তোল্লা অমা হেন্না পীবা ওই, মদুবু ডবল শাগে লৈবা কৌবা ওই। নকন অনীমক্তগী অমাংবদু থাংগৎলি হায়বদি মফমদুদা করিগী হন্থনা লৌরিবনো? মদু মহাক্কী জাতিগী ওইবশিংনা অৱাবা ওইরি, মহাক্কী অৱাবদু কোক্লন্বা! মসিদসু অফবা ভাৱনা, মদুদসু অফবা ভাৱনা। ঐহাক্না অসিগুম্বা মীওইবু উবা মতমদা করি হায়রমবগে, মসি দ্বাপরয়ুগ লাক্লে।

হৌজিক অৱাংবা শাগে ওইবা অমসুং শাগেগী অহংকার তৌরগদি, মদু ওইরগদি, অনীরকসুবদা মহাকপু অনেম্বা শাগে ফংবা ওই অমসুং ইকায়খুম্নবা থল্লগদি অৱাংবা শাগেদা চৎলি। মসি ঐখোয়না তমথিবা মহৈদুনি, ঐখোয়না খোয়থিবা লৌদুনি। মদুগী গুণদু ফংনবা হোৎন্বগী মথৌ তাদে, *সহজ* (ইরাই-লাইনা) ওইনা ফংবা ওই। মফমদুদা অৱাংবা শাগেদা পোকপা মতমদা, পোকপা মতমদগী অফবা সংস্কার পুম্নমক ফংবা ওই।

মসি পুম্নমক ব্যাবহারদা কান্নবা ৱাফম্নি, মসি জ্ঞানগী ৱাফম নত্তে। ব্যাবহারদা দরকার ওইদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী, অদোম্না অচুম্বা হায়রি। জ্ঞানগী মতোন য়ৌদ্রিফাও য়াউবফাও ঐখোয় ব্যাবহারদা লৈ, মদু ওইরগদি ব্যাবহারদা মসিগী জ্ঞানগী ৱাফমশিংসু কান্নবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, কান্নবা ওইদনা! ব্যাবহারসু ফজনা চৎথবা ওই। 'জ্ঞানীপুরুষ'তা থোইদোক–হেন্দোকপা ওই। 'জ্ঞানীপুরুষ'কী মনাক্তা *বোধকলা* অমসুং জ্ঞানকলা কলা অনীমক লৈবা ওই। বোধকলাসি সুঝতগী থোক্লকপা ওই অমসুং জ্ঞানকালা জ্ঞানদগী থোক্লকপা ওই মরমদুনা মদুদা (জ্ঞানীপুরুষকী মফমদা) ঐথোয়গী সোল্যুশন লাকপা ওই। করিগুম্বা নুমিত্তা অসিগুম্বা ৱারি–ৱাতাই শান্নরগদি মদুদা করি কায়বগে? মসিদা ঐহাক্কী করি অমাংবা ওইবগে? 'দাদা'সু ফম্বা ওই, মহাক্কী করিগুম্বা ফীস লৈতে। ফীস লৈরগদি কায়বা ওইবা।

**ৱাহং–হংলিবা :** পাথং–লৈশাবিশিংনা লুহোংবগী পুক্সিদা থোং–থাংজিন্দ্রিঙৈদা নুপী নত্রগা নুপাদু করম তৌনা খনগদগে অমসুং করি তৌগনি? করি য়েংগনি? গুণ করম তৌনা য়েংগনি?

**দাদাশ্রী :** মদু য়াম্না য়েংবগী মথৌ তাদে। পাথং–লৈশাবিশিং লুহোংবগী মতমদা য়েংবা চৎলগদি অমসুং আর্কষণ(এট্রেক্সন)ওইবা ওইদ্রগদি লেপ্পু। অমসুং করিসু য়েংবগী দরকার ওইদে। এট্রেক্সন ফাওব্রা নত্রগা ফাওদব্রা, মসিথক য়েংউ।

**ৱাহং–হংলিবা :** করম্বা মখলগী এট্রেকসন?

**দাদাশ্রী :** মসি মীৎশিং অসিগী এট্রেকসন ফাওবা ওইবা, মনুংদা এট্রেক্সন ওইবা। বাজারদা করিগুম্বা পোৎ লৈনিংবা ওইগরদি, মতমদুদা মদুগী পোৎতুগী এট্রেক্সন ওইদ্রগদি অদোম্না লৈবা ঙমদে। হায়বদি মদুগী হিসাব ওইরগদি এট্রেক্সন ওইবা ওই। হায়বদি এট্রেক্সন ওইগদবনি।

মসি নোক্লনবগী য়ুক্তি। মরমদি নুপীশিংগী নোক্লবা তৌরি। নুপী য়েংবা চৎপা ওই, মতমদুদা মচানুপানা হায়...অসুম্না চৎলু, মদুগুম্না চৎলু। অসুক য়াম্না নোক্লরিবা!

হৌজিক কালদি নুপানা নুপীশিংবু খনদ্রিঙৈ মমাংদা য়াম্না অশোয়–অঙাম পুথোকই। 'য়াম্না ৱাংই, য়াম্না পীকই, য়াম্না নোয়, য়াম্না পাই, খরা মুই' মচানুপা অমনা অসিগুম্না হায়রম্মী, মদুদা ঐহাক্না কীহল্লম্মী। ঐহাক্না হায়, 'নহাক্কী নমাসু মৌ ওইখিদনা। নংদি করম্বা মখল মীওইনো?' নুপীশিংগী অসিগুম্না য়াম্না থিনা–ইকায়বা পীবা!

করিগুম্বা মীয়াম্না ঐঙোন্দা হায়বা ওইরগদি চৎপীরো, অদোমদা অয়াবা পীরি, অদোম্না মসি ইচানুপাবু হায়নিংবখৈদু হায়বিয়ু। মদুগী নুপা মচাদুনসু হায়রগদি ঐহাকপু হায়গদবশিংদু তাকপীরো, মতমদুদা ঐহাক্না হায়গনি মদুদি ইবুংঙো, 'মসিগী নুপী অসি ইরোইরা, মসিগুম্না য়েংলিবা? ইরোইদি মাইগৈ মরীদগী য়েংবা মথৌ তাই, মসিগী নুপীসিবুসু?'

হৌজিক নুপীশিংনা মসিগী লমন করম কান্দা লৌবগে, মসি খঙব্রা? মসি নোক্লখিবা মদুগী? মসিগী পরিণাম নুপাশিংবু করি ফংগনি মতুংদা?

মসিদি নুপীশিংগী মশীং য়াম্লি, মরমদুনা তোল্লবীশিংগী মমল হন্থখ্রে। মহৌশানা অসিগুম্না তৌহল্লি। হৌজিক মসিগী রিএক্সন করম কান্দা লাক্কনি? লমন করম কান্দা ফংগনি? নুপীশিংগী মশীং হন্থবা মতমদা অমসুং নুপাশিংগী হেঙ্গৎপা, মতমদুদা নুপীশিংনা করি তৌবগে? স্বয়মবর! হায়বদি লুহোংগদৌরিবা অমথক অমসুং মথোয় নুপা ১২০। স্বয়মবরদা পুন্নমক কোয়েৎ-য়েত্তুনা টাইত ওইদুনা লাকই অমসুং মকোয়দা অসিগুম্না নানবা ওই! মহাকপু ঙাইদুনা লৈ মদুদি করম কান্দা ঐঙোন্দা বোরগী কুন্দো হুক্লক্কনি! মহাক্না য়েং-য়েংদুনা লাকপা ওই। মহাক্না খল্লি মদুদি ঐঙোন্দা হুক্কনি, অসিগুম্বা ঙকসু মপান্দা থাংদোকই তৌইগুম্বসুং মহাক্না হুক্তেদনা! মতুংদা করিগুম্বা মহাক্কী থম্মোয় মনুংদগী কনাগুম্বগী মথক্তা লুপ্পা, এট্রেক্সন ওইবা, মহাকপু বোর কুন্দো হুকই। মতুংদা মহাক্না মকোয়দা অসুম্না নানগেরা নত্রগা নানলোইগেরা! মফমদুদা মতুংদা নোক্লবা ওই। মসি নত্তনা পুন্নমক অপং ওইদুবা চৎখিবা ওই মতুংদা, অসুম-অসুম তৌদুনা। মতমদুদা অসিগুম্বা নোক্লবা ওই, মতৌ অসিগুম্না লমন-খুম্বা ওই!

হৌজিক কালদি ১০০% য়োন্থোক-য়োনশিন ওইবা ওইরে, মনতেক্লবা! নুংশিবা কদায়দা লৈবগে, মনতেক্লবা খক ওইরে! নাকন অমরোমদা পৈশা থম্মু অমসুং নাকন অমরোমদা ঐহাক্কী ইচানুপা, মতমদুদা লুহোংগনি অসিগুম্না হায়রি। শেরফলা অমদা পৈশা থম্বা মথৌ তারম্মী, শেরফলগুম্না অরুম্বা ওল্লি।

## 18. মপুরোইবগী সেলেক্সন!

মখা-পোন্না লৈবা, মপুংফানা মখা-পোন্বা! য়েংউ-য়েংউবদা মখা-পোন্বা! মপানা মতমচুপ্পগী য়ুমদা মচানুপীবু থম্বা ওইদে। হায়নৈ, ‘মহাক্তি মহাক্কী মপুরোইবগীময়ুম খক্তদা লেমজবা ওই’ অমসুং মপুরোইবগী ময়ুমদদি পুন্নমক চৈন্নবা খক্কীদমক ফমদুনা লৈ। নংনসু ননেমপোক্তা হায়বা ওইরি মদুদি ‘ইনেমশ্রী, অদোমগী ঐহাক্না করি তৌ হায়গে? ঐহাক্তি ইপুরোইবা খক্তবু পামলম্বনি?’ তৌইগুম্বসুং নত্তে, নুপা মথন্তা লাক্তে, লোয়নন্না লান্মী-তেংগোল লাক্কনি। পুরকউ লান্মী-তেংগোলদুগা লোয়নন্না।

লুহোংবদা অকায়বা লৈতে। লুহোংউ তৌইগুম্বসুং ব্রাথল-খন্থদুনা লুহোংউ মদুদি ‘অসিগুম্না থোলক্কনি।’ অসিগুম্না খন্দুনা মতুংদা লুহোংউ।

কনাগুম্বনা অসিগুম্বা ভাব্র তৌদুনা লাক্লগদি মদুদি ‘ঐহাক্না দীক্ষা লৌগনি নত্রগা ঐহাক্না ব্রহ্মচর্য লৌগনি’ মদু ওইরগদি ব্রাফম অমনি। মসি নত্তনা লুহোংবদগীদি

নান্থোকপা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মমাংদগী পান্দম লেপতুনা লুহোংলগদি মদুদি, মমাংদা অসিগুম্না থোক্কনি মদু ওইরগদি অৰাবা ওইররোই, অঙকপসু ওইরোই। লেপতুনা থোং-থাংজিল্লগদি নুংঙাইবা থক্লি, অসুম্না থন্দুনা, মদুগী মতুংদা অৰাবা থক ফাওবা ওইগনি! লুহোংবদি অৰাবগী সমুদ্রনি। ননেমপোক্কী য়ুমদা চংবা করিগুম্বা অরাইবা পোৎলা? হৌজিক সঙয়োগতগী করিগুম্বা নুপা মতোম্তা ওইবা ওই, করিগুম্বা মহাক্কী মমা-মপা লৈথিদবা ওইরগদি!

করিগুম্বা সিবিলাইজ্ড (সংস্কার) ওইরগদি, মথোয়দি থৎনদে। নুংদাংদা অনীমক তুম্বা ওই, থৎন্বা তৌদে। অন্সিবিলাইজ্ড (সংস্কার লৈতবা) ওইবদুদি, মথোয় মীয়ামদি থৎন্দুনা লৈ, চিন্দা-পাওদন্বা তৌবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক ঐখোয় অমেরিকা নুপামচাশিংগা পার্টীদা চৎতে। মরমদি মদুগী পার্টীদুদা চাবা-থকপা পুন্নমক তৌই। মরমদুনা ঐখোয়না মথোয়গী পার্টীদা চৎপা ওইদে, তৌইগুম্বসুং 'ইন্ডিয়ন' নুপামচাবা পার্টী থম্মী, মদুদা চৎলি অমসুং অমা-অমগী মমা-মপা পুন্নমকপু শকথঙই।

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং মসিদা করি কান্নবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** এনজোয়মেন্ট, নুংঙাইবা ওই।

**দাদাশ্রী :** এনজোয়মেন্ট! চাবদা য়াম্না এনজোয়মেন্ট ওইবা ওই তৌইগুম্বসুং চাবদা করি তৌবা দরকার ওইবগে? মদুবু কন্ট্রোল তৌগদবনি মদুদি 'ইবুংঙো, নহাক্না মসিথক ফংগনি।' মতুংদা মহাক্না তপ্না-তপ্না এনজোয় তৌনা চাই। মসিদি হেন্না কোমথোকপা ওইদনা, মরমদুনা এনজোয় তৌদে। অতোপ্পা করিগুম্বা মফমদা এনজোয়মেন্ট থিবা ওই। মরমদুনা চাবদা হান্না কন্ট্রোল তৌগদবনি মদুদি হৌজিক মসিথক ফংগনি, হেন্না করিসু ফংলোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না ঐখোয়গী ইচানুপা-ইচানুপীমচাশিংবু অসিগুম্বা 'পার্টীশিংদা' চৎহনগদ্রা? অসিগুম্বা পার্টীশিংদা চহী অমদা কয়াম য়াম্না চৎহনগনি?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, নুপীমচাশিংবু মহাক্কী, মমা-মপাগী হায়বগী মতুং ইন্না চৎকদবনি। ঐখোয়গী অনুভাৱশিংগী থিজিন্বনি মদুদি নুপীমচাশিংবু মতম লৈবদা মথোয়গী মমা-মপাশিংগী হায়বগী মতুং-ইন্না চৎকদবনি। লুহোংলবা মতুংদা মপুরোইবগী হায়বা মতুং-ইন্না চৎকদবনি। ইশাগী হায়বগী মতুং-ইন্না তৌরোইদবনি। অসুম্না ঐখোয়গী খঙবা হৈবশিংগী ৱাফম্নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মচানুপাশিংনা মমা-মপা হায়বগী মতুং-ইন্না তৌগদ্রা নত্রগা তৌরোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নুপামচাশিংবুসু মমা–মপাগী হায়বগী মতুং-ইন্না চৎকদবনি, তৌইগুম্বসুং নুপামচাশিংদমক্তি খরা কোম্না থল্লগসু য়াগনি! মরমদি মচানুপানা নুংদাং পুং১২দা চৎনবা হায়রগদি মতোম্তা চৎকনি, মদুদা কায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং নঙোন্দা নুংদাং পুং বারোদা নতোম্তা চৎন্নবা হায়রগদি নতোম্তা চৎকদ্রা?

**ৱাহং–হংলিবা :** চৎলোই, অকীবা ফাওই।

**দাদাশ্রী :** অমসুং নুপামচা ওইরগদি কায়বা ওইদে, নুপামচাবু হেন্না কোমথোক্কদবনি অমসুং নুপীমচাশিংগীদি কোমথোকপা হন্থনা ওইগদবনি, মরমদি অদোম পুং বারোদা চৎপা ঙমদে।

হায়বদি মসি অদোমগী লাক্কদৌরিবা–মতমগী নুংঙাইন্নবগীদমক হায়বনি। লাক্কদৌবা মতমদা নুংঙাইন্নবগীদমক মসি অদোমদা থীংবা ওইরি। হৌজিক অদোম মসিগী প্রোব্লেমদা তারগদি, মদু ওইরগদি লাক্কদৌবা মতমদু মাংহনগনি। অদোমগী লাক্কদৌবা মতমদা নুংঙাইবা মাংগনি। মরমদুনা লাক্কদৌবা মতম শোয়দনবগী মসিগী মরম্না অদোমদা হায়রি মদুদি 'বিৰের, বিৰের, বিৰের(চেকশিল্লু, চেকশিল্লু, চেকশিল্লু)।'

**ৱাহং–হংলিবা :** ঐখোয়গী হিন্দু ফেমিলিশিংদা হায়বা ওইরি, 'মচানুপীদি অতোপ্পা য়ুমদা চৎথিগনি অমসুং মচানুপানা তান্দুনা পীজগনি নত্রগা ঐখোয়গী মতেং ওইগনি।' অসিগুম্বা এক্সপেক্টেসন(অপাম্বা)লৈরগদি, অসিগুম্বা মীৎয়েং থমলগদি অমসুং মচানুপীগী মথক্তা য়ুমগী মীওইশিংনা নুংশিবা থমদ্রবদি মদু ফব্রা?

**দাদাশ্রী :** নুংশিবা থমদে, মসিগী কমপ্লেন তৌরিবী মশামক অরান্বনি। মসিগী বিরোধ তৌবা অসি অরান্বনি। মসিদি জ্ঞান তাদবনি! নুংশিবা থমদবা অসিগুম্বা কনাগুম্বা মমা–মপা লৈবা ওইদে। মসিদি মহাক্লা খঙবা ওইদে, মদু ওইরগদি করি তৌগনি? নুংশিবা থমদে অসিগুম্না হায়রি, মদু ওইরগদি মমা–মপানা কয়াম্না নুংঙাইতবা ফাওগনি করিগুম্বা নহাকপু নুংশিবা তৌদ্রগদি নহাকপু অঙাংওইরিঙৈদগী চাউন্বা-য়োকপা করিদমক?

**ৱাহং–হংলিবা :** মদু ওইরগদি ঐহাক্লা অসিগুম্বা ফীলিং(ভাৱ) করিগী ওইরিবনো মদুদি মমা–মপা নুংশিবা ওইদবা? ঐহাক্লা অসিগুম্বা মীৎয়েং কদায়দগী লাকই?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, পুম্নমক্লা অসিগুম্বা ৱাহংবু তৌরি, করি তৌগনি মসিগী? অপীকপা ওইরগদি খুনিংনা নমদুনা থমগনি, তৌইগুম্বসুং চাউবা ওইরগদি করিবু তৌগনি?

হৌজিক ঐহাক্লা উবা ওই, মহাক্কী মসি বুদ্ধি ফংলিদনা, মপান্দগী বুদ্ধি ফংলিদনা মদু বিপরীত বুদ্ধিনি। মরমদুনা মশামকসু অৱাবা ওই অমসুং অতোপ্পশিংবুসু অৱাবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, হৌজিক কালগী নুপীমচাশিংসু থুনা লুহোংন্বগীদমক শেমশাবা তৌদে!

**দাদাশ্রী :** নুপীমচাশিংনা শেমশাবা ওইদে। য়ারিঙৈ ফাওবা লুহোংবা থুনা তৌরগদি ফৈ। লাইরিক তম্বা লোইবগা অমসুং মসোন্দনা লুহোংলগদি, অসিগুম্না ওইবা য়ারগদি ফৈ। অনীমক পুন্না পাংথোকপা। করিগুম্বা লুহোংবগী মতুংদা চহী অমগী মনুংদা লাইরিক তম্বা লোইবা ওইরগসু কায়বা ওইদে। তৌইগুম্বসুং লুহোংবদা পুনশিন্নরগদি, মদু ওইরগদি ‘লাইফ’ ফজনা হিংগনি, নত্রগদি মতুংদা লাইফ য়াম্না অৱাবা ওইগনি।

ফ্রেন্ডগী মথক্তা মোহ হায়বদি সখী(ইমান্নবিগী)গী ৱাফমরা নত্রগা সখা (ইমান্নব)গী?

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে, অনীমক্কী।

**দাদাশ্রী :** নুপাসু! মকোয়-চোম্বা(পুরুষ)সু!

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, অনীমক।

**দাদাশ্রী :** ফরে। হৌজিক মদুগা লোয়ন্না ঐখোয়না সমভাৱ(নুংশিবসু নত্তবা য়েংথিন্বসু নত্তবা)গা লোয়ন্না লৈয়ু। মদুগী মতমদুদা নহাক্কী ৱাখল মাংলোয়দবনি। মদুগী মতমদুদা জ্ঞান মাংবা ওইরোইদবনি। কনাগুম্বনা ব্রহ্মচর্য় য়াথং ইনগে হায়রগদি, মোক্ষ পাম্বা অদুদি, মদুগী নুপীশিংদু নুপাশিংগী পরিচয় য়ামদনা তৌ, অনিৱার্য়(তৌদবা য়াদবা)কান্দা থক। কনাগুম্বনা মোক্ষতা চৎকে হায়রবদি, মখোয়না মসিখক চেকশিনগদবনি। অসিগুম্না নহাক্লা মান্দব্রা নত্রগা নহাক্লা মানব্রা? নহাক্লা করি মান্বগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, তৌগদবনি।

**দাদাশ্রী :** মোক্ষতা চৎনীংদব্রা নত্রগা হৌজিক য়াগনি অসিগুম্বরা?

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে, মোক্ষতা চৎকনি।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মসিদা করিগী মরুপ শান্নগদৌরিবা? মসিদি লুখাক পুন্নমক!

নুপীশিংগা লোয়ন্না কোয়য়ু-চৎলু, চাউ–থকউ। ঈংনা চীক্লা নুংঙাইউ, পুরুষশিংগা লোয়ন্না নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী, নুপী অমনা হংলি মদুদি ঐখোয়না নুপাশিংগা ‘ফ্রেন্ডলী রিলেশন’(মরুপ মরী)ওইবা, মদু ওইরগসু মমা-মপানা করি চীংন্বা পোকপগে?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নুপাশিংগা লোয়ন্না ফ্রেন্ডলী রিলেশন থম্বা য়াদে। নুপাশিংগা লোয়ন্না ফ্রেন্ডলী রিলেশন পাপনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদা করি পাপনো?

**দাদাশ্রী :** পেট্রোল অমসুং মৈ, অনীমক লোয়ন্না থম্বা য়াদেদনা? মখোয় অনী(নুপা অমদি নুপী)তানজা চাবা য়েংদুনা লৈ। মখোয় থন্বা ওইরি মদুদি করম কান্দা ঐহাক্কী থুত্তা লাক্কনি অমসুং মাংদা লৈরিবনা থল্লি মদুদি মসি করম কান্দা ঐহাক্কী থুত্তা লাক্কনি?! অনিমক শিকার তৌন্বগী তনজা য়েংদুনা লৈ, অনীমক শিকার তৌবা ঙাক্তা!

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায়দনা মদুদি নুপা অমসুং নুপীশিংবু মরুপ শান্নরোইদবনি।

**দাদাশ্রী :** শুংশান শান্ন-রোইদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** শুংশান শান্ন-রোইদবনি, অসিগুম্না হায়বদা মসিদগী মখোয়না পেন্দবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** মদুগী ফ্রেন্ডশিবতু অরোইবদা পোইজনগা চপ-মান্ননা ওইগনি, অরোইবদা পোইজন ওইনা ওইবা ওইগনি। নুপীদুগী শিবগী মতম লাক্কনি, নুপাদুদি করিসু অমাংবা ওইদে। মরমদুনা নুপাগা লোয়ন্নদি লেপ্পসু লেপমিন্নবা তৌরোইদবনি। নুপাশিংগা লোয়ন্না করিগুম্বা ফ্রেন্ডশিব তৌরোইদবনি। নত্রগদি মদুদি পোইজন্নি। লাক্ষ পৈশা পীরবসু মদু ওইরবসু ফ্রেন্ডশিব তৌগনু। মতুংদা অরোইবদা হু থক্কুনা শিবা ওইবা ওই। নুপী কয়া হু থক্কুনা শিবা ওইরি।

মরমদুনা চহী ফাবগা ঐখোয়না য়ুমদা মমা-মপাদা হায়গদবনি মদুদি, ‘‘কনাগুম্বা অফবা মীওইগা লোয়ন্না ঐহাক্কী মরি শেম্বিয়ু, মতুংদা অমুক-হন্না তত্তন্বা অসিগুম্বা পুনশিন্বিয়ু। ঐহাক্কী লুহোংন্বগীদমক হৌজিক নুপা থীবীয়ু।’’ দাদা ভগৱান্না ঐঙোন্দা হায় মদুদি ‘অদোমদা হায়য়ু।’ অসিগুম্না হায়য়ু, ইকায় হায়দুনা লৈগনু। মতমদুদা মখোয়না থঙগনি মদুদি অঙাংশিংগী অপাম্বনি, হৌজিক্তি লুহোংবীরগে। মতুংদা চহী ২গী মতুংদা লুহোংউ, অমগা-অমগা পাম্নদুনা মরি পুনশিল্লু। লুহোংলবা মতুংদা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তা ঐখোয়গী মথক্তা য়েংলরোই। হায়গনি, মহাক্কী মফম লেপখ্রে!

মসিগী ফ্রেন্ডশিব অসি অফবা নত্তে, মীয়ামদি মীনম্বা-নমথক তৌবা ওই। নমান্নবীশিংগা লোয়ন্না মরুপ তৌবা য়াই। নুপাশিংগী ফ্রেন্ডশিব তৌরোইদবনি। লৌনম-নমথাক তৌদুনা চৎথিবা ওই। কনাগুম্বা থাজবা য়াবা নত্তে, পুন্নমক নমথাক্লি। অমত্তফাও অচুম্বা নত্তে। মপান্দা কনাগুম্ববু থাজগনু।

লুহোংথিবনা হেন্না ফৈ, মসিদা-মদুদা লমঙাওদুনা লৈবা মদুদা করিসু ফবা ওইদে। নহাক্কী ইমা-পাবুং লুহোংলবা ওই, মদু ওইরগদি করিগুম্বা অকায়বা লৈব্রা! অসিগুম্না নহাকসু লুহোংবগী মীংদা কীশি-কীশিন্বা, পামদব্রা? ঊচুক্তা কীশি-কীবা(লুহোংবগী মরিদা লৈবা) নহাক্না পামদব্রা? নাম্ভোক্তুনা লৈবা পামব্রা?

নুপীশিংদা ঐহাক্না হায়রি মদুদি লুহোংদ্রিবা করিগীনো? মদুদা হায়, 'করিনো দাদাজী অদোমসু অসিগুম্না হায়রিবা ঐখোয়বু লুহোংম্বা হায়রিবা!' ঐহাক্না হায়, 'মসি সংসারদা লুহোংদনদি য়ারোই, ব্রহ্মচর্যগী য়াথং ইনগনি অসিগুম্না ডিসাইড তৌ অমসুং মদুসু লেংদনা, শুংশোয়-শোয়দনা। অসিগুম্না ওইদ্রগদি লুহোংউ, তৌইগুম্বসুং অনীমক্তগী অমদা লাকউ।' মদুদা হায়বা ওই, 'করিগী লুহোংম্বা হায়রিবনো?' ঐহাক্না হংই, 'করিগী? করি নুংঙাইতবা লৈবগে? কনাগুম্বা অফবা নুপা ফংদব্রা?' মদুদা হায়, 'অফবা নুপা কদায়দা লৈবগে? অপং ঙাক্তনি! মসি অপংসিগা লোয়ন্না করিগী লুহোংগদৌরিবা?' মসিদা ঐহাক্না খংবা ওই। ঐহাক্না হায়, 'মসি নুপীমচাশিংসি করম্বনো? য়েংউনে, হৌজিক্তগী মহাক্কী অসুক্কী মতীক পাৰর পাইরি, মদু ওইরগদি মতুংদা মখোয়বু করম্না পুন্সি লেনগনি, তোল্লবশিংদি?' মরমদুনা নুপামচা কয়ানা ঐঙোন্দা হায়, 'ঐখোয় লুহোংলোই।' নুপীশিংনা করি হায়বগে, 'অপংশিংগা করিগী লুহোংগনি?' ঐহাক্না হায়, 'অসিগুম্না ঙাংগনু। নহাক্কী পূক্নীংদগী, মসি লৌথোকউ মদুদি মহাক অপংনি। মরমদি লুহোংদনদি উপাই লৈতে।' চৎথবা য়ারোই। পূক্নীংদা অপংনি অসিগুম্না চংশ্রগদি মতুংদা মতম চুপ্পদা খৎনবা ওই। মতুংদা নহাক্না মহাকপু অপংগুম্না উদুনত্তা লৈগনি।

সংসার পুন্নমক মোক্ষকী মাইগেরোমদা চৎলি, তৌইগুম্বসুং মোক্ষকীদমক মসি পুন্নমক হেল্পীগ (মতেংদি) ওইদে। মসিদি খৎনা-চৈন্দুনা ওন্না-তৈন্বদা ব্রেক ফাজিল্লি। নত্রগদি মৈশাগী অসিগুম্বা স্বভাব মদুদি হেন্না হেংগৎপা ওই অমসুং নোংবু পুদুনা লাকই। লৈবা মফমদুদগী পুদুনা লাকই। মৈশাগী স্বভাবতি হেন্না হেংগৎপা ওই অমসুং নোং-পুদুনা লাকই। মসি সংসার অসি পাখৎকদবা মদুগুম্বা নত্তে।

মসি সংসারসিগী স্বভাৰতি অসিগুম্বনি মদুদি ঐখোয়বু মোক্ষ রোমদা পুবা ওই। মোক্ষ পুদুনা লাকই। সংসার অদুক্কী মতীক অৱাবা ওইরিমখেঁ, মদুগা চপ-মান্ননা মোক্ষথুনা লাকই। তৌইগুম্বসুং অৱাবা ওইরগদি ঐখোয়না শোয়হল্লোইদবনি,

লেংদনা লৈগদবনি। অচুম্বা উপায় তৌগদবনি, অরান্বা উপায় তৌবদা অমুক-হন্না মখা তাবা ওই। অৱাবা লাকপা মতমদা অসিগুম্না থল্লু মদুদি ঐহাক্কী আত্মাগীদমক বিটামিন ফংলি অমসুং করিগুম্বা নুংঙাইবা ফংলগদি হকচাংগী বিটামিন ফংলি, অসিগুম্না থল্লু। ঐহাক্কা নুংতিগী বিটামিন ফংবা ওই, ঐখোয়দি অসিগুম্না থন্দুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী টেস্ট তৌদুনা মমাংদা চংশিল্লি। অদোমদি মথল অমথক্কী বিটামিনবু বিটামিন হায়রি, মদুদি বুদ্ধিগী বিটামিন্নি। মসি নত্তবদা জ্ঞাননা অনীমকপু বিটামিন হায়রি। মদুগী বিটামিনদু ফৈ মদুদি য়াম্না চানবা লৈরগদি, মদু ওইরগসু মীয়াম্না *তপ* (থাংবা) তৌরি। হাওগদৌবা মনা-মশিং থোংবা, মদু ওইরগসু মীয়াম্না *তপ* তৌরি। *তপ* তৌরি হায়বদি অৱাবা থাংবা ওই মরমদি আত্মাগী বিটামিন ফংন্বা। মসি পুন্নমক অদোমগী তাবদা লাক্তব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, তাবা ওই দাদাজী।

**দাদাশ্রী :** অমসুং মসিগী *তপ*তি য়ুমদা ফমদুনা লৈরবসু মশা-মতোম্তা ফংবা ওই।

লব মেরিএজ পাম্বা য়াবা মদুগুম্বা পোৎ নত্তে। হয়েং মহাক্কী মিজাজ(মওং মতৌ)করম্না ওইগনি, কনানা থঙবগে? মমা-মপানা পাম্বা, মদুবু য়েংউ। নুপা মকোক লৈতবা নত্রগা ডিফেক্ট ওইবদি নত্তেদনা? অপং ওইবা ওইরোইদবনি! অপং ওইববু লৈব্রনে?

ঐখোয়না পাম্বা ওইবা মদুগুম্বা পাম্মী। ঐখোয়গী পূর্ব্বীংনা খোইদবা ওইবা মদুগুম্বা ওইগদবনি। বুদ্ধিগী ঙমখৈদা লাকপা ওইগদবনি। অহংকার এক্সেপ্ট তৌবা ওইবা অসিগুম্বা পাম্মী অমসুং চিত্তপু শুমহৎপা মদুগুম্বা পাম্মী? চিত্তপু শুমহৎপা মদুগুম্বা পাম্মীদনা। হায়বদি মমা-মপানা থিবদু মদুদা কায়বা লৈতে, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়নসু ইশামক্তা য়েংবা মথৌ তাই।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বদা মমা-মপাসু নুপা থিবদা শোয়বসু য়াই?

**দাদাশ্রী :** মখোয়গী অপাম্বদি নত্তে, মখোয়গী অপাম্বদি অফবা ওইন্বগীদমক্কি। মতুংদা শোয়বা ওইরগদি ঐখোয়গী লাইবক্কী তম্বনি। করি তৌবা য়াবগে? অমসুং অদোম করিগুম্বা নিংখা-তম্না থিরগদি মদুদা শোয়ন্বগী মচাকশিং হেন্না লৈ। থুদম পীনিংনিংঙাই য়াম্না লৈ, ফেল ওইন্নবগী।

ঐখোয়গী মহাত্মা অমা লৈরম্মী, মহাক্কী অমত্তা পোকচবা মচানুপা লৈরম্মী। ঐহাক্কা মঙোন্দা হংলম্মী, 'অরে! নহাকপু লহোংগদ্রা নত্রগা লুহোংলোইদ্রা?' মতমদুদা হায়রম্মী, 'তৌগনি দাদাজী।' 'করম্বা নুপীবু পাস তৌগনি?' মদুদা হায়, 'অদোম্না হায়বা মদুগুম্না তৌগনি।' মতুংদা মশামক্তা হায়রম্মী মদুদি, 'ঐহাক্কী মম্মীদি পাস

তৌবদা য়াম্না হৈশিংই।' মখোয়শিংনা ডিসাইড তৌখ্রে, মদু ওইরগদি মম্মীনা পাস তৌবদু য়ারে। অসিগুম্না ওইগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী ইচানুপী অতোপ্পীনা হংলি মদুদি, 'অসিগুম্না করম্না লুহোংগনি, মদু ওইরগদি মতুংদা পুন্সি চুপ্পা শোয়রগনিদনা? অহান্বদা মচানুপাদু ফজনা য়েংবা অমসুং খঙদোকপা ওইবা মদুদি নুপা অসি অফবা ওইব্রা নত্রগা ওইদব্রা, মতুংদা লুহোংবা য়াইদনা!' ঐঙোন্দা অসিগুম্বা ৱাহং হংদুনা লৈ। মদু ওইরগদি মসিগী সোল্যুশন করিনো, দাদাজী?

**দাদাশ্রী :** মীয়াম পুন্নমক্না য়েংদুনা লুহোংবা ওই অমসুং মতুংদা ফুনা-চৈন্বা অমসুং খৎনা-চৈন্বা থোকপা ওই। কনাগুম্বনা য়েংদনা লুহোংবা ওইরগদি, মহাক্কী য়াম্না ফজনা চৎথবা ওই। মরমদি মহৌশানা পীবনি মসি নত্তবদা মদুদদি মশাগী হৈশিংবদু উৎলিদনা।

ঐখোয়গী মহাত্মাগী মচানুপীনা করি তৌবগে? মহাক্কী মপাদা হায় মদুদি, 'ঐহাক্না মসিগী নুপাসি পামদে।' হৌজিক নুপাদু লৈরিক-লাইশু তম্বনি। হৌজিক মদুগী নুপাদু, নুপীগী মমা-মপা পুম্বনা পামলম্মী। মরমদুনা মহাক্কী মপাবুংদুনা ৱাখল-লাংতক্কবা ওইরম্মী মদুদি য়াম্না ৱানা অসিগুম্বা অফবা নুপাসি ফংবা ওইরি অমসুং মসিগী নুপীমচা অসিদি পামদে হায়রি।

মতুংদা মহাক্না ঐঙোন্দা হংলম্মী মতমদুদা ঐহাক্না হায়, 'মদুগী নুপীমচাদুবু ঐহাক্কী নাক্তা কৌরকউ।' ঐহাক্না হায়, 'ইবেম্মা, ঐঙোন্দা তম্মু! করি কায়বগে? ৱাংবা ওইব্রা? নোয়বা ওইব্রা? পাবা ওইব্রা?' মদুদা হায়, 'নত্তে, থরা মুবা ওই।' ঐহাক্না হায়, 'মদুদি ঐহাক্না ঙৌহনগনি, নঙোন্দা অতোপ্পা করিগুম্বা প্রোব্লেম লৈরিব্রা?' মদুদা হায়, 'লৈতে, অতোপ্পা করিসু লৈতে।' মসিদা ঐহাক্না হায়, 'নহাক্না হোয়দা হায়য়ু, মতুংদা ঐহাক্না ঙৌহনগে।' মতুংদা মদুগী নুপীমচাদুনা মহাক্কী মপাদা হায়রম্মী মদুদি, 'অদোম দাদাজী ফাওবা কমপ্লেন তৌব্রা?' মদুদি করি তৌগনি অমুক?

লুহোংলবা মতুংদা ঐহাক্না হংই, 'ইবেম্মা, ঙৌন্নবা সাবুন ওডর তৌরা?' মদুদা মহাক্না হায়, 'নত্তে, দাদাজী, ঙৌবা ওইদা।' মরম লৈতনা ব্লেকিশ, ব্লেকিশ তৌদুনা লৈরম্মী! মদুদি, করিগুম্বা অমুবা তৈরগদি অমুবা উগনি অমসুং হঙ্গামপান তৈরগদি হঙ্গামপান উগনি। তশেংবদদি নুপাদু অফবা ওইরম্মী। ঐহাক্কসু পাল্লম্মী। মহাকপু করম্না নাম্ভোকহনগনি? নুপীমচানা করি থন্বগে, থরা তপ্পা ওই। শেমদোকউ মতুংদা, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা অতোপ্পা ফংলোই!

**ৱাহং-হংলিবা :** ডেটীগ তৌবা পাপ লা? ডেটীগ হায়বদি মসি মীয়াম্না নুপা–নুপীশিংগা লোয়ন্না মপান্দা চৎপা অমসুং নুপীশিংনা নুপাশিংগা লোয়ন্না মপান্দা কোয়বা, মদু ওইরগদি মদু পাপ লা? মদুদা করিগুম্বা কায়বা লৈব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, নুপাশিংগা লোয়ন্না কোয়নবগী অপাম্বা লৈরগদি লুহোংথোকউ। মতুংদা নুপা অমথক্তং পাম্মু, অমথক তংদাংবা লেপকদবনি। মসি নত্তবদা অসিগুম্বা পাপ তৌরোইদবনি। লুহোংদ্রিফাও, মদুফাওবা অদোম্না নুপাশিংগা লোয়ন্না কোয়রোইদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদা অমেরিকাদদি অসুম্না তৌই মদুদি নুপা–নুপীশিংনা চহী ১৪দগী মপান্দা কোয়বা ওই। মতুংদা পূক্নীং লুপ্নদি মদুদা মমাং থাই। মদুদা করিগুম্বা শোয়রগদি, অমগা–অমগা পূক্নীংদা লুপত্রগদি মতুংদা কনাগুম্বগা লোয়ন্না কোয়বা ওই। মহাক্কা লোয়ন্না য়ানদ্রগদি মতুংদা অহুমসুবা অমগা, অসিগুম্না চক্কর চৎথদুনা লৈ অমসুং অমুক্তংদা অনী–অনী, মরী–মরীগসু চৎপা ওই।

**দাদাশ্রী :** দেট ইজ ৱাইল্ডনেস, ৱাইল্ড লাইফ! (মসিদি শারমচৎনি, শাগুম্বা পুন্সিনি!)

**ৱাহং-হংলিবা :** মতমদুদা মখোয়শিংনা করি তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** নুপীনা নুপা অমগী মথক্তা সিন্সিয়র লৈগদবনি অমসুং নুপানা নুপীবু সিন্সিয়র লৈবা, অসিগুম্বা লাইফ ওইগদবনি। ইনসিন্সিয়র লাইফ, মদু রোং লাইফনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক মসিদা সিন্সিয়র করম্না লৈগনি? অমগা–অমগা লোয়ন্না কোয়মিন্নরি, মদুগী মতুংদা নুপা নত্রগা নুপীদু ইন্সিন্সিয়র ওইবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি কোয়বা চৎপা থিংগদবনি! লুহোংগদবনি। আফ্টর ওল ৱী আর ইন্ডিয়ন, নোট ৱাইল্ড লাইফ। (য়েংঙুরগদি ঐখোয় ভারত মচানি, শাগুম্বগী পুন্সি নত্তে)

ঐখোয়গী মসিদদি লুহোংলবা মতুংদা অনীমক পুন্সি চুপ্পা সিন্সিয়রলি লোয়ন্না লৈবা ওই। কনাগুম্বনা সিন্সিয়রলি লৈগে হায়রগদি, মদুগী মমাংদগী অতোপ্পা মীওইগা ফ্রেন্ডশিব তৌরোইদবনি। মসিগী মতাংদা য়াম্না খোংফম–হোংদনা লেপতুনা লৈগদবনি। মহাক্কা কনাগুম্বা নুপাগা কোয়রোইদবনি অমসুং কোয়গদৌবা ওইরগদি নুপা অমথক্কা মফম লেপতুনা মমা–মপা হায়রু মদুদি লুহোংগদৌবা ওইরগদি মহাক্কা লোয়ন্না তৌগনি, ঐহাক্না কনাগুম্বা অতোপ্পগা লুহোংলোয়। ইন্সিন্সিয়র লাইফ ইজ ৱাইল্ড লাইফ। (পুকচেল–শেংদবা পুন্সিদি শারমচৎকী পুন্সিনি।)

চরিত্রা(শাজৎলোন)ফত্তবা ওইবা, নশা-শিজিন্নবা ওইবা, মদু ওইরগদি য়াম্না ৱাবা ওই। নশা-শিন্নবা পামব্রা নত্রগা পামদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** কৈদৌনুংদা পামদে।

**দাদাশ্রী :** অমসুং চরিত্রা অফবা ওইবা তৌইগুম্বসুং নশা-শিজিন্নবা ওইরগদি?

**ৱাহং-হংলিবা :** সিগরেট ফাও য়াবা ওই।

**দাদাশ্রী :** অচুম্বনি হায়রিবদু, সিগরেট ফাও য়াবা ঙমগনি। মতুংদা মমাংদা মহাক্কা ব্রাডীগী পেগ থন্না থক্লগদি মদু করম্না য়াগনি? মদুগী লিমিত লৈদনা অমসুং চারিত্রদি য়াম্না চাউবা পোৎনি। ইবেন্মা, নহাক চারিত্রদা থাজব্রা? নহাক্কা চারিত্র পাম্বা ওইব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু য়াওদনা হিংবা করম্না হিংগনি?

**দাদাশ্রী :** হোয়, য়েংউ! করিগুম্বা মসি থক হিন্দুস্তানগী নুপীশিংনা, নুপীমচাশিংনা থঙলগদি থবক ওইরগনি। করিগুম্বা চারিত্রবু থঙলগদি থবক লোয়রগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী অসুক ৱাংবা ৱাথলশিং অফবা পাবদগী ওইরি।

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা অমা পাবদগী ওইরগসু, অসুক য়াম্না অফবা ৱাথলশিংগী সংস্কারদি ফংলিদনা!

তশেংবদদি মসি নমথাক্লি। অদোম পুন্নমকপু উদব্রা, ঐহাক্তি পুন্নমক উবা ওই, লৌন্ম–নমথাক ঙাক্তনি। অমসুং নমথাক ওইবা, মদুদা নুংঙাইবা কৈদৌঙৈদসু ওইবা ওইদে! মরমদুনা অমনা–অমগী মথক্তা সিন্সিয়র লৈগদবনি। অনীমক্কী লুহোংদ্রিঙৈ মমাংদা শোয়বা ওইরগসু, মদুবু ঐহাক্লা এক্সেপ্ট তৌহনগনি অমসুং মতুংদা এগ্রীমেন্ট (য়ান্নচে) তৌরগদি, মদুদি সিন্সিয়র লৈয়ু। অতোপ্পা মফমদা য়েংগনু। মপুরোইববু পামবা নত্রগা পামদবা, মদু ওইরগসু সিন্সিয়র লৈয়ু। করিগুম্বা ঐখোয়গী ইমা পামদবা ওইরগসু, মহাক্কী স্বভাব ফত্তবা ওইবা মদু ওইরগসু মহাক্কা সিন্সিয়র লৈদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** সংসার ব্যাবহারদা মমাংগী মপোক্তা কর্ম তৌখিবা, মদুগী উদয়(মহৈ) মথা-পোন্না পুন্নমক চৎথবা ওইরি। মদুদা করিগুম্বা প্রপন্চ(খুজিলথৌরাং) নি থঙবা ওই মদুদি ঐঙোন্দা খুশিলথৌরাং তৌরি, মতমদুদা মদুগী ফীবমদুদা 'সমভাব দগী *নিকাল* (লোইশিন্বা)' তৌন্নবগী করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** নুপাদু মবুকচেল-খোয়বা ফংলগদি মঙোন্দগী মতৌ করম্না মায়পক্কনি? মরমদি লাইবক্তা তম্বদু, মদু থাদোকপা ওইদেদনা! করিগুম্বা মসিগুম্না

মান্বা মতমদা মদুদি মসি সংসার ঐখোয়গী অপাম্বগী মতুং-ইন্না চৎপা ওইদে। মতমদুদা ঐহাকপু হায়রকউ মদুদি 'দাদাজী, অসিগুম্বা নুপা ফংলি।' মতমদুদা ঐহাক্না নহাক্কী পুন্নমক খুদক্তা রিপীয়র তৌগনি অমসুং নহাকপু ফজনা লৈন্বা শোজৈসু পীগনি।

ঔরঙগাবাদতা মুস্লিম নুপীমচা অমা লাক্লম্মী। ঐহাক্না হংই, 'করি মীং কৌবগে নহাক্কী?' মদুদা হায়বা ওই, 'দাদাজী, ঐহাক্কী মমীং মশরুরনি।' ঐহাক্না হায়, 'লাকউ, মসিদা ফম্মু ঐহাক্কী নাক্তা, করিগী লাক্লিবনো নহাক?' মহাক্না লাকখি। মসিদা লাকপা মতমদা মহাক্না খোয়দবা ওইখি। মনুংদা ঈংথবা ফাওই মদুদি মসি খুদাগী এসিস্টেন্টগুম্নদি মান্বদি ওই, অসিগুম্নদি মাল্লি মতুংদা ফমখ্রে। মতুংদা অতোপ্পা ৱাফমশিং থোক্লকই।

মতুংদা ঐহাক্না হংই, 'করি তৌবগে নহাক?' মহাক্না হায়, 'ঐ লেকচররনি।' মসিদা ঐহাক্না হংই, 'লুহোংলবো নত্রগা হোংদ্রিবো?' মদুদা হায়, 'হোংদ্রি, লুহোংবা ওইদ্রি, তৌইগুম্বসুং মাংগোন কাবদি ওইরে।' ঐহাক্না হায়, 'কদায়দা তৌবগে, মুম্বৈদা?' মদুদা হায়, 'নত্তে, পাকিস্তানদা।' 'করম কান্দা তৌগনি?' মদুদা হায়, 'থা ৬রক্কী মনুংদা।' ঐহাক্না হায়, 'কনাগা লোয়ন্না? নুপা করম্বা থীবগে?' মদুদা হায়, 'লোয়েরনি।'

মতুংদা ঐহাক্না হংই, 'মহাক্না মপুরোইবা ওইদুনা নহাকপু করিগুম্বা অৱাবা পীরোইদনা?' হৌজিক নঙোন্দা করিগুম্বা মখলগী অৱাবা লৈতে অমসুং নপুরোইবা ফংন্নবা হোৎনরগা অমসুং নপুরোইবনা অৱাবা পীরগদি?' ঐহাক্না হায়, 'মহাক্কা লুহোংলবা মতুংদা নহাক্কী করি য়োজননো? মহাক্কা লোয়ন্না লুহোংদ্রিঙৈ মমাংদা নহাক্কী করিগুম্বা য়োজনা লৈরমগনিদনা মদুদি মহাক্কা লোয়ন্না করম্না লৈগনি নত্রগা য়োজনা তৌদ্রা? মফমদুদা লুহোংলবা মতুংদা করি তৌগনি মদুগীদমক করিগুম্বা শেমশাবা নহাক্না তৌরমগনি, মদুদি লুহোংলবা মতুংদা মদুগী লোয়র(উকীল)গা লোয়ন্না নহাক্কী মোৎ-চান্নগদ্রা নত্রগা চান্নরোইদ্রা?' মদুদা মহাক্না হায়, 'ঐহাক্না শেমশাদুনা পুন্নমক থল্লি। মহাক্না অসিগুম্না ঙাংলগদি ঐনা অসিগুম্না পাওখুম পীগনি। মহাক্না অসিগুম্না হায়রগদি ঐনা অসিগুম্না হায়গনি, মহাক্না অসিগুম্না হায়রগদি, ৱাহৈ খুদিংকী পাওখুম ঐগী নাক্তা শেমদুনা লৈ।'

রশিয়ানা অমেরিকাগী মমাংদা লালথেংন্বগী শেমশাদুনা তৌবগুম্না, মদুগুম্না শেমশাদুনা থল্লম্মী। নাকন অনীমক্তগী মপুংফানা শেমশাবা! মদুদি মোৎ-খেৎন্নবগী থক শেমশাদুনা থল্লম্মী। মহাক্না থৎন্দ্রিঙৈ, মদুগী মমাংদা মসিগী বোমসি পোখায়হনগনি! মহাক্না অসিগুম্না চুরগদি ঐনা অসিগুম্না চুবা। হায়বদি মফমদুদা চৎত্রিঙৈদা মমাংদা ফুনবা-চৈনবা তৌন্নবগী শেমশাইদনা! মহাক্না মশোমদা টেন

কাপ্লগদি, মতমদুদা ঐনা মদোমদা রোকেট থাদোক্কনি। ঐহাক্না হায়, ‘মসিদি নহাক্না কোল্ড ৱারদু নহাক্না হৌবা ওইরে। মদু করম কান্দা ঈংথগনি?’ কোল্ড ৱারবু লোইবা ওইব্রা? মসি য়েংউনে, অচৌবা লোইলম ঙাকপশিংনা কদায়দা থিংবা ওইবগে, রশিয়া–অমেরিকাগী?

মসিগী নুপীশিংসিনা অসিগুম্না পুন্নমক থল্লি, মথোয়না শেমশাদুনা থম্মী মসিগুম্না। মসি নুপাদি তোল্লবা অচম্বনি! নুপানা অসিগুম্বা পুন্নমক তৌদে অমসুং মদুগী পুংফমদুদা চৈনা ফংবা ওই, চমমিদনা!

মসি অদোম্না হায়রিদনা, প্রপন্চ(খুজিলথৌরাং)গী মমাংদা করিবু শেমশাগদগে? তৌইগুম্বসুং মদুগী নুপীদুনা শেমশাবা পুন্নমক থল্লম্মী, বোম্বার্ডিগ করম কান্দা অমসুং করম্না তৌগনি! মহাক্না অসিগুম্না হায়রগদি এটেক, মদুগুম্না ঙাংলগদি অসিগুম্না এটেক। ‘তৈয়ারি পুন্নমক তৌদুনা থম্মী হায়রম্মী!’ অদুগা মরক্তা ঐহাক্না মঙোন্দা হায়রম্মী, ‘মসি পুন্নমক নঙোন্দা কনানা তাকপগে? চৎখ্রো মপান্দা হায়রক্কনি অমসুং তলাক পীগনি!’ তলাকসু পীগদ্রা নত্রগা পীরোইদ্রা? ঐহাক্না হায়খি মদুদি মসিগুম্নদি থা ৬থক্তা তলাক ওইগনি, নহাক্না তলাক লৌগদ্রা? মসিগী মওংসি অরান্বনি। মতুংদা ঐহাক্না মঙোন্দা হায়রম্মী, ‘নহাকপু তলাক পীদন্বা, মরমদুনা ঐহাক্না নহাকপু মসি পুন্নমকসি তাকপীরি।’

মসিগী মথক্তা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, ‘দাদাজী, অসিগুম্না তৌদ্রগদি করি তৌগনি? নত্রগদি মহাক্না ঐহাকপু নমথবা ওইগনি।’ ঐহাক্না হায়, ‘মহাক্না করিবু নমথগদৌরিবা? তোল্লবা খুঙ(শান্নপোৎ–উংন্বা)নি! মহাক্না নহাকপু করি নমথগদৌরিবা?’

মতুংদা ঐহাক্না হংই, ‘ইবেম্মা, ঐহাক্না হায়বা য়াগদ্রা? নহাক্না নুংঙাইনিংব্রা নত্রগা ৱানিংব্রা। মসি নত্তনদি নুপীশিং পুন্নমক্না শেমশাদুনা নুপাগী মনাক্তা চৎথিবা, মথোয়দু অরোইবদা অৱাবা ওই। নহাক্না ঐহাক্না হায়বগী মতুং ইন্না চৎলু, করিগুম্বা তায়ারি অমত্তা তৌদনা চৎলু।’ মতুংদা মহাকপু জ্ঞান তাহল্লম্মী।

য়ুমদা নুংতিগী থৎন–চৈনরগদি উকিলনা হায়গনি, ‘চৎহনখ্রো, মসিদগী ফবা অতোপ্পা পুরক্কে।’ মদুদা মতুংদা মসি টিট ফোর টেট (তৌথোক্লকপা মদুগুম্না মহৈ পীবা)ওইগনি। নুংশিবগা লোয়ন্না য়ান্নগদৌবদুদা, মদুদা অসিগুম্বা য়ান্নবসি করিগী তৌগনি?

**ৱাহং–হংলিবা :** নুংশিবগী।

**দাদাশ্রী :** নুংশিবগী! ফনমক অশক্তি(লুপশিন্ব)দগী ওইরগসু তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা নুংশিবগুম্বদি লৈদনা! মদুদা য়েংথিন্বদি ওইদেদনা! ঐহাক্না হায়, ‘অসিগুম্না

তৌরোইদবনি। নং লাইরিক-লাইসু হৈবীনি মরমদুনা অসিগুম্বা তায়ারি তৌদুনা থম্লি? মসিদি ৱাবনি? মসি হিন্দুস্তান অমসুং পাকিস্তানগী ৱাররা? সংসারদা পুম্নমক মসি তৌদুনা লৈ। মসিদা নুপা নুপীশিং পুম্নমক্না মসি তৌরি। মতুংদা অনীমক্কী পুন্সি অমাংবা ওই।' মতুংদা মহাকপু মখল কয়াদগী ভাপ তাহল্লি।

নপুরোইবগা লোয়ন্না মসিগুম্না শাজৎলোন থমগদবনি। মসিগুম্না হায়বদি মহাক্না খোয়না চৎলগদি নংনা চুম্না চৎলু। মদুগী সমাধান তৌগদবনি, সোল্যুশন পুথোক্কদবনি। মহাক্না থৎন্নবগী তায়ারি ওইরগদি মতমদুদা নংনা এক্তা(অমত্তা ওইনা) থম্মু। মহাক্না থায়দোক্লগসু অদোম্না এক্তা থম্মু। মহাক্না হঞ্জিন-হিঞ্জন থায়দোক্লবগী ৱাফম তৌরগদি, মদুগী ফীভমদুদসু নংনা হায়য়ু মদুদি 'ঐখোয় অমত্তনি।' মরমদি মসি পুম্নমক রিলেটিব মরিনি। মহাক্না মরি থুগায়বা অমসুং নংনসু থুগায়রগদি তৎপা ওইগনি হয়েং অয়ুক। হায়বদি তলাক পীগনি। মদুদা হংই, 'ঐহাক্না করি তৌগনি?' ঐহাক্না মঙোন্দা জ্ঞান তাহল্লি, মহাক্কী মুড য়েংদুনা ব্যাবহার তৌন্নবা হায়, করিগুম্বা মুডতা লৈত্রগদি মতমদুদা নং পুক্নীংদা 'অল্লাহ'গী মমীং লৌদুনা লৈয়ু অমসুং মুড ফবা মতমদা মহাক্কা লোয়ন্না ৱারি-ৱাতাই শাউ। মহাক্না মুডতা লৈতবা অমসুং নংনা শাউম্বা তৌরগদি মৈ হৌগনি।'

নহাক্না মহাকপু নির্দোষ য়েংগদবনি। মহাক্না নহাকপু ওন্না-তৈন্বা হায়রগদি মদু ওইজরবসু নহাক্না ঈংথনা লৈয়ু। অশেংবা নুংশিবা ওইগদবনি। অশক্তিদদি থা ৬–১২দা মতুংদা তৎপা ওইগনি। নুংশিনা থাংদুনা ঈংথবা ওইগদবনি, এডজস্টেবল ওইগদবনি।

মশরুরবু ঐহাক্না অসিগুম্না লাইরিক তম্বিখি। ঐহাক্না হায়, 'নংনা করিসু তৌগনু, করিগুম্বা মহাক্না অশোমদা তেন কাপলগদি মতমদুদা ইশাগী লেংদবা থমদুনা 'দাদা, দাদা' নাম শোন্দুনা লৈয়ু। নংনা তেন অমত্তা কাপকনু।' মতুংদা ঐহাক্না বিধি তৌখি।

মতুংদা হংখি মদুদি 'নহাক্কী নুপাময়ুমদা কনা–কনা লৈবগে?' মদুদা হায়, 'ঐগী ইনেমপোক লৈ।' ঐহাক্না হংই, 'ননেমপোক্না নং অসিগুম্না এডজস্টমেন্ট তৌগদ্রা?' মদুদা হায়রম্মী, 'মদুগীসু ঐনা ময়োক্লরগনি।'

মতুংদা ঐহাক্না মহাকপু জ্ঞান তাহল্লম্মী। মতুংদা মহাক্না হায়, 'হোয়, দাদাজী, ঐহাক্না মসিগী ৱাফমশিং পুম্নমক পাম্মী।' 'নংনা অসিগুম্না তৌ মদু ওইরগদি তলাক পীরোই অমসুং ননেমপোক্কসু য়াগনি।' মতুংদা মহাক্না চন্দনগী মালা অমা হুক্লম্মী। ঐহাক্না হায়, 'মসিগী মালা অসি নহাক্না পুথো অমসুং নহাক্কা লোয়ন্না থম্মু। মালাগী

দর্শন তৌরবা মতুংদা নপুরোইবগা লোয়ন্না নহাক্কী ব্যাবহার চৎথৌ, মদু ওইরগদি য়াম্না ফজনা চৎকনি। মহাক্কা মদুগী মালাদু ঙসি ফাওবা মশাগী মনাক্তা থম্লি।'

মঙোন্দা চরিত্রবল(শাজৎলোন ৱাংবা)গী ৱাফম হায়রম্মী মদুদি 'মপুরোইবনা করিগুম্বা ঙাংলগদি, নংবু করিগুম্বা ঙাংলগসু, মতমদুদসু নং তুমিন্না লৈদুনা, ঈংথবা ভাৱদা লৈরগদি, মদু ওইরগদি নঙোন্দা চরিত্রবল ফাওগৎপা ওইগনি অমসুং মদুনা মঙোন্দা প্রভাব লৈগনি। উকিল ওইরগসু। মহাক্কা করিগুম্বা অমা হেক্তা চৈরগসু, মতমদুদা 'দাদা'গী মীং লৌ অমসুং লেংদনা লৈয়ু। মহাক্কী পূক্নীংদা ফাওগনি মদুদি মসি করম্বা নুপীনো! মসিদি মাইথিবা শুংওই ওইদে! মতুংদা মহাক মাইথিবা ওইগনি।' মতুংদা মহাক্কা অসিগুম্না চপ-মান্না তৌই, নুপীমচাদু মসিগুম্বনি। দাদাগুম্বা তম্বীবা ওইবা ফংবা ওইরগদি মতুংদা করি লেমহৌগনি? নত্রগদি অহান্বা এডজসমেন্ট অসিগুম্না ওইরম্মী, রশিয়া অমসুং অমেরিকাগুম্বা। মদুদা বটন(শুই) নম্বগা চাক্কদবা পুন্নমক, খুদক্তা। মসিবু মীওইবা ওইবগী শাজৎলা? করিগীদমক কীরিবনো? পুক্নিসি করিগীদমক্কী ওইরিবনো? করিগুম্বা সঙয়োগসু অসিগুম্না ওইরগদি, মতমদুদা করি তৌগনি মতুংদা?

কনাগুম্বনা মাইপাকন্নবগী তায়ারি তৌইদনা, মসিদগী চরিত্রবল 'লুজ'(শোন্বা) ওইবা ওই। ঐহাক্কা অসিগুম্বা করিগুম্বা মখলগী তায়ারি তৌদে। চরিত্রগী উপয়োগ, অদোম্না তয়ারি হায়না খঙনরিবদু, তৌইগুম্বসুং মদুদগী অদোমদা চারিত্রবল লৈবদু 'লুজ' ওইবা ওই অমসুং করিগুম্বা চারিত্রবল লোইবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি নহাক্কী নপুরোইবগী মমাংদা নহাক্কী মমল লৈররোই। মসিগুম্না মদুগী নুপীমচাদুগী ফজনা খঙবা ওইখ্রে। মতুংদা ঐঙোন্দা হায় মদুদি 'দাদাজী, হৌজিক ঐ কৈদৌঙৈদা মাইথীররোই, অসিগুম্বা গেরেন্টি পীগে।'

ঐখোয়দা কনাগুম্বনা প্রপন্চ(খুজিলথৌরাং) তৌরগদি অমসুং পাওথুমদা ঐখোয়নসু মদুগুম্না তৌরগদি ঐখোয়গী চরিত্রবল মাংবা ওইগনি। কনাগুম্বনা খুজিলথৌরাং তৌবা য়াবা তৌরগসু তৌইগুম্বসুং মশাগী খুশিল-থৌরাংদুদা মশামক মদুদা লাংদা-থুবা ওই। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা অদোম্না তয়ারি তৌবা চৎলগদি, মতমদুদা অদোম ইশামক মহাক্কী খুশিলথৌরাংদা লাংদা-থুগনি। ঐহাক্কী মাংদদি মীয়াম কয়ানা খুশিলথৌরাং তৌথি তৌইগুম্বসুং মদুগী খুশিলথৌরাং তৌবদু লাংদা-থুথি। মরমদি ঐহাক্কা থজিক্তং ফাওবা মদুগী মরমদা করিগুম্বা ৱাখল অমত্তা ফাও লাক্তে। নত্রগদি করিগুম্বা মহাক্কী ময়োকন্নবগী তয়ারি তৌন্নবগী ৱাখল লাক্লগদি, মদু ওইরগসু ঐখোয়গী চরিত্রবল মাংবা ওই, শীল্ৱান ওইবদু মাংথিবা ওই।

*শীল্বান* হায়বদি করিনো? মদুদি মহাক্লা তাথীবা-ৱাহৈনা চৈন্নবগী লাকপা তৌইগুম্বসুং মসিদা লাক্তুনা তুমিন্না ফম্লবদি। ঐহাক্লা হায় মদুদি 'করিগুম্বা থরা হায়বিয়ু, হায়বিয়ু', তৌইগুম্বসুং মঙোন্দগী ৱাহৈ অমফাও ঙাংবা ঙমদ্রগদি। মদু শীলগী প্রভাবনি! করিগুম্বা ঐখোয়না ৱাহৈ অমফাও মমাংদা ঙাংব্বা তায়ারি তৌরগদি, মদু ওইরগদি *শীল* মাংবা ওই। মরমদুনা তয়ারি তৌগনু। কনাগুম্বনা হায়নীংবখৈদু হায়য়ু। 'পুন্নমক্তা ঐহাক্কি' হায়য়ু। (আত্মাশক্তমদগী পুন্নমক্কা লোয়ন্না অভেদ(খেৎন্দবা)নি)

খুজিলথৌরাংগী মমাংদা তায়ারি তৌবদা ঐখোয়না অনৌবা খুজিলথৌরাং শেম্বা মথৌ তাই অমসুং মতুংদা ঐখোয় সিল্প(খুদিথিজিন্বা) ওইবা ওই। হৌজিক ঐহাক্কী নাক্তা মদুগী শস্ত্রদুদি লৈতেদনা! মহাক্কী মনাক্তদি মদুগী শস্ত্রদু লৈ, মরমদুনা মহাক্লা শিজিন্নসনু! তৌইগুম্বসুং মদু 'ব্যাবস্থিত'নিদনা! মরমদুনা অরোইবদা মহাক্কী শস্ত্র মহাকপু পাল্লি, অসিগুম্বা 'ব্যাবস্থিত'নি!

মহাক্লা য়াম্না ফজনা খঙখ্রে। দাদাজীনা ড্রোইঈগ তৌখ্রে। ঐঙোন্দা হায়রম্মী, 'অসিগুম্বা ড্রোইঈগ হায়বা পামব্রা?' ঐহাক্লা হায়, 'হোয়, অসিগুম্বা ড্রোইঈগ।'

মতুংদা নুপীমচাদুনা মমা-মপাদা ৱাফম হায়রম্মী। মহাক্কী ৱাফমদু তাবগা মহাক্কী মপা ডাক্টর ওইবদু, মখোয় দর্শন তৌন্নবা লাকই।

য়েংউ, অসিগুম্বা দাদাজীবু করিগুম্বদা থেংথব্রা? মশরুরনা লাকপা ওইগদবনি মসিদা! লাক্লগদি ওপেরেশন ওইরে ফৎ-ফৎ! য়েংউ, মফমদুদা নুমিৎ খুদিংগী 'দাদাজী' নুংতিগী নীংশিংলিদনা!

পুন্নমক্কী থবক লোইশিন্বা ওই। ঐহাক্কী ৱাহৈ অমম্ম খুদক্তা সোল্যুশন পুরকপা ওই। মদু অরোইবদা মোক্ষ ফাওবা পুবা ওই! হৌজিক মসিথক 'এডজস্ট এবরীৱেহর' তৌদুনা লৈয়ু।

## 19. সংসারদা নুংঙাইবগী সাধনা, সেবাদগী

মমা-মপাগী দোষ য়েংবা মীওইদুনা, মঙোন্দা কৈদৌঙেদা নুংঙাই-য়াইফবা ওইবা ঙমদে। ওইবা য়াই পৈশা পাইবা, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী আধ্যাত্মিক চাওখৎপদি কৈদৌনুংদা ওইদে। মমা-মপাগী দোষ য়েংলোইদবনি। মহাক্কী উপকারদি কাওবা করম্না ঙমগনি? কনাগুম্বনা চা-পীথকপা ওইরগসু মহাক্কী উপকার কাওদে, মদু ওইরগদি ঐখোয় ইমা-ইপাগী উপকার করম্না কাওগনি?

নংনা খঙলব্রা? হোয়, হায়বদি নহাক্লা মখোয়গী উপকার লৌগদবনি, মমা-মপাগী সেবা য়াম্না তৌগদবনি। মখোয়না ওন্না-তৈন্না ঙাংলগদি ধ্যানদা লৌরোইদবনি।

মখোয়না ওন্না–তৈন্না ঙাংলগসু তৌইগুম্বসুং মখোয়দি অহলনিদনা! নহাক্নসু ওন্ন–তৈন্না ঙাংগদ্রা?

**ৱাহং–হংলিবা :** ঙাংলোই। তৌইগুম্বসুং ঙাংখোকখ্রবদি মদুগী করি তৌগনি? মিস্টেক ওইবা ওইরগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** হোয়, করিগী নাল্থুদ্রিবনো? মরমদি মদুদা জাগ্রুত লৈবা ওই অমসুং খুদিথিজিল্লবদি পাবুংনসু খঙবা ওই মদুদি মসি তোল্লবা খুদিথিজিল্লে। মসিদি খঙনা–খঙনা নংনা অসিগুম্না তৌন্নবা চৎলগদি, ‘নংনা মসিদা করিগী খুদিথিজিল্লিবনো?’ মদুগী ঐহাক্না পাউখুম নীরি। চুমব্রা নত্রগা লানব্রা? সমভাৱ লৈরিবমথৈ মতমদুফাও অসিগুম্না ওইরোইদবনি, মদু ওইরগসু করিগুম্বা নংনা করিগুম্বা অসিগুম্না তৌরগদি, মতমদুদসু খঙগনি মদুদি ‘মহাক্না অসিগুম্বা তৌবা ঙম্লোই।’

ইমা–ইপাবু নুংঙাইনা থম্মু। মখোয়না নংবু নুংঙাইনা থম্নবগী হোৎনব্রা নত্রগা হোৎনদব্রা? নংনা মখোয়বু নুংঙাইহন্নবগী অপাম্বা লৈতব্রা?

**ৱাহং–হংলিবা :** হোয়, তৌইগুম্বসুং দাদাজী, ঐহাক্না অসিগুম্না থল্লি মদুদি মখোয়না হন্না–হন্না ঙাংবগী হৈন্বী ওইরে।

**দাদাশ্রী :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মদুদা নহাক্কী মরালনি, মরমদুনা ইমা–ইপানা অৱাবা ওইরি, মদুগী প্রতীক্রমণ তৌগদবনি। মখোয়না অৱাবা ওইরোইদবনি, ‘ঐহাক্না নুংঙাইবা পীবা লাক্লি’ অসিগুম্না অদোমগী পূক্নীংদা ফাওগদবনি। ‘ঐহাক্কী করম্বা অরান্বা ওইবগে মদুদি ইমা–ইপাবু অৱাবা ওইরিবা’ মখোয়না অসিগুম্না ফাওবা ওইগদবনি।

পাবুংদি ফত্তবা মান্দব্রা? অসিগুম্না মান্বা মতমদা করি তৌগনি? তশেংবদি ফত্তবগুম্বা মসিগী মালেম অসিদা করিগুম্বা অমত্তা লৈতে। ঐখোয়না ফংলিবথৈদু, মদু পুন্নমক অফবা পোৎ ওই মরমদি ঐখোয়গী লাইবক্তগী ফংবা ওই। ইমা ফংবা, মদুসু অফবনি। মুবা–থীবা অমবু ওইরগসু, মদু ওইজরগসু ইশাগী ইমা থক্না ফৈ। মরমদি ঐহাক্না লাইবক্তগী ঐহাক্না ফংবা মদু অফবা। করিগুম্বা হোংদুনা অতোপ্পা পুরকপা য়াব্রা?

**ৱাহং–হংলিবা :** য়াদে।

**দাদাশ্রী :** ৱাজারদা অতোপ্পা ইমা ফংদে? অমসুং ফংলগসু করিসু কান্নবা ওইদে? অঙৌবা পাম্বা ওই মদু ওইরগসু ঐখোয়গীদমক করি থবক্কী? হৌজিক লৈরিবদু, মদু ফবনি। অতোপ্পগী অঙৌবা ইমা য়েংদুনা ‘ঐগী ফত্তবনি’ অসিগুম্না হায়রোইদবনি। ‘ঐহাক্কী ইমাদি য়াম্না ফৈ’ অসিগুম্না হায়গদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** পাপাগী করি থমগনি?

**দাদাশ্রী :** পাপাগী? মহাক্না নুংঙাইগদবা, মদুগুম্বা ব্যাবহার মহাক্কা লোয়ন্না তৌ। নুংঙাইহন্বা হৈতৱ্রা? মহাক্না নুংঙাইগদবা মদুগুম্না তৌ।

ইমা–ইপা হায়বদি ইমা–ইপা। মসি সংসারদা খ্বাইদগী হান্না সেবা তৌবদা মতীক-চাবা কনাগুম্বা লৈরগদি মখোয়দু ইমা-ইপানি। মখোয়গী সেবা তৌগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, সেবা তৌজরি। য়ুমগী থবক্তা মতেং-পাঙই।

**দাদাশ্রী :** শান্তিগীদমক করিতৌগনি? পুন্সিদা শান্তি পুরক্লিংব্রা নত্রগা পুরক্লিংদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** পুরক্লিংই।

**দাদাশ্রী :** পুরকহনগনি, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বদা ইমা–ইপাগী সেবা তৌব্রা? ইমা–ইপাগী সেবা তৌবদগী শান্তি মাংবা ওইদে। তৌইগুম্বসুং হৌজিক কাল পুকচেল শেংনা মমা–মপাগী সেবা তৌদে। চহী ২৫–৩০ওইবগা অমসুং ‘গুরু’(লোয়ন্বী)লাকপা, মতমদুদা হায় মদুদি ‘ঐহাকপু অনৌবা য়ুমদা পুবীয়ু।’ অদোম্না ‘গুরু’ উরব্রা? চহী ২৫–৩০গী চহীদা ‘গুরু’ ফংবা ওই অমসুং ‘গুরু’ ফংবদা পুন্নমক হোংবা ওই। গুরুনা হায়গনি মদুদি ‘ইমাদি অদোম্না খঙদে।’ মহাক্না অহান্বদা ধ্যান পীদে। অহান্বদদি তাশিন্নদবা ওই, তৌইগুম্বসুং ২–৩রক হায়বদগী মতুংদা তপ্না–তপ্না মহাক্না জ্ঞান মাংবা ওই।

অশেংবা ভাৱদগী মমা–মপাগী সেবা তৌরগদি মহাক কৈদৌনুংদা অশান্তি ওইদে, মসিগুম্বা জগতনি। মসি জগতসি উশিন্নদনা তৌবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে। মদুদা মীয়াম্না ৱাহং হংলি মদুদি মচানুপাদুগী দোষনিদনা! মচানুপানা মমা–মপাগী সেবা তৌদে, মদুদা মমা–মপাগী করি মরাল? ঐহাক্না হায়, ‘মহাক্না মমা–মপাগী সেবা তৌখিবা ওইদে, মরমদুনা মহাক্নসু ফংবা ওইদে।’ মসিগী চৎনবী অসি লান্বনি। হৌজিক অনৌবা মওংদগী হৌন্বীসিদগী নানথৈদুনা চৎলগদি অফবা ওইগনি।

অহল ওইরবশিংগী সেবা তৌবদগী ঐখোয়গী বিজ্ঞানদা মাংজিন থাই। মুর্তিশিংবু সেবা তৌবা য়াব্রা? মুর্তিশিংগী মখোং থাওইনা নাব্রা? সেবাদি মমা–মপা, অহল ওইরবশিং নত্রগা গুরু, মখোয়গী তৌগদবা ওই।

মমা–মপাগী সেবা তৌবনা ধর্মনি। হিসাব অমবু ওইরগসু তৌইগুম্বসুং সেবা তৌবনা ঐখোয়গী ধর্মনি। ঐখোয়না ঙল্লিবমথৈ ধর্মগী য়াথং ইল্লিবমথৈ, ঐখোয়না মদুথৈ নুংঙাইবা ফংগনি। অহল ওইরবশিংগী সেবাদি তৌগনি, তৌইগুম্বসুং অদুগা লোয়ন্না ঐখোয়না নুংঙাইবা ফংবা ওইগনি। মমা–মপাবু নুংঙাইবা পীরগদি, মদু

ওইরগদি ঐখোয়না নুংঙাইবা ফংগনি। মমা–মপাগী সেবা তৌবা ওইবা মীওই কৈদৌনুংদা অৱাবদা লৈবা ওইদে।

য়াম্না চাওবা আশ্রম অমদা ঐহাক্না ইবুংঙো অমা থেংনরম্মী। ঐহাক্না মঙোন্দা হংলম্মী, 'অদোম মসিদা করম্না?' মদুদা মহাক্না হায়রম্মী, 'ঐনা মসিগী আশ্রমসিদা মমাংগী চহী ১০দগী লৈরি।' মদুদা ঐহাক্না মঙোন্দা হায়, 'অদোমগী ইমা–পাবুং থুঙ্গংদা অরোইবা অবস্থাদা (ফীবমদা) য়াম্না লাইরদুনা অৱাবা ওইরি।' মদুদা মহাক্না হায়, 'মদুদা ঐহাক্না করি তৌগনি? ঐনা মথোয়রোমদা ধ্যান তৌরগদি, ঐগী ধর্ম লৈহৌরগনি।' মসিবু ধর্ম করম্না কৌগনি? ধর্মদি মদুনি মদুদি মমা–মপাগী ঈ-পাউ হংবা, মচীন–মনাওশিংগা অফবা ব্যাবহার থমবা, পুম্নমক্কা লোয়ন্না অফবা ব্যাবহার তৌবা। ব্যাবহার আদর্শ ওইগদবনি। মশাগী ধর্মবু উশিৎত্না য়েংবা মদুগুম্বা ব্যাবহার, মমা–মপাগী মরিবুসু ইন্থোকপা, মদুবু ধর্মনি করম্না হায়গনি।

ঐহাক্কসু ইমাগী সেবা তৌখি। চহী ২০গী মতম ওইরম্মী। হায়বদি ইমাগী সেবা ফংখি। পাবুংবু লেংজুমদা পুখি, মদুখক সেবা ওইখিরম্মী। মতুংদা হিসাব খঙবা ওইখি মদুদি অসিগুম্নদি পাবুং কয়া(মমাংগী মপোক্তা)ওইখ্রে। হৌজিক করি তৌগনি? পাউখুম ফংখি, 'লৈরিবদুগী সেবা তৌ।' মতুংদা চৎখ্রবা অদুদি চৎখ্রে। তৌইগুম্বসুং হৌজিক লৈরিবদু, মহাক্কী সেবা তৌ। করিগুম্বা অসিগুম্বা কনাগুম্বা লৈরগদি ফৈ, নত্রগদি চিন্তা তৌগনু। অসিগুম্নদি য়াম্না ওইখ্রে। কাওখ্রবদুদগী, মদুদগী অমুক হন্না থীয়ু। মমা–মপাগী সেবা, প্রত্যক্ষনি। ভগৱান কদায়দা উবগে? ভগৱান উবা ঙমদে, মমা–মপাদি উবা ওই।

হৌজিক মশীং য়াম্না করিগুম্বা কনাগুম্বা অৱাবা ওইরগদি চহী ৬৫ সুরবা অহল ওইরবা মীয়াম্না য়াম্না অৱাবা ওইরি। তৌইগুম্বসুং মথোয়না কনাদা হায়গনি? অঙাংনা ধ্যান পীদে। চেৎখায়দুনা (গেপ) ওইরি অরিবা–মতম অমসুং অনৌবা–মতমগী মরক্তা। অহল ওইরবনা অরিবা মতম থাদোক্তে, চৈনা ফংলগসু থাদোক্তে।

**ৱাহং–হংলিবা :** চহী ৬৫সুবদা পুম্নমক্কী মসিগী ফীভমসি ওইবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, অসিগুম্বা ফীভম। মসিমক্কী ফীবমদা অদুম! মরমদুনা মসিগী মতমসিদা তশেংবদা তৌবা য়াবা করিনো? করিগুম্বা মফমদা মসি অহল ওইরবশিংগীদমক লৈন্নবগী মফম শাবা ওইরগদি য়াম্না ফগনি। অসিগুম্না ঐহাক্না থল্লম্মী। মতুংদা ঐহাক্না থল্লি মদুদি অসিগুম্বা করিগুম্বা তৌরগদি, অহান্বদা ঐহাক্কী মসি জ্ঞান পীরগদি, মতুং মথোয়গী চানা–থক্নবগী ব্যাবস্থাদি, অতোপ্পা সমাজ ওইবা সংস্থাশিংবু থুৎশিন্নরগসু য়াগনি। তৌইগুম্বসুং জ্ঞান পীরগদি অমসুং মতুংদা দর্শন

তৌদুনা লৈরগসু থবক ওইগনি! মসি জ্ঞান পীরগদি তোল্লবশিংবু শান্তি লৈগনি, নত্রগদি শান্তি কনাগী মতেংনা লৈগনি?

হৌজিক অদোমগী য়ুমদা অঙাংশিংদা করম্বা সংস্কার মমি তাগনি? অদোম্না অদোমগী ইমা–ইপাবু খুরুম্মু। চহী অসুক য়াম্না য়ামলবা অদোম পোক্লা–ঙাউরগসু অদোম অদোমগী মমা–ইপাবু খুরুমরগদি অঙাংগী পূক্নীংদসু অসিগুম্বা ৱাখল লাক্লোইদ্রা মদুদি পাবুংনা কান্নবা লৌরগদি ঐখোয়না করিগী লৌরোইদোইবা? মতুংদা অদোমগী খোংদা লাইবক কৎকদ্রা নত্রগা কৎলোইদ্রা?

**ৱাহং–হংলিবা :** হৌজিক্কী অঙাংনা মমা–মপাগী মখোংদা লাইবক কৎতে। মখোয়না ইকায়বা ফাওবা ওই।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, মমা–মপাগী খোং করিগী শোক্রিবা? মদুগী অঙাংশিংদুনা মমা–মপাগী দোষ(অশোয়-অঙাম)উবা ওই মরমদুনা 'খোংশোক্কদবা মতীক চাদে' পূক্নীংদা অসিগুম্না মাল্লি, মরমদুনা খোংশোক্তে। করিগুম্বা মখোয়দা শাজৎ–ৱাখল ৱাংবা, বেস্ট মাল্লগদি, মতমচুপ্পদা শোক্কনি। তৌইগুম্বসুং ঙসিগী মমা–মপাদি অঙাংশিংগী মমাংদসু থৎনৈ। মমা–মপা থৎনব্রা নত্রগা থৎন্দব্রা? হৌজিক অঙাংশিংগী পূক্নীংদা মখোয়গীদমক ইকায়খুম্নবা লৈবদু, মদু করম কানফাও লৈগনি?

মসি সংসারদা মীওই ৩শিংগী খ্বাইদগী উপকার ওইবা ওই। মদুগী উপকার কাওবা ঙমগদবা মদুগুম্বা নত্তে। মমা–মপা অমসুং গুরুগী। মখোয়না ঐখোয়বু অচুম্বা লম্বীদা পুশিন্বীবা, মখোয়গী *উপকার*(তৌবীমল) কাওরোইদবনি।

**–জয় সচ্চিদানন্**

## Persons to Contact

**DADA BHAGWAN PARIVAR**

**ADALAJ:** Trimandir, Simandhar City, Ahmedabad-Kalol Highway
Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.
Tel : +91-9328661166/ 9328661177
Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 7200740000 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

**U.S.A: Dada Bhagwan Vignan Institute**
Tel:+1 877-505-DADA(3232)
Email: info@us.dadabhagwan.org
**U.K: Dada Darshan (UK)**
Tel: +44 330-111-DADA(3232)
Email: info@uk.dadabhagwan.org

| | |
|---|---|
| **Germany:** +49 700 32327474 | **Australia**:+61 402179706 |
| **UAE:**+97 1557316937 | **New Zealand**:+6421 0376434 |
| **Kenya:**+254 795-92-DADA(3232) | **Singapore:** +65 91457800 |
| **Dubai**: +971 501364530 | |

**www.dadabhagwan.org**



## চৈদুনা নত্তে, নুংশিনা শেমদোকউ

মমা–মপানা অঙাংশিংবু শেমদোক্লবগীদমক পুল্লমক ফ্রেকচর তৌহল্লি। ঐখোয়না অঙাংশিংগীদমক ভাৱ তৌদুনা লৈগদবনি মদুদি অঙাংশিংবু সদবুদ্ধি ফংবা ওইবা। অসিগুম্না তৌ-তৌদুনা ইফেক্ট ফাওদনদি লৈরোই। মখোয়দি তপ্পা–তপ্পা খঙগনি। নংনা ভাৱনা তৌদুনা লৈয়ু। মখোয়দা নম–হাদুনা তৌরগদি মখোয় ওন্না–তৈন্না চৎকনি। অমসুং অঙাংশিংবু কৈদৌঙৈদা ফুগনু। করিগুম্বা শোয়–ঙাম্বা য়াওরগদি তপ্পা কোক্তা খুৎনা নাস্থদুনা মহাকপু জ্ঞান তাহল্লু শোয়দনা। নুংশিবা পীরগদি অঙাংনা জ্ঞানতাবা ওই, খুদক্তা জ্ঞানতাবা ওই। হায়বদি মসিনি মসি সংসারসি ঙম্না–ঙম্নবা পাংথোক্কদবা মদুগুম্বনি।

**– দাদাশ্রী**

मूल दीपक से प्रकटे दीपमाला

dadabhagwan.org

9 789391 375676

Printed in India

Price ₹70